# মণিপুরী লীলা মচা




ডি কলচরেল ফোরম, মণিপুর

রূপমহল টেঙ্ক সুপর মার্কেট, ইম্ফাল

# মণিপুরী লীলা মচা




সম্পাদক :—

শ্রীলৈমপোকপম দামোদর সিংহ

স্বর্গীয় থোকচোম যোগেন্দ্র সিংহ

স্বর্গীয় হাওবম গৌরদাস সিংহ


মমল লুপা ৩০

থোক্তবা—

**দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর**

বি, টি, রোড, (ইরাবোৎ ভবন কমপ্লেক্স) ইম্ফাল




খুৎনম—

অহানবা, ১৯৭৫

অনিশুবা ১৯৮৬

অহুমশুবা ১৯৯১

মরীশুবা ১৯৯৬

নম্ফম—কে, কে, আর্ট প্রিন্টর্স,

সেগা রোড, ইম্ফাল।

মমল—লীশিং অমা

---

Leela Macha (a collection of Manipuri Short Plays)

*Edited & Published by* The Cultural Forum, Manipur, Imphal

*Printed at :*

K.K. Art Printers
Sega Road, Thouda Bhabok Leikai
Imphal - 795 001 ( Manipur )

# অকোঙবগী ৱারোল

'মণিপুরী লীলামচা'গী মরীশুবা খুৎনম অসি হামগী অহমশুবা খুৎনমদগী করিশুম্বা অমত্তা হোংদোক্তনা পুথোকচরি। লাইরিক অসি ইহান হান্না শক, ১৯৭৫ দা শ্রীখুমন্থেম প্রকাশ সিংহনা জেনরেল সেক্রেটরী ওইরিঙৈদা পুথোকচখিবনি। লাইরিক অসি গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়, মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়, কাউন্সিল ওফ হায়ার এজুকেসন, মণিপুর, সেন্ট্রেল বোর্ড ওফ সেকেন্দরী এজুকেসন, নই দিল্লী-না তম্ন-লাইরিক ওইনা লৌশিনবিরি। মসিগীদমক্তা ফোরমনা ইন্সটিট্যুত শিং অসিগী মকমদা থৌবিমল খঙবা উৎচরি। লোয়ননা লাইরিক অসি পুথোক্নবা হোৎনবদা অচোবা থৌদাং লৌবিখিবা কে, কে, আর্ট প্রিন্টর্স কী প্রোপ্রাইটর শ্রীখেলেনবুস্থু থাগৎচরি।

অরিবম কুমার শর্মা
জেনেরেল সেক্রেটরী
দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর।

ইম্ফাল
নং ২৬।২।৯৬ ইং

# হীরম লামায়


| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। | ৱাহৌদোক | | | i |
| ২। | তীর্থ যাত্রা | ... | অরাম্বম সমরেন্দ্র সিংহ | ১ |
| ৩। | হিংবা তাই পাম্বৈ অমা | .... | জি সি তোংব্রা | ৪১ |
| ৪। | তম্ন-লাই | ... | কাহ্নাইলাল সিংহ | ৮৫ |
| ৫। | বস-ষ্টোপ | .... | অংথোকপম তোমচৌ | ১১১ |

# ব্রাহৌদোক

করিগুম্বা লোল ইমগী নাট্য সাহিত্যগা লোল অহুগী হিংলিবা থিয়েটরগা য়াম্না নকবা ওৎন-থানবা য়াদ্রবা মবী অমা লৈ হায়বসি খাইনা খঙনদ্রি। মণিপুরগী লাইবক থীবা অমদি চৎলিবা শতাব্দী অসিগী হৌগৎলকপদা থিয়েটরনা মণিপুরদা থুংলবদা। সাহিত্যগী খোঙ-থাং অমসুং থিয়েটরগী খোঙচৎ অনী অসি নকনা চথরক্কবসিনি। গীরিশচন্দ্র ঘোষ, দ্বিজেন্দ্রলাল রোয়, অপরেশচন্দ্র মখর্জ্জীমচিংবগী পৌরাণিক অমসু ঐতিহাসিক বাঙ্গালী ড্রামাশিংদা মণিপুরী অমসু বাঙ্গালী বাবুশিংনা পুন্না কুম্মিন্নরুনা মতম অদুগী থিয়েটর হায়বসি মখোয়গী চুম্নগী পোক্খানবা ( recreation )গী মওংদা চথরকখি নাটকশিং অনুবাদ তৌদুনা মৈতৈ অঙম-অঙথোংশিং অমদি স্কুল ওঝা-শিংনা মখোয়গী লাঙ্গাই লুকাইশিংদ ড্রামা শান্নব হৌরকই মসি মক্তনা মতম অসিদা শীথানবা থাবা নাট্য সাহিত্য পাবক্কবগী মবম ওইবা নাই। মতমগী খোঙলে মতু ইন্না মণিপুরগী কীভমদা অহোংবা কয়া লাকখিবা, ব্রিটিশগী প্রভাব তাবকপা অমসু ইংরাজী শিক্ষা ফংলকপা অমসু মিৎয়েং পাকথোক-চাউথোকপনা মবম ওইবদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা যাওল অমা লাকখি। যাওল অসিন হান্না লেরমদবা সাহিত্যগী অনৌবা মওং কয়ামকুম পুরকপদা নত্তুনা লাইনিং-লাইশোল, ধর্ম্ম, চৎনবী, অচুম-অরান অমসুং হৌনশাক্তংকী লীপুন্দগী পুমনাম নাম্ভোকপমক নত্রবসু কোমতক্লা পাববা, খব হেন্না সেকুলার ওইবা মওংগী সাহিত্য অমা শেমগৎলুন অশেংবা সেন্সি-বিলিটি অমসুং কল্পনাগী মনীংমখা তম্বগী অনৌবা যুগ অমা পুরকই।

মতম অসিগী চাউবা, কমল, অঙাংহল, নবদ্বীপচন্দ্র, দরেন্দ্রনচিংবা লময়ানবা লেখকশিংনা অসিগুম্বা মীওইবগী লিচৎ-শাজৎকা হেন্না নকশিন্নবা সৃষ্টিগী অকনবা শাফুনা শাগৎপা পূর্ক্লিং হুনা কজয়বা শৈরেং, কাব্য, মহাকাব্য অমসুং উপন্যাসনচিংবা সাহিত্যগী পোথোক কয়া থম্মীরম্মী। অদুবু লাইবক থীবদি মতম অসিগী নাট্য সাহিত্যনা শোথহোবা অসিনি। মতমগী মতুং ইন্না এম দি ইউ, রূপমহল, এরিয়ান্নচিংবা থিয়েটর কাংলুপ লিখৎনরকপা মতমদা মখোয়গী স্ক্রিপ্টগী অৱাৎপশিংদু মেনশিন্নবা হোৎনরকপদা অইবা লীলা কয়ামরুম পুথোক্লরকুনা শোথহোরিবা শরুক অসিবু খরগী মখৈদি মেনখৎ-লকখি। অদুমকপু সাহিত্যগী খোঙজেলগা থিয়েটরগী খোঙথাংগা নকননা চৎমিন্নদবগী মওং অমদি অদুম মরৈবগুম উই। মতম কুইনা মওং অসিদা চত্থরকপনা মণিপুরী নাট্য সাহিত্যগী পোথোক য়ামদে, মখল মথেল লাৎলি অমসুং গুণ চেনবা শীংথানবা য়াবা পোথোক য়ান্না থোক্তে। মতম অসিগী সেক্সপিয়ারগী মেকবেৎকী উকমদা হৈবা ৺দরেন্দ্রজিৎকী ভাগ্যচন্দ্র, লেখক গসিমকী শকুন্তলাগী কিজোলদা সেক্সপিয়ারগী মারচেণ্ট ওফ ভেনিসতগী লৌরুবা লৈতেং অমনীগা লোয়ননা পুথোরকপা মোইরাং থোইবী, ৺লাইরেনময়ুম ইবুঙোহলগী জাতিগী থৌনাকবা অমসুং মরৈবাকনীংবা উৎপা নরসিংহ, মওং অমত্তগী মোইরাং কংলৈরোনগী য়ুক্ষমদা শাগৎপা লীলাসিং—পুম্নমক অসি হৌজিকী পুন্সিগী অসুম অসুম লুশিল্লক্লিবা সমস্যাশিং নাথৈদুনা চৎপা ড্রামা ওইনা লৌই। ৺সোরোকখাইবম ললিতনা ইরম্বা অরেম্বা মরুপ, অঙাংহলগী ইবেম্মা, অমসুং মসিগী তুংদা পুথোরকপা অন্যাম্বা সামাজিক নাটকশিংদা পুন্সিবু মপুং হুজিন্না উশিল্লুনা পুকনিং

অমস্থং য়াখলদা অকনবা চৈথেং পীবা ওস্বগী শক্তি য়াম্না য়াংলি। মতৌ অস্থুম তৌনা মণিপুরগী মরুওইবা কোমর্সিয়েল অমদি প্রোফেসনেল থিয়েটর কাওলুপশিংনা থায়নগী চৎনবী লীলাশিং, পৌরাণিক অমদি ঐতিহাসিক, মনুং হুজিন্দবা সামাজিক নাটক পুথোকপদতা থরায় য়াওখিবা অমস্থং মথল মথা অয়াম্বা ওনৌবা চাংয়েংগী লীলা পুথোকনবা হোৎনবক্তবনা মগুণ লৈব ওনৌবা সাহিত্য পীবা ঙমদে। হায়রিবা মতম অসিগী অয়াম্বা ড্রামাশিং ঐখোয়গী পুন্সিগী ফিভম অমস্থং স্থুর উৎপা, মতমগী মিহুল হুনবা অমদি হেন্না সাহিত্যগী মচাক য়াওবা নাটক ওইখিদে। মতুংগী মহুক্ত মখোয় অয়াম্বনা চুম্নগী মীয়ামগী কুম্মৈ ওইবা, পাণী লীশাং লীবা নাটকী মওংদা লৈবক্মী হায়বদ হায়মনবা থোক্লোই। মংমগী মতুংইন্না হৌজিক্কী পুন্সিগা চান্নবা নাটক ইবা লেখকশিং অমস্থং অনৌবা চাংয়েং পুথোকনবা হোৎনবা ড্রামা কাও-লুপশিং থোবক্তুনা হায়রিবা ফিভম ওসিদগী অহোংবা খব পুবকই হায়নবা য়াই। সমাজবু খব কুপ্পা মনুং হুজিন্না উশিনবা সামাজিক লীলা কয়ামরুম জি সি তোংব্রানা পুথোরকপতা নত্তুনা নাটকী মতম কুইনা চৎনরক্লবা নিয়ম কয়াবু থাদোক্তুনা হেন্না শেমদোক-শেমজিন য়াবা মওংদা লীলা ইবগী চাংয়েংস্থু তৌরকখি। সোসাইটী থিয়েটরদা অঙ্ক অমত্তগী লীলা খর পুথোরক্তুনা কাওলুপ অসিনা মণিপুরী থিয়েটর অমস্থং সাহিত্যগী অনৌবা মচাক হুনবা হৌখি। অরাম্বম সমরেন্দ্রনা অনৌবা মিৎয়েংদা মণিপুরী সমাজবু য়েকপা হৌরকখি। হৌজিক্কী মতমদদি হায়রিবা কীভমসিদগী খরগা হেন্না চওশিনখিহুনা লীলাগী শাওং শাগৎপদা, হীরম খনবদা মনীংমথা তম্বতা নত্তুনা মথল মথা কয়াগী তেক্নিক শীজিন্নহুনা চাংয়েং কয়া পায়খৎলক্লি। সোসাইটি

থিয়েটর, কলাক্ষেত্র, থিয়েটর মিবর, পাম্‌খোইবী নাট্য মন্দির, রোয়েল থিএত্রিকেল ক্লব অসিনচিংবা এমে৽ত্ৰব মাইনোরিটি থিয়েটর কাঙলুপশিংনা মাথকৈ অসোমদা চখবক্তুনা মণিপুরী থিয়েটরব অমসুং নাট্য সাহিত্যগী মতীক মগুণ ওমদি মথল মথেল হনগৎহল্লক্লি, চাউক্লন থীকববা মণিপুরী থিয়েটর অমসুং নাট্য সাহিত্যদা অনৌবা শারেপ অমসুং পাঙ্গল হাপকৎলক্লি। মতমগী তঙাইফদ্রবা অহোংবা হায়বথুনা কলাগী মওংস্তু হোংহল্লি। হান্নগী কলা মওংনা হৌজিক্কী পলেপফম খঙদ্রবা পুন্সিবু য়েকপদা খুৎলায়বক্তে। হৌজিক্কী মীওইবগী সমস্যাবু মনুং হুঙ্গিন্না থিজিনবা অমসুং মসিবু ইচঙথৌনা মাংখোরবা ভুম্বা, হৌজিক্কী মীওইবগী শক্তম পুখোকপা অমসুং তারবা হোৎনবা নাটক দবকাব ওইবকই। ইচঙথৌবা, যান্না শাফবা, বুদ্ধিগী শক্তি য়াওব, সৃষ্টিগী অমসুং কলাগী মগুণ চেনবা চচ্চ চচ লাইব ড্রাম মণিপুরী সাহিত্যনা ভাইহুনা লৈবকই।

সমরেন্দ্রগী তীর্থ যাত্ৰা অহুক য়াম্না চাংযেংলীলা অম ওইদ্রবসু মতমগী সমাজগী মমি তাবা, হৌজিক্কী পৃক্লিমতা উৎপা মরুওইনা হান্নগী মীবোল অমসুং হৌজিক্কী মীবোলগী মরক্তা চাউববা অহাঙবা অমা লৈবিবব উৎপা নাটকনি। অতৈ লীলাশিংসিগা চাংদমন্নুনা য়েংবদা খোঙজং, শিল্লম অমসুং মিৎযেংদা কদাই ফাওবা নকশিন্নবা নকশিন্নদবা হায়বা মওং অমসুং খৎবা য়ানবা লৌখৎচে জি সি তোংব্রাগী ছিংবা তাই, করিগুম্বা শান্নে হায়রসিদা হান্নদগী খেন্নরবা য়াম্না মনীংমখা তম্বা শেমদোক-শেমজিন য়াব কলা মওংদা। হৌজিক্কী মতমগী সমাজগী লৈখা তাবক্লিবা ফীভম অমদি অক-কতুগী রাকমগা য়াম্না মরী লৈনম্বা রাহং ক থাঙ্গৎলকই, অমসুং মসিবু ইচঙ থৌনা

মায়োক্নহুন হৌজিক্কী মীওইবগী শক্তম অমা ড্রামাগী ইদিওমদা য়েক্লনবা হোংবনি। কাহ্নাইলালগী **তম্ন লাই** দা গ্রীক ড্রামাগী মচাকশিং মরু ওইনা কোবস অমস্তুং ফ্রাবিজগা মান্নবা পাম্বৈ শীজিন্নহুনা হান্নগী মণিপুরী ড্রামাশিংদগী পুমখেন খেন্নবা য়াম্না চঙশানবা কলা মওংদা হৌজিক্কী গতি লৈত্রবা মীওইবশিংগী শক্তম উৎলি। মীওইববু মশাগী খুত্থমদা থম্বা ভমদবা খঙভমদ্রবা মপানগী শক্তি কয়ামরুমনা তরেপ্পা লৈতনা চান্নহুনা মহাক্কী উইন অমস্তুং আশা পুন্নমক্তা লোয়নননা তুম্না মাঙহনবা হায়বা গ্রীক ড্রামাগী মচাকশিংগা মান্নন। হৌজিক্কী শক্তি লৈববা তম্নলাইশিংনা গতি লৈত্রবা মীওইববু নৈহৎপিবা উত্তুনা হৌজিক্কী সমাজগী ফীভমবু শাথ্র যাওনা লাম্হোকই। তোমচৌগী বস-স্তোপ হায়বা নাল্লবা লীলা মচা অসিদা সিম্বোলিজমগী পাম্বৈ শীজিন্নহুনা হৌজিক্কী মতমদা মবন্নাইগী ওইজব থিবগী শাখলতনা থুমহৎখিহুনা মীওইবগী ধর্ম্ম (humanism) ব তুক্কচববা মওংদা থওইনরক্তব, লৈখ তারবা মওং অসিবু অমুক্তং কনগে হায়না খল্লুবা মীওইবশিংগী গতি লৈত্রবা ফীভম, মীওইবশিংগী মগুণ হন্থরকপা, অহোংবগী শহুমদা হায়না হুম্না খাওলবা মীওইবশিংগী ফীভম—পুম্নমক অসিবু লূনা অমস্তুং মহৈয়ান্না উৎপা লীলা মচানি।

চাংয়েং লীলাশিংসিনা মণিপুরী নাট্য সাহিত্যদা পুক্নিং অমস্তুং শাখলদ। চৈথেং পীবা ওম্বা, কলাগী শক্তি চেনবা অতোপ্পা অনৌবা ড্রামাগী পোত্থোক খব পুবকনবা হোৎনবদা মতেং খরা ওইবা ওমগদ্রা হায়বা রাখলগা লোয়নননা মণিপুরী সাহিত্য সমাজগী মফমদা লাইরিক অসি লাম্হোকচরি। চায়েং মওং অসিদা তত্তনা চথরক্লবদি শীংথানবা য়াবা সাহিত্যগী পোত্থোক কয়ামুক থোরক্কনি হায়বসিনা ঐখোয়গী আশানি।

— সম্পাদকশিং—

# য়াওগদবা মীওঙ

**নিপা**—

১। তোনস্না

২। ইবোহল

৩। ইবোতোম্বী

৪। বীরেন

**নুপী**

১। তম্পাক

২। তোনদোনবী

# তীর্থ যাত্রা

## অহানবা উৎপা

তোনম্নাগী য়ুম। অয়ুক—তোনম্না মপুং ওইনা লাইবিক থীবি, তম্পাক হরাই খল্লি, ইবোতোম্বী চঙওকই।

ইবোতোম্বী- ইতৈমা। কবি য়েঙ্গা থোংগদৌরিনে?

তম্পাক—হরাই থোংগে তৌবি ইবুংঙো।

ইবো অতৈদি য়াওরোইদ্রা?

তম্পাক -আলু কংমেৎ অমগা।

ইবো - ঙা-কা য়াওবোইদ্রে?

তম্পাক—ঙসিদি একাদশীনিনে ইবোতোম্বী।

ইবো পাজি অয়ুক চবা হেনগদৌবা নত্রা?

তম্পাক হেনগনি।

ইবো—পাজিনা চরা হেনবগীদমক ঐথোম্নদা ঙা পীভত্রবা। পাজি চাম্ন চাবোষ্টদৌষদ্রবু, ইতৈমা ওাদুম থোংউবা।

তম্পাক—য়াদেনে ইবুংঙো '

ইবো—হেবা ? কনা' য়াদে হায়বিবনো • একাদশী খুদিংগীনি ঙা বন্দ তৌবিব। ঐ ঙাঙনগে, হোরেন- নুংদা হরাইগ আলু কংমেৎকা ত্তৌ।

তোনস্ম—হায তাকু' নও কৃশি তামিসিনা লংঙক্তুনা নমায কায়গেবা ? চৎলু লাই-তৌন শোল্লিঙৈদা হায়হৈদবা '

ইবো—পাজিদা নত্তেয়ে, ঐনা হায়রিবসে।

তোনস্মা—যোগী মচা ' ঐ কাপ্বিসিদি ' মচোম্পাক কযা নাই-দ্রিবনোসে। হায নুপীমচা তম্পাক ' মত্তু ঙসি চাক হাপলুন্ন, শুকপীবু পাজরুনু।

ইবো—পাজি চাস্তু চারোইদৌবহুবু, ঐখোয়মখৈদা চাগদৌনি, কৈদৌয়েগে ? হোবেন নুংদা ঙা যাওদন থো লগা লোইবে।

তোনস্মা—অহু য়াদেনে' একাদশী চবাহেনবগী অর্থ নও খঙব্রা ? ধর্ম্ম-কর্ম্ম মক্ষম-মব' অমত্তা খঙদবা শাবদনা।

ইবো—হনুবহুনা চাবা তুমদহুনা পাঙ্গল মাঙথবকপহু, নোংম চবা হেল্লগা পুক কোমহনবা, পোত্থাহনবা, অসি নত্তবা অর্থ কবি লৈ ? পাজিব্ ঙসি শঙ্গামগা লফোইগা চাইবোইদ্রা ? রাইনু চবা হায়দো ' মত্তুদি ঙাদগী হেন্না হাউবা জাৎনি। ঐস্তু খব চাগে। ঐখোযদি চাবিমখৈ তুম্মি, য়েঙ্গাংসু অহাওবা চানীংই। পাজিনা একাদশীগী মিংদা অহাওবা পোৎ চাবগা ঐখোয়দা কবিগী ঙা থিংইবনো ?

তোনস্মা—মসি ঙসি শিনিকো। লাই ঙহাক্ত পুক্লীং চঙনা খুরুম্বসি

মানা থুগাইরিনেসে। উ-হুম, ওস্থোক্লা পেনখিদ্রেদা। কৈ, লৈরম্মু ঙসি নঙ। (লাই শোল্লি)

তম্পাক – ইবোতোম্বী চৎলোচো ! নঙ অসিমা ওস্থোক্লা ঙাও-শিন্নখ্রে ইবুঙো।

ইবো– শাউনীং শাউজসন্ন, হনুবা য়াতেকপসিবু। মাগী লুগুন্দগী অম্বাবি শোসি অমুক্তা শৎলগা মাগী পেনশন ফংবগী পৈশা খরা লোৎলিবহ্ন অমুক্তা ওগে খল্লিবনি। লুপা ১০দা পীয়ু হায়বা পাবোইদে নি মানা তোদোব। মসিগী হনুবসি থুনা নিংখ্রবদি ফনি।

তম্পাক—হায়হৈদব ঙাক্তা হায়বিবহুব নঙবু কৈদোরবগে ?

ইবো—করি হায়হৈদগবনো ! অশেংবনি ঐনা হায়রিবসি। পাজিনা শিবদা মাগী পৈশাসি পুখিদরা ?

তোনম্না—( থোরক্তুনা ) হায়, ঐনা শিবগা শোরাৎ শোন্নবনিনে। নঙগী নয়াম্বা তোনানবসিগা নঙগা ঐনা শিবদা কৈনো তৌবিরক্কদবা, মী মমাঙদা চোপ্তুনবা শীল্লিবনিনে। (কমই) ইচানিপা পোক্লগা শ্রাদ্ধদা পিণ্ড পীতুনা মুক্তি ফংগদরা হায়রগা ওন্তোকপা পাপ ঙাক্তা ওইরেদকো ঐবো। চৎলু চৎলু, য়েংনিংদে ; মথোং হুক্কবা শারদনা !

ইবো—চৎলগে, লুপা ১০ দা পীয়ু।

তোনম্না—ঙসি একাদশীনি, উপু হাংবা য়াদে, নয়াম্বদা পীয়ু হায়য়ুনে।

ইবো—কদায়দগী ঐখোয় তামোনা ঐঙোন্দা পৈশা পীরবদি ঐদি স্বর্গ কারেদনা ! কৈনা তোকপা পোক্তেয়ে।

তোনস্না—উম হৈখ্রেদা ! পরিক্ষাদস্তু হেরবদি কদৌনি। নুপীমচ হীদাক ভান্থক অমত্তা হাল্লকউ।

ইবো—ইতৈমা নঙ লৈত্রা। লুপা ১০ দা পুগেবা।

তম্পাক—ইবুংঙো ইতৈমগীদি লৈতেবো।

ইবো—নোরোক তাগে নখোয়সি ওস্তোক্ত ফংখিদ্রবা মী ভাক্তা ওইবে। ঐঙোন্দা লুপা ১০ কাওবা পীনীংদবনিনে।

তম্পাক—(ইমুং চঙনা) ইতৈমগীদি লৈতবনিনে ইবুংঙো, লৈরগবু নঙঙোন্দা পীদ্রনে।

ইবো—খঙনি, খঙনি হাবনা। (চঙখি)

তোনস্না—এস্তোকপা অঙাংনিদা, চোংলম চাখিদ্রেদ। উম হুমং শিরমদাইদা ওস্তোক্তা শান্তি ফংলোইদৌবিদা।

তোনদোনবী—(মপান্দগী চঙলক্কুনা) ইনম্মা ইনম্মা।

তোনস্না—করিনো হীদাক হানবা চঙখি।

তোনদোনবী—রা অমা হংগে তৌবনি। (চঙখিগে তৌই)

তোনস্না—ভাইখো ! নঙ ইরুজরবা নত্রা।

তোনদোনবী—লুবে।

তোনস্না—নফি অশেংবা নত্রা শেৎলিবত্রু?

তোনদোনবী—মানি।

তোনস্না—উম ইপাগী চন্দোন লাইপোৎশিং ইমুংদা অমুক্তা থাংজিললমউ।

তোনদোনবী—এংতল্লি ঐ থেঙথ্রে কলেজদা ইমায়বশিংনা ভাইনরমনি।

তোনস্না—কয়াম কুইদৌনোনে শিবো?

তোনদোনবী—ঙম্মরোই ঙম্মরোক্ত, মিনিট তমা কাইখোক্তবা মতম

লৈত্রেপাৎনি, মী ইলেক্সনগী ভোট খোম্বা চৎতৌরিবনি।

তোনসনা— কবি ভোট ?

তোনদোনবী— কলেজ ইলেক্সনগী। রা অমুক কোইনা মতম মাওহল্লে ঐ কলেজ ইলেক্সন লেপতৌবিযে মোরেল এণ্ড রিলিজনগী সেক্রেতরী হওলত্রা? ভোট খোম্বগী মতম কাওবা কোমত্রবদা অমুক লাইপোৎ লোইশিল্লু হায়যে। কে কামদা লাই খুরুম-লিবনো?

তোনসনা—কৃষ্ণ কৃষ্ণ। মাওলেদনা। কমদোনিসিদি, চুম্মা লাইপোৎ লোইশিনবা ওমদে অমুম মহায়যু, কে কাম' লাই খুরুম্মিনো হায়নে। কবি হাযব। নওগী হৌজিক সেক্রেতরী হায়বদো?

তোনদোনবী— মোরেল এণ্ড রেলিজন।

তোনসনা—ধর্ম্ম মশক খঙদবা ঈশ্বরবু থওইদবা নওগী করম্বা ধর্ম্মগী থবক তৌগদৌবিবা? সরস্বতী পুজাগী তব হৌবগী সেক্রেতরীবা? নওনবু কদায়দগী ভোট কাগবনো?

তোনদোনবী অহু হায়বদি পাজিগী ধর্ম্মহুদি চুম্মিত্রা?

তোনসনা ঐন। কৈদোরবা?

তোনদোনবী—ইলেক্সন লেপলিবা ঐবু ভোট কানবা খনগেদি হাযদ্রগা কদায়দগী কারগবনো হায়শিবু নচাদা অম্মা খন-গদবনি হায়না পাজিগী গীতানা হায়বা?

তোনসনা—বিষ্ণু বিষ্ণু। মসিগী মচিনসিদি মানা গীতাকাহ পল্লিনে। নওনা গীতা খঙবা নতীকলা? ঐনা হায়রিবসি খুমখো। ঐনা লাই খুরুম্বগী লাইপোৎ লোইশিনবদা মতম

ঃ ম্মাঙই খনবা নঙনা কবম্বা ধর্ম্মগী বেলিজনগী সেক্রেতরীনো ওইদৌবিবা ? মপাদা হাযনি হাযবোই খঙদবা নঙনা কবম্বা মোবেলগী অফবা অচুম্বা ফজবগী থবক তৌদৌরিবা ?

তোনদোনবী পাজিগী রাহুগী চপচাবা পাউথুমনি। পাজিন পাম্লিবসিবু রা অহান্নবা খুদিংগী "ঐজ ঐজ্না।" হাযহুনা খুরুমউ'সিবা ? থানা পাজিনা আমিন ওইকবগী চাউকবহু কাউদ্রিব্রা ·

তোনম্না—ইযা. মসি যচুনই কযান্নোস। ঐনা চাউকবগী চাউনিংবগী র নঙনে ব্যবহাবগী রানিনে ঐনা আমিন ওইবিদৌদা চাউবহুদি মংমগীনিনে।

তোনদোনবী — ঐনা ও যবিবসিস্থ মতমগীনি। রা কাযবনা পাজিন হৌবগা ঐচান্দা তাইনবিবা কবিগীনো ? ঐ থেঙখ্রে। পাজিগা খৎননবা মতম লৈতে। ইনম্মা। ইনম্মা। (চঙখি)

তোনম্ন ওন্থোকপনিদা। ওন্থোকপা ব্যবহাবনিদা। ঐনা জীবি-বামদা চহী ৫/৬ তং লৈরুবসিদা অঙাংমখৈ শোযববা থবক তৌরুমদাইদা ইম্ফালদস্থ লেজবম্লবদি খবস্থ ফগদৌবনিদকো। হে পৈশা। নঙদবু যেংলুবদা ইচাশিং অমনা যেংশিনবা ঊর্মখিদেদকো ওন্থোকপা হাযবহু ওইরে।

ইবো—( থোক্লকুনা ) পাজি। লুপা ১০ হায়বহু পীবরোইদ্রা ?

তোনম্না—কবিগী লুপা ১০ নো? লৈতে হাযবমক্তুদ।

ইবো—তোনদোনবীগী ভোট লেপ্পবা পৈশাদি পাজিনা পীদৌবি। ঐনা লুপা ১০ দা হায়বদা পীনিংদ্রিবসি কবিগীনো পাজি?

তোনম্না- ইযা, কযাদা মচিন থিখ্রবা ' তোনদোনবী ভোট লেপ্পগী পৈশা ঐনা কদাযদগী পীদোরিবা ? হৌজিক্তা খৎনহুনা চঙখ্রিবা মানা ঐঙোন্দগী কবম্না পৈশা লৌদোবিবা ?

ইবো --লৌনি হাযবনি লুপা ৫০০ লৌনি হাযবনি, পাজিনা পীদবা ঙমগদ্রা ?

থানম্না - লুপ ৫০০ । নখায মযাম চঙহুনা ঐগী শেলসি যেন-থোকপিবোনে ' কযাদা ঙকখবা মচাশিংনানেসে । লৈতে, লৈদ্রে । মাগী লুপ ২০০ দি হাযকনু, মখুবাই থুদক্কনি হাযয় ।

ইবো -পাজিনা পীদ্রগা পাজিনা চোপচবা হাযবসি ঙাযদন '

তোনম্না—ঐনা কেদৌনা চোপ্পৌবিব ? পেশা লৈতহুনা মানা ভোট কাদ্রগা ঐনা কবিগী চোপলুগনি ? মানব সেক্রেতরী ওইবা মতীকলা ?

ইবো—মাদি হৌজিক নমহুনা ভোট কাগদৌবি । পাজিনা হয়েং অরাবা ঙাজনি হা বিরানি

তোনম্না —মানা ভোট কাবগা ঐনা কৈদৌনা রাদোবিবা ? তানীংদবা ব ঙাঙগনু ইবোতোম্বী ।

ইবো ঙাইখোনে পাজি ' ভোট লেপ্পদা লুপা ১০০০ হেন্না চঙগনি । পাজিনা পৈশা মবি কাও পীবোই হায়রি । মাদি লুপা ১০০০ হেন্না তিংগদৌবি । মতুগী দায়ী পাজি পুবা ঙমগদবা ?

তোনম্না ইবোতোম্বী ।' চৎলো চৎলে ঐঙোন্দা কান্নদবা· রা

ঙাঙলগনু। মানা কবম্মা লুপা ১০০০ পুথোক্‌দোবিবা? কবম্মা পৈশা মরি পায়দবা মানা লুপা ১০০০ তিংগদৌরিবা? চাবতা ওইগদোবনি।

ইবো—অদুনবু হায়বীরিবসিনি পাজি। নচানুপীসিদা নঙন পৈশা পীদ্রে নম্মাক ওইনীংদুনা লৈবিবা তরুক ৬সিনা লুপা ২০০/২০০ খাযগৎলক্কদোবিবনি খঙলববা?

তোনম্মা—করি? নঙ নমায অদু থুগাইযুরা? কয়াদা মচোমপাক নাইস্ত্রিবনোনসে। ইম্মাক তরুক শেবা। নঙ উশিত্তুব্রা নঙ? নঙ মতোয়নবা নঙ? (হৌনৎলি)

ইবো—ঐদি অশেংবা হায়বনিনা পাজি। ইচননুপীগীদমক ফকবা নম্মাক খনদুনা থাজনি হায়বদাইনে? হে চিক মী তরুক লৈরিবসিনা নচানুপীগীদমক লুপা ২০০ তি থবদি মখোযদি হয়েং ভোট কাবগা বাকি শিকি চপমান্নবা লাকখৎলকখিগনি। নঙনা নম্মাক অফবা খনবা ঙমখিগদ্রা? অদুনবু পাজিনা চোপচনি রাখল তোজহৌ হায়বিরেদনা?

তোনম্মা—কয়াদ ঙকথ্রবা মচিন্নোনেসে।

ইবো—অদুনা পাজি। মখোয তরুক অদুদি ফকবা মী অমত্রা য়াওদে, নচানুপী নিংথিজনা থাজ-য়োনজবগী রাদি হায়কনু। অমত্তা ঙায়জবনি চাউনা লুহোংনিকা হায়বদাইনে। হয়েং চিংথে, লাকখেকা হায়রগনে ঐঙোন্দা তাইনবক্কনু, ঐদি হান্না হায়বিহৌরিবসিনি।

তোনম্মা—ঙাইখো। নঙ লৈবগী ঐঙোন্দা অম্সুক কাম্নত্রিবসি

কবিগীনো ? নঙগা নচননুপীগা কলেজ তম্মিনবি নঙনা মাবু ঙাকশেন্দুনা ফত্তবা থৌদোক থোক্তনবা হোৎনফম থোকপা নত্তবা ? নখোয অসিনা গস্পুক যাম্ন ফত্রিবসিবু কবিগীনে ? ইচানুপী অমত্ত যাওজবা. মমানা লুনা তৌজবমগ্রবা ইচা অসিতং মপুন্সি নুঙাইখিনবা ঐনা শেমগে হাযনা খনজবসি নখোয লৈবিবনি ফগদ্রা হাযবগা কান্নদে-কান্নদে ইবো তাস্বী ' নহাকনা তোন্দোনবী শঙগদবনি। মঙোন্দা অশোয-অঙাম তামক্তা থাকপদা নঙ লোযববনি।

ইবো—ঐবু তোন্দোনবী শ উ হাযববদি—পাজীনা ঐগী তলব পীবা তাই. থাদা লু। ১০০ পাজিন পীবা তাই '

তোনস্না কবি ? ( মুন্না যে তুনা লৈ )

তম্পাক—( থোবক্তুন ) পাজি হীদাক লোব। ( অহুস্মক তমিন লৈ ) কবি তৌববগে ইবাতাস্বী '

তোনস্না ( হীদাক লোহুনা ) তলব পীথু হাযযে '

তম্পাক—কবিগী তলব '

ইবো—তোনদোনবী শেন্নবগী তলব, খঙলব্রা ?

তম্পাক এঃ কবিগী তোনদোনবী শেন্নগদোরিবা '

ইবো—ইতৈমা, নঙস্নু চোপচনি। নুপা মশেন্নি হায়হুনা নঙস্নু তোনদোনবীগী মীচং যামনা চঙই, মানা কবি তৌবিগে হাযবা খঙদনা নঙ মাবু পঙকন কনখৎচগনু '

তম্পাক - মা হৌজিক ইমূংদা লৈবি। চাক চাগদোগী তৌবি। মঙোন্দা হংসিনে—কবিবু তৌনববগে ?

ইবো—হংউনু। হংউনু, ঐদি ফুনীংলক্কনি। কাম্নদে পাজি! তোন-
দোনবীগী রারীদা ঐগী লুপা ১০ কাউথোকশিন্নবা য়ারোই।
হৌজিক লুপা ১০ পীবো। লুপা ৯০ না কোন্না পীব য়ানি।
ঐ হৌজিক পৈশা য়াম্না দরকাব লৈববনি।

তম্পাক—ইবোতোম্বী নঙনা পাজিবু ওন্থোকন রাহল্লেদা ইবুংঙো।
পাজিগী ঙসি ব্রতনি। নঙবু জ্ঞান খবা তাউ কৈদৌবগে?

ইবো—ইতৈমা ঐ জ্ঞান য়াম্না তারিবজাৎনি। জ্ঞান তাবহুনা লুপা
১০ পামই হায়রিবসিনি—নঙনা লৈজবগা নঙনা পীয়্।

তম্পাক—ঐনা কদায়দগী পৈশা লৌদোরিনো? নখোয় তামোন
তলব ফংবা খুদিংগী পেশা অমফাও নতৈমণা পীদনে?

তোনম্না—ইবোহল তলব ফংবদা নডোন্দা পৈশা পীদ্রনে তম্পাক?

তম্পাক—পীদে পাজি।

তোনম্না—অদুদি কৈদৌরিব মাদি? মাগী তলবতুদি কৈদৌববা?

ইবো—শেলগী শীজিন্নফম রাৎপ্রা? পাজিবু খর খব ঙাওব্রা?

তোনম্না- য়ুমগী খরচ অসি শেলগী শীজন্নফমনি. নঙনা করি খঙই?
চাবগা কোয়বগ তমক খঙবা নঙনা ইমুংগী খরচকী মবমদা করি
খঙই হা?

ইবো—কবিবু হেন্না খঙনিঙাই লৈবগে? চাননবা চেং পাজিনা
আমিন ওইরিবৈদ লৌহৌবা লৌ পরী মবি মঙাহুদগী
কারকপা কৌদগী লৈরি। থাননবা শীং তামোগী ওফিসতা
রানোম্বা লাকপ মীনা নহান পীরম্ব গাড়ীহুমা লৈরি।
য়েন্দেম কাংশোই, কোবী মশোই ইরোম্বগী খরচ ঐনা পারগা
কৈদৌদোরিনো? ঙা অহাউবা, শঙ্গোম. হৈ-রা নুতিগী চায়

হায়ববদি খবচ চঙবা যাই। পাজিনা খঙলিবা হিসাব অদু ঐসু লোইনা খঙই।

তোনস্না—অদু নঙনা পুবিত্রা ? যেন্দেম কাংশোই কোবী মংশোই ইবোনবদু পৈশ য়াওদ্রবদি চাবা য়াদে।

ইবো—ঐদি কেদৌবগী পুদৌবিবনো ? ঐদি হৌজিক য়ুম পুবা মী নত্তে, য়ুমগী মকোক পাজি লৈবি, মথং তামো লৈবি ঐদি অচাবত ওইগদৌবনি।

তোনস্না অদুনি ঐনা হায়বিবসি, চাবত্তনি নঙনা খঙব। কবি তেবগা মংও ওইগদগ হাযবদি খল্লোই। নখিবো হায়ব পৃথম ঙমমম হৈরা চাবা নঙবু কনানা থাকপা ঙমদৌবিবা ?

ইবো—অদু থাকপা ঙমদ্রে—ঐন য়ুমদ লৈবনু সিবা ?

তোনস্না—নকোক অদু মাংগা যাওদে, হাপু চঙডি নীংথিনা শেংদাক্লগা রাখল খনব তমউ।

ইবে পাজিনা হাযবিবসি মাঠা যাওদবগী রা নত্তে, ঐনা য়ুমদা লৈবসি চাবা তিংল ওাযবগী রানি অচুন অচুম্বা র ডাঙনসি। পাজিনা পাম্লিবদু কবিনে ? ঐবু চাক চাবনু, য়ুমদা লৈবনু সিবা ?

তোনস্না—মসি মতামনিনহে।

ইবো—ঐবুদি মতামনিনে। কবিগীনো পাজিনা ঐনা চাক য়াম্না চাবদা যেংশিল্লিবসিবো ? করিগীনো পাজিনা ঐগী থিবোংদা পন্দুনা ডাঙলিবসিবো।

তোনস্না—কবিনো নঙনা হাযবিবদুবো ? হা নপা হনুবা ঐঙোন্দা ফুগে হায়রিববা ?

তম্পাক—ইবোতোম্বী। ইবোতোম্বী।

ইবো—ফুবা ফুদবগী ৱা নত্তুনে ঐনা হায়রিবসে, ঐগী থিবোং পনগনু হায়মি। কয়া কুইবে পাজিনা ঐগী চাবগী মবমদ ঙাঙলিবসে?

তোনস্না—কবিবু তৌবিবগে নহাকপু? চাক তিংখত্নুনা চাব, গুন্দ ময়াম সঙ্গ তৌবা, মীঙোন্দা খুগ্রেনা য়ানবা, নুংনা শুবা, ’সি নত্রা নঙনা তৌবিসে? খিক্তা ঙাইবে লুট য়াওই হায়’সি নত্রা নঙনা তৌবিসে? খিক্ত' ঙাইবে লুট য়াওই হায়-বক্কদৌবিবা। নঙগী হাক্তক অসিদা ঐ লোইদৌবিবনি খঙলব্রা?

ইবো—মবীন ফবা মীনা মী য়েনবা ঙম্বনি পাজি। ঐসু মবীন ফবা মীনি। মীকিথী নত্তে খঙঙ্। পাজিখোয়, তামোখোয়গী মশাগী ওইজবত্ত খনব, লৌজনাম-পুজনাম হুখাবে খঙলবব? নখোয়গুম্বা ময়াম অসি লোইথোক্লে হায়রগা অনৌবা সমাজ অমা শাদৌবিবনি খঙলব্রা?

তোনস্না—বাবরে বা। হো ইবুংঙো বিভোলুসন। নঙ মঙাইরেনেহে সমাজ শেম্বা লৈবাক পুবা হৈবসে। মীনাই ওইদৌরিনিদি খঙদ্রদন।

ইবো—কনাগী মীনাই ওইদৌরিবা? কনাগী মীনাই ওইদৌরিবা?

তোনস্না—নবুঙোশিংগী। খিক্তা ঙায়বে খঙলক্কদৌবা! ইপা লৈরিঙৈ ইয়াম্বা লৈরিঙৈদা ইশাগী ফীভম শেমহৌগে হায়বদি খনদ্রে, খবা তৌবে খৎনবা হৌ, খবা তৌবে হেক ঙংখৎ, খর তৌবে লান, খবা তৌবে নোংমৈ। কান্নদে কান্নদে, অয়ুক অসিদনে

ওহাক্তা পোত্থাবা কংদে - নখোয় অসিবু ইচানি হায়না পোক লুবিবসে মহা পাপনি।

ইবো—পৈশা হায়বদু পীবো।

তোনস্না—লৈতে হায়রেদনা ইবোতোম্বী, নয়াম্বদা পীয়ু হায়য়ু হায়রমক্তদা। তম্পাক, ইবোহলবু কদায়দা চৎখ্রিবনো ?

ইবোহল- (চঙলক্তুন) কবি তৌরবগে পাজি? ঐ থবক অমা চৎলুই।

তোনস্না— অঃ নঙবু তলব ফংবদা তম্পাক্তা পৈশা করিমত্তা পিদে হায়বসি কবিগীনো ?

ইবোহল—পৈশাবু পাহুনতা লৈগদ্র ? দরকাব দরকারগী মতুং ইল্লি, পীনিঙাই লৈতদুনা পীদ্রিবনি। ( তম্পাক চঙকই )

তোনস্না -কৈদৌবগী পীনিঙাই লৈত্রিবা ? কদায়' চৎখ্রিবা ?

ইবোহল—মদু খঙলগা ঐগী অরাৎপদু পাজি হাপ্লীগেরা ? পাজিদগী খবা পীয়ু হায়বদি য়ারোই। তম্পাক। তম্পাক চাক লোইরবরা ? ( চঙখি )

ইবো - তাবেনা ? লুপা ১০ দু পাজিনা পীবো হায়রিসিনি।

তোনস্না—ইবোতোম্বী নঙবু লুপ ১০ অসি লৌদ্রবদি য়াদ্রবজাৎলা ?

ইবো— য়াদদনা তৌবিবনি হায়রানি পাজি। য়ারদবু ঐনা পাজিদা হায়খিদ্রা ?

তোনস্না—নঙবু নয়াম্বদা অমুক্তদি হংদনা য়েংউ কৈদৌবগে ?

ইবো—ইতৈমফাওদা পৈশা পীদবা তামোনা ঐঙোন্দা পৈশা পীগদ্রা? পবপ পবপ পীরো ; পীরো।

ইবোহল—( থোরক্তুনা ) কৈদৌরবগে ? করি অমুক তৌনরবগে ?

তোনস্না—পৈশা পীয়ু হায়য়ে ; লুপা ১০ পীয়ু হায়য়ে ; ঐগীদি লৈতে নঙ পীগেগা খরা পীখো।

ইবোহল—কৈদৌদৌরিব। লুপা ১০ না ইবোতোম্বী কৈদৌদৌরিবা ? সিনেমা য়েংনবা, তুরি শাননবা নত্রা ? কবিগীনো নখোয়গুম্বা ওফিসস্তু কাদবা, থবকস্তু তৌদবা কাঙবুনা পৈশ দরকার ওইরিবা ? নয়াম্বনা পৈশাগী দরকার ওইরিবসি নঙ খঙলবর ? নখোয় অসিগুম্বা কাঙবুশিংনা মরক্তা ময়াদা পৈশাগী খোয়দৌ য়ান্না শাউগৎতল্লিবা কবিগীনো ? চৎলো চৎলো ঐনস্তু পীরোই পাজিনস্তু পীরোই। চাক চাথোক্লুনা কলেজ চৎলো, চৎলু।

তোনস্না—খরা তাইনৌ, খরা তাইনে ঙসাইদগীনি ঐঙোন্দা নৈরিবসে, নঙ লৈবগা খরা কৈ ! ফুবু ফুবমদৌরবনি মানা ঐবু ঙসি।

ইবোহল—চৎলো চৎলো ইবোতোম্বী ! পাজিগা ৱাবী শাগে চৎলো! পাজি অতৈদি লায়রদনা ঐগী স্কুতর লৌথোক্লে হায়না ঙসি পারমিশন পীরক্লে ! ঐগী লৈজরম্বা পৈশা অপূম্বা হান্না এদভান্স থীবদা য়াওখ্রে। মীঙোন্দগী খরস্তু পুক্রবে। পাজিদগী পৈশা খজিক্তবু পুগেনে। লৌথোক্লবা পৈশা কোন্নদ্রে।

তোনস্না—নঙনা অমুক ওনশিল্লক্লেনে। ঐঙোন্দবু পৈশা লৈব্রনে কৈদৌবগী স্কুতর লৌদৌরিবনো ? একাগাড়ী তোংলিবত্তু কৈদৌরদনা ?

ইবোহল—একাগাড়ীগা স্কুতরগা খেন্নৈনা পাজি। থবক অথু অকায় নংবা চৎথোক-চৎশিন নুঙাইবা, অতুগী মথক্তা একাগাড়ীদগী স্কুতরনা লেমইদনা ! একাগাড়ীদি লুপা ২০০/৩০০ না ফংই, স্কুতরনা লুপা লীশিং ৩ গী মথকনি। শেল লৈতবা মীনা

পঙলৈ লৈবা ওম্বা নত্তে। লৈববস্থু কোটা ফংন্দ্রবদি লৈবা ফংপোৎ নাত্তে।

তোনস্না—শেল লৈতব নঙনা কবিগী লৌনিংঙ্ বিবানো? একাগাড়ীনা চেনবা খোঙজেলদগী হেন্না যাঙবা নঙগী থবক্কী দবকার কবিস্থু লৈক্তে। নঙগীসি দবকাব লেতনা গব শব তৌবনি।

ইবোহল—পাজি মতম হাযবসি লৌথবা রাযমনি। মতমগী চৎনবী খবা খঙবা হাই, চাওখৎপগী ন্নংঙাইবা শব্দক খবা লৌকম থাকই।

তোনস্না—য়ুমদনা চাদবা মপান্দ গব শব তৌবা সিরা নঙগী চাওখৎ-পসিবো? চানিংঙাই লৈতনা চাওখৎপা যাবোই নঙগী রাহু নৈ তানিংদে

ইবোহল—পাজিখোয়গী থাইনগী উফুল মবক্ত খোঙনা চেনবা অহুগা হৌজিক্কি মতম চঙদবা চৎথোক চৎশিন অসিগদি খেন্নবেনা পাজি কবি রানোনে?

তোনস্না— উম. খেন্নে ঐস্থু খঙই। চাবা রাক্তনা খোঙনা চৎকে, চরা হেল্লগা নঙগী গাড়ী তোংদো শব্দক।

ইবোহল—কৈনোনে পাজি। অনংবা মীনা গাড়ী লৈবা ওমই হায়ব্রা?

তোনস্না—নঙনা লৈদোবিবহুদি? নঙবু ইনাক খুনব্রা? নবম লৈতবা নঙনা ইনাকখুনবা শাবিব কবিগীনে?

ইবোহল—খুদোংচাবা অসিদি নাস্তোকহনখিবা ফব্রানে পাজি। অহুগীস্থু মথক্তা ঐগী পাজিদি ইনাকখুল্লিনা। পাজিগী মচা ওইরগা ঐনা ইমান্নবশিংগী মরক্তা একাগাড়ী অশিনদি ইফাইহনা তৌবনি। পাজিগী হৌজিক লৈবিবা লুপা লীশিং ৪ অহুদগী

লুপা লীশিং ২ খক্তনিনা ঐনা পুগে হায়বদি। ঐনা থুনা অমুক তলবতগী কক্তুনা শিংজনগদৌবনি কৈনো ? অদুগীস্থু মথক্তা ঐদি শেন্দোইবু পীগদৌবিবনি।

তোনম্বা—ঐনা লুপা লীশিং ৪ খক্তা তবং তবনা থমজবনি। নখোয়না অস্থুক য়েংশিল্লিবসিবু কবিগীনো ? ঐগী তাকবা থবক্তা শীজিন্নবনি নখোয়দা পাংনবা শেল লৈতে।

ইবোহল—পাজিনা থমজিল্লিবসি ফনদি কৃইরব,—পাজিবু কৈদৌ বিদৌবিবনো পৈশাদুন ?

তোনম্বা—তীর্থ চৎনবনি তীর্থ চৎননবা। নখোযগুম্বা ফত্রব ধবা-নালা ময়াম অসিগী পাপ মযাম সিদগী মুক্তি ফনবা লাই নিংলুগদৌবিবনি খঙলব্রা ?

ইবোতোম্বী—ঐখোয়না তৌবা পাপকীদমক্তি লাই নীংবিকনু পাজি। অবেম্বদা শেল মাঙনবনি।

ইবোহল—ইবোতোম্বী। নঙ তুমিন লৈযু। নঙ হুজিকফাওবা চক্লিব্রা ? চৎলোনে,—অদো পাজি। পাজিগী তীর্থস্থু চৎলু। হৌজিক্তি বৃন্দাবন চৎননবা মতমস্থু খবা রাৎলি। ঐগীদি লুপা লীশিং ২ অসি লৈত্রবদি স্কুতব অসি লৌথোকপা য়াদবা তাবে। ঐগী হান্নগী এদভান্স অদুস্থু মাঙবা তাবে। ঐ পাজি শোযদনা শিংজগে, লুপা লীশিং ২ দং পাজিনা পীবীদবা য়াদ্রে, তীর্থ চৎপা নংনবা ঐ শোয়দনা শিংগে, শোযবা যাদেকা পাজি। ( তুমিন্না যেংহুনা লৈ )

ইবোতোম্বী ঐগীস্থু লুপা ১০ দ পীযু তীর্থ চৎপা নংননবা শিংগে। ( তোনম্বা ইবোহল ওক্সা যেংই )

# অনীশুবা উৎপা

(থ. থরগী মতু , চাকশঙ, নুমিদা , মপান্দা স্কুতর লাকপগী মখোল। তম্পাক রাই তৈথোকই। চাক থিজুনা লৈ। ঙহাক লৈরগা ইবোহল চঙলকই।)

ইবোহল - তম্পাক, কনা কনানে থোকখ্রিবসে ?

তম্পাক —এখোয় তোনদোনবাগী লাইবিক তম্মিন্নবী মমান্নবীশিংনি।

ইবোহল—নুংদাং পুং ৯ তারকপা কৈদৌবম্মিব ?

তম্পাক- মখোয় কলেজগী সবস্বতী পুজাগী থবক ইনথা ময়ামগী রা তান্নবা থইরমাল্লে।

ইবোহল—কলেজগী থবক কলেজদা তৌগদবনি, য়ুমদা কলেজগী কবি থবক তৌগদৌবিব ? ঈবা তৌবিবনি নঙনা ঙাঙগেদি হায়দ্রজুনা তুমিন তুমিন লৈরিবা কবিগীনে ? নঙস্সু য়াথরিব্রা ?

তম্পাক—কৈনোনে, মখোয় তামোহলনা এঙোন্দা তাইনরিবসিবো। এনা কবি হায়দৌবিবনা ? রারকপীগদবা মখোয় তামোনা নোংঙানবদগী নুমিং তাবা ফাওবা য়ুমদা ঙহাক্তা লৈবিদে। লৈশাবী অসিবু এনা রাবকউবা ঙমব্রা ?

ইবোহল—কবি ঙমদনি। কৈদৌনা চৈদ্রিবনো ? করিগী অথেঙবদা পাখঙশিং য়ুমদা ক্ষমহল্লিবনো ? নঙনা য়াজুনা তৌবিবনি।

তম্পাক—ইথৌমক্তা হোৎনবদা মিকুপ অমত্তং কাইথোকপা ঙমজদে। ঙন্না ঙন্না হনবিরক্লগা মখোয় তামোহন্না শেন্নবিববদি ক্ষদৌনি।

নুমিৎ খুদিংগী পুং ১১ তাদ্রবদি হল্লকত্রিসিব কদায়দব চৎলি বনো ? ঙসিতনি খর ঙন্না হল্লক্লিবা '

ইবোহল—ঐনা হল্লকপা হল্লক্তবা নঙ' নথো করি লৈগে ? করিগীনো নঙনা ঐগী চৎফম থিরিববু ? নঙনা কৈদৌগে হায়রিবনো ? অঙাংনা ইরাং তৌবদি থিংদ্রহুনা ঐনা থেঙনা হল্লকপদা রা ওইনা ঙাঙলিবব ?

তম্পাক- অঙাংদা নত্তে ঈবাং তৌরিবদি। অহলনা ঈবা হৌববদি অঙাংনা ইনবা মশানা তাবনি। ঈবানা অদোম্ম তৌরগা য়ুমদা শাউবিরবিবসিবু করিগীনো ? ঙসি ঙন্থান হল্লক্লিসিব করম্বা অশোয়ব য়াওরবগে ?

ইবোহল—মসি ঙসি চৈ চানি য়েন্ট। (কন্না) নঙ ফবকউরা ? হা ফুরকউরা ?

তম্পাক- অনৌবা থবক নত্তে ইনম অসি থাগৎলবনি, মখোয় তামোগী চেথুদা ! মপান্দা খাইদৌ শাউগৎপীবক্লগা য়ুমদা তাইনরবা হায়বসি মতৌশানি। (শাউনী না) ফুনীংঙগা ফুবিয়. ফুনীংদ্রগা তোকপীয়। ঐ কৈস্থ থোশাদে

ইবোহল—নঙ নপাম চৎলো, চৎলু চৎখ্রো চৎলু !

তম্পাক—ইপামক শুকচৎ চৎচরোই ! কৈদৌবগী চত্তৌরিবনো ? রা খুদিংগী ইপাম চৎলু হায়বসিবু করিগীনো ? ইনাওন্নুপী অমা পুরক্কদৌরিব্রা ? পুবিরকউ হন্না ফাও য়েংজরোইয়ে : করিমত্ত কল্লকচাদে। ইচা অহুম অসি হোৎনবদা ঐ কল্লকপগা শাংজাদে

ইবোহল—মীন। হায়বগা হেন্ন হেন্না খুমইনে। মসে পাক হেক থারক্লনা ময়াকা পুমতেক তেক্কনিসে।

তম্পাক—যৈবিগে হায়বগ ঐ থোকচবকখিগে। চাকখুমদা লৈরিঙৈদা ফুবিবক্কনু। পাজি লুক হাদ্রি, চাকখুম মাংহনা ঐ চক্কা ফেঙলগা চাক থোঙবা ঙমজবোই।

তোনম্না—(মপান্দগী, কদোবনগনহাই? কৈদৌবগী চফু কেংগদৌবিবনো? কনা কবি তৌবে? যুম মাংবা য়াওরব্রা? (চঙলকই)

ইবোহল—চফু নত্তে। মাগী খা সি ফদবা কুইরমাল্লে, থাউ মবেক্লা থাগৎপা হল্লে, যক্ষ্মা হাউবৰোই, খব ফেঙউ হাযবিবা।

তোনম্না—হৌজিক কনানা খা ফঙউনি হাযগে, হযে ফেংলগা অচুঙাইদনা। তম্পাক, নচন নুপী চাখ্রবরা?

তম্পাক—চাখিদ্রি পাজি।

ইবোহল—চাক চাবকা শঙ্গে, হৌজিক্তা পাখঙ শঙ্গু অমা লেবমই! নচা ইবেম্মা লাইহিক হৈবীগী মরুপ, কলেজগী থবক্তীনি হাযযে। চাওখৎলে, নুপীনা নুপী সঙ্গ তৌদ্রদনা নুপা ঙাক্তা তিন্নবদনা পাজিনা গঙা নারাঙহল্লীবসি কবিগীনো?

তোনম্না—কেনোনে মসিনা ঙাঙলিবসিবো। ঐ কনানা খঙবগেনে? ঐদি ঈশৈ তিন্নরুবগী হৌজিক্তা হল্লক্লিবসিদি।

ইবোহল—হৌজিক ঈশৈ তিন্নবা ঙহাক চৎলুবগী ফল নত্তে, কুইরবনি তোনদোনবীনা লুৎফেৎ তৌবিবসি, পাজিনা চৈথ্রিবসি কবিগীনো?

তোনম্বা—ঐনা ঙাঙববু লৌরবদি কদায়দগী শোয়গদগে ? ঐনা হায়বদি কনামত্তস্থ লৌদে। নঙস্থু অদুমঙাই, নহালমখৈ নঙবু ঙসি মতমসিদা অমুক্তা হল্লকপা থেংনদে, কদায়দা চৎপগে ? নুতিগী ঙন্তা ঙন্তানা হল্লক্লগা শেন্নববদি কবিগী রা ঙাঙন-নিঙাই লৈগনি।

ইবোহল—ঐনা মখোয় শেন্নদুনা লৈবা ঙমব্রা ? যুমদা লৈনবা মতম ফংলবদি কৈদৌনা লৈবোইদৌবিবনো ?

তোনম্বা—নঙবু কদায়দবু চৎপগেনে ? নঙন, ওইবিসি থানাস্থু নত্তে, ঐদৌনা সর্ভে চৎপা অবাপ্পা থবক চৎলি হাযবস্থ নত্তে। চুম্নগী ইউ, দি, সিনি। কবম্বা ওফিসকী হেন্না চিনবা থবক নুমিৎ খুদিং নুংদাং পু, ১১ ফাওবা লৈবগে ? রা ঙাংনেসি। ঐ ফি হোংলুখিগে তম্পাক, ইপাগী চাক্তু থিদোকঅম্মু। ( থোকখি )

ইবোহল—কদায় ঐ চাক্তু পীবকউ। ( তম্পাক চাক পুথোকই ) হনুবা অসিন, অমুক আইন থিরবে। খোয়দৌসি শাউগৎ-কদৌবে। (চাক চায়) উম! য়েঙ্গাংনি তৌবিসি হাউখিদ্রে, কবিগীনো অস্মুক হাউতবা য়েঙ্গাং থোংলিবসিবো ?

তম্পাক—অদুদগী হেন্ন, হাউবা থোংনিঙাই লৈত্রে।

ইবোহল—কবি লৈতনি। নঙ মহা চলাকনি। নুমিৎ খুদিংগী য়েঙ্গাং হাউতবা থোংলগা ঐনা পৈশা পীদে হাযদুনা ঐবু বদনাম তৌগদবগী তৌবিবনি।

তম্পাক পীবু পীব্রা ? ঐনা কদায়দগী পৈশা লোক্লদুনা অহাউবা য়েঙ্গাং থোংদৌবিবনো ?

ইবোহল—নওবু লল্লোনবা য়াম্না কনবদাইনে? নওনা ফি শাবগী পৈশা কদায়দা থমখ্রে? নপামদা থৈগ্রবরা?

তম্পাক - নুঙাইবিবদা সৈত্য। ওস্তোরুস্থু ওম্বীগ্রেদা। লংফেল খরা রাংলে, পৈশা খিত্তা পীয়ু হায়ববু লৈতে হায়বদাইনে। ফি কক্কুব থা মখায় অম হেল্লে। য়েঙ্গাংদা থাক্লিবা কাবৌদু নহান চেণ্ডুপ য়োনবগী পৈশানা লৈরিবনি।

( তোনদোনবী চঙলকই )

তোনদোন—ইনম্ম চাক লোইববরা?

তম্পাক—লোইরে ইবেম্ম চাবরে লাকও।

তোনদোন—তামোতোন হল্লকত্রিবরা?

ইবোহল—( কন্না ) হল্লকত্রি। তোনদোনবী তুমিন্না লৈ, ক্ষমদুনা ) কনা কনানা য়ুমদ লৈবম্বা মযামদা?

তোনদোন—ঐখোয় কলেজগী সেক্রেটবীশিংনি।

ইবোহল—কৈদৌবম্মীবা?

তোন সবস্বতী পুজাগী পোৎ লৈবগী হিসাব পানবম্বনি।

ইবোহল কলেজদা পাদ্রদুনা য়ুমদা ববম্বা অহেনবা হিসাব পারিবা! হা। কলেজগী থবকপু য়ুমদা নুংদাং পুং ৯ দা তৌই হায়বসি কনানা হায়বগে হা?

তোনদোন—ঙসি নংথিলতা পোৎ লৈকবনি কৈদৌরগে? হৌজিক হৌজিক পাহৌদ্রবদি হয়েং পৈশা মাঙলগা ঐ শিংবা তাগনি। হয়েং ঙাইবা য়াদ্রদুনা তৌবিবনি।

ইবোহল—বা। সেক্রেটবী য়াম্না থবক ক্ষবী নত্রো? সরস্বতী পুজানা কলেজদা, ইবাংনা য়ুমদা নত্রা? শেলদি কযাম হাৎলে?

লৈশাবীনা শেল হাৎপা হৌবক্লব যুগ নত্রা ? কলেজদা তল হোৌবা কলেজদা শীল-লাঙবা, হিসাব পাবা যাদ্রবরো ?

তোনদোন—কবিনো তামোনা হাযবিবসিবো। কলেজদা তল হোৌবা, কলেজদা শীল-লাঙঙগা ওজানা লোইনা শেল হাপ্তুনা তোকই। যুমদা হোৌবগ ঐখোয়না কান্নজবনি। মতম মতমগীনি কৈনো ?

ইবোহল—বা। মতম খঙবী ওইবমাল্লেনে। মতম খঙবী ওইদুনা যুমদা মী লৈতবা কান্দ সঙ্গ মযাম পুশিল্লত্তুনা হিসাব তৌব-বিবা নত্রা ? কলেজগী ছাত্র গুন্দ ময়ামগা যুমদা হিসাব শুমিন্নববিবা ? নমায অত্ত থুগাইযুবা। নঙনা ইমুগী ইজ্জৎ মাঙহনগ তাৎনবিববা ?

তোন—কৈনোনে। লাইবিক তম্মিন্নবা ইমান্নবা কলেজ ষ্টুদেণ্টস ইউনিয়নগী মেম্বর ঙাক্তনি। মযামগী থবক তৌমিন্নবনু কবিগী ইজ্জৎ মাঙহল্লিবনো ? হৌজিক্কী মতমগী মওং তামোহল কবিমতা খঙদ্রমাল্লে।

ইবোহল—মতমগী মওং খঙবী, নঙ নমায় অত্ত থুগাইনি। নঙনা ঈবাং অসি য়োনা পামলিবসি কবিগীনো ? নয়ম থুনা পান্নবা তৌবিবা ঈবাং নত্তবা ? নঙ ফুবা নঙ ?

তোন—ঈরাংনা তামোহল্লনা তৌবগা ঐঙোন্দা তাইনবি কবিগীনো ? নুমিৎ খুদিংগী নুংদা স্কুটরদা সিনেমা য়েংবা পুরিবত্তু খঙদ-বোই নীংত্রা ? ঐনা ইনম্মদ শুঙাইখিবোই হায়দুনা তম্বীদ্রগা।

ইবোহল—মসে, মসে । মচীনসে য়ে উনই ।

( তোনস্না চওলক্লি )

তোনস্না কদায নুপীমচা ঐগী চাক ।

( তম্পাক্ নংঙাইবনা চাক পাথোকই, তোনস্না আচমন তৌই, ময়াম তুমিন তুমিন চাক চায় । )

নঙগী পৈশানা কদৌডৈ পীদৌবিবা নুপামচ ? নহাক্ লৌখিবা লুপা লীশী অনিহু কৈদৌডৈ পীগে হায়বিব ?

ইবোহল—পাঙিগী তীর্থ চৎপগী মতম রাৎলি হায়বদাইনে ? কালেন্দা চৎকে হায়বা নক্রো ?

তোনস্না—কালেনদি যাম্ন রাই হায়নে । হৌজিক হৌজিক নিংথমথা লাইশিল্লকপা অসিদা চৎহৌনব তৌহৌবন ফক্রা ?

ইবোহল—হৌজিক্তি কদাযদগীনা পাজি । কবম তৌজুনা কবম হায়না হৌজিক চৎকে খল্লব্রিবনে ?

তোনস্না মখোয হৌজিক বৃন্দাবন, হরদ্বার, নবদ্বীপ যাম্ন চৎনবে হায়নে । ঐন ইশৈ শিল্লকবদা মখোয ঙাওনরকপনি । মখোয়গী কাওবম বীরচন্দ্রনা বৃন্দাবন চৎপ ময়াম খোম্মী, মহাক্না হোৎনবীনি হৌজিক চৎহৌ হায়না হায়বকইনে ।

ইবোহল—উম ! বৃন্দাবন লম্লোল্লিবনি মঙোন্দ শেল খাযজিল্লগ লৈকায় ময়াম অহুনা চৎপগী রানিনে পাজিনা হায়রিসে ।

তোনস্না—হোয়নে, হোয়নে, হৌজিক মখোয়না পৈশা খায়জিল্লগা ঐখোয়না ওমুক রাকদো লৈত্রে হায । বসকী টিকেট, রেলগী টিকেট মখোযনা লাইনা ককথ্রদৌবনি । হৌজিক ঐগী

ইমান্নবা মযাম শেল খাযজিন্নবা .হৌবে— ঐস্ন যাওহৌবসিবা খল্লবনিনে।

ইবোহল—কাংঙবম বীবচন্দ্রবু পাজিনা থাজকবিবা কবম্ননো? নহালমুকস্ন মী চহুমগী পৈশা খাযজিল্লগা মথুবা যৌনি হায়বগা পুবিদগী হল্লক্কুনা বেল যাদ্রেকা হাযজিন্নবগা হল্লক-পত্নুদি? মানা পাজিখোযগুম্বা কযাদগী শেল হান্তুনা কাববাব তৌবিবসিদি?

তোনস্না—খঙদেনে তমবোমদা ফংলে শেল হাৎপা কাঙব. অমবোমদা ফংলে শেল হুবানবা কাঙব, লৈবাক অসিব কমদোদোনো?

ইবাহল—খবা তপ্না চৎলু পাজি, ঐখোযনা শীনবীগে। .হৌজিক মখোয কাঙবু খবদনি চৎলিব, মখোযগ চৎমিন্নবগা অবেম্বদা পৈশাস্নু মাঙ, তীর্থস্ন অমত্তা নীংবা থুংনা কোযবা ফংলক্কা অবেম্বদা মাঙলনি।

তোনস্না—খঙদেনে অহুম্না তোগদ্র? বীবচন্দ্রবুদি খববুদি চিংনৈ—অহুদা কালেন যৌবগা যাম্না শাগদ্রা খল্লিনে। নওগী পৈশাহুনা কমদৌবা? নঙনা লুপা লীশীং তনী. তোনদোনবীনা লুপা চামঙা, ইবোতোম্বীনা চামা শুবে ঐগী পৈশাদগী লৌখিবসি। কৈদৌঙৈ শিগে হাযবিবনো• ঐবু পৈশা অসি লৈশিল্লক্কোন নঙনা খব পীনবা তোনে।

ইবোহল—তোনদোনবীনা লুপ চামঙা কৈদৌবগী লৌখিবা?

তোনদোনবী—পাজি ঐগীদি শেল, কলেজদগী কাইবা লোইবগা শিংনি।

হংচিৎ সরস্বতী পুজানি। সরস্বতী পুজা লোইথ্রগা পৈশা হিসাব তৌশিল্লগা শিংগে।

ইবোহল—বাঃ বেশ। সরস্বতী পুজাগী শেলদগী পাজিগী পৈশা শিংদৌরিবা! কলেজগী ছাত্রশিংগী পৈশা নঙনা লৌবগা পাজিদা পীদৌবিবা?

তোনম্ন—কলেজগী পৈশা ওইগে ওইযু, ওইবোই তোকউ, ঐগী লুপা চামঙাদি তোনদোনবীনা পীদবা য়াদেনে।

ইবোহল—করিনো পাজিন তৌবিবসিবে? অঙাংশিংসি পাজিনা লোইনা মাঙহল্লে। অঙাংদা পৈশ পীবা তম্বীদনা পৈশা পাম্বা হৈহল্লে। নুপী লৈশাবী মানা মী কলেজগী পৈশা কবিগী হাৎতৌবিবনো? সিবু কবম্বা নুপীগী শাজৎনো? ছাত্র-ছাত্রীশিংগী পৈশা হাৎপা ঙম্ব মহাক্না হাৎপা ঙমলোই-দৌবা কনা লৈরি। খবা লৈবদি মপা হাৎকে, মবুং হাৎকে হায়রনি। মসি পাজিগী দোষনি।

তোন—করিনোনে নঙন ও ঙলিবসিবো? ঐনা পৈশ পীবা পীদবদি লায়রদনা নঙবু যুমসিদা পৈশা কয়া পীবগে? অঙাংশিংবু করম্বা মতমদা নঙনা শেন্নবা য়াওথ্রবগে? নত্তে, নঙনা তৌরিবসিবু করিনো? নঙনা পাম্বসি মীগী মিৎয়েংদা ইনাক-খুনবা শাবা অসিবা?

ইবোহল—ঐনা কদায়দা ইনাকখুনবা শাববগেনে পাজি?

তোন—তৌরিবহুনিদনা! ইনাকখুনবা মান্নবা খরচ তৌবদা য়ুম্দা পৈশা অমত্তা পুশিন্দে। খাইদগী হেন্না ফত্রিবদি নঙনিনে।

ইবোহল—ঐনা থা অমত্ত অনীদ পৈশা পীদবসিদা অসুক য়াম্না য়েংশিল্লিবসি কবিগীনো ? পাজিনা হনুথওদা অতুক যাম্না লীকশিল্লক্লিবসি কবিগীনো ? খবদস্সু ইমুগী যে শিনবা যাই। নোংমা ফাদোক পাজিস্সু ঙা চাক খবা লৈবা যাই।

তোনস্না—নঙ তলব চাবনা লৈদনা ঐ থবক তোক্লবনা কবি লৈদোবিবনো ? ঐনা থবক তৌবিদৈদা যামদ্রবদা নখোযগী ফননবা, চাবা হাউননবা তোৎনবকই, হৌজিক্তি ঙমদ্রে। পেন্সিনগী পৈশা খবা অসিনা ঐ হবদ্বা চৎকদ বিবনি ঙা চাক লৈনবা কাইথোকপা ঙমদ থাযবেদনা।

ইবোহল—পাজি যাম্না ফৎমন্দ্রবা জাৎনি। নৈদি থবক তোক্লবনি হাযত্রুন য়ুমগা পেশ পীদবত্তা নত্তনা হঙা শি ফাওবা রাবকত্রে। তীর্থ চৎকদোবিবনি হাযত্রুনা য়ুমগী বাৎ তপ ফাওবা মেল্লোই হাযবিবসিদি পাজিস্সু ওইজবা যাম্না তানবগী রানি।

তোনস্না—নঙনিনে মযামসিগী মবাদি। নামথাদোক্তস্সু হঙা শিংসি কবি পীজবগা কবি পাথক্লগা মথ্বায হবাওগদগে হাযবদি খন্দে। মখোয মখোযনা থোকপা থাকপা লেজনি হাযত্রনা কবিগুম্বী ফাওবা থওইবা লৈতে। চাওনে, ঙসি যেক্লাংশিংদা নঙ অমুক্তা হাউব্রা যেংউ।

ইবোহল—যেক্লাং হাউত্রিবসিদি ঐনা নত্তে—অথোংবা মীননি।

তম্পাক—কৈনে পাজিগা ঙাওনবীবা হত্নম ঙাওনবীযু ঐঙোন্দা অমুক থৈথবীবক্কনু। অস্তুক কুইনা যুমদগী অঙাংপীশক ওইরিঙৈদগী চাক থোংলকপসি কাংশোই থোংবদদি ঙসি থোংলিবা অসিদগী হেন্না হাউনা থোংনিংঙোই লৈত্রে।

ইবোহল—নঙ' কাংশোইসি হাউত্তনে। পীজরুচে কমাদনো ! মৈতৈ মুপীনা কাংশোই থোংবা হৈত্তবসিবু ঐবু তাবু তারকত্রীনে।

তোনদোনবী—মৈস্নাম সুনিতাখোযদদি কাংশোই ফাওবা হাউবনি !

ইবোহল—নঙ নমায় থুগাইযুবা ? নঙ নমায় থুগাইযুরা, নঙ ....
( হৌগৎলি )

তানস্না ভাইখোনে, ভাইখোনে। কবিনোনে ভাংনরিবসিবো ! ঐবু জ্ঞানবু অমত্তা তাদ্রিনে।

ইবোহল—অহনফাওবা অঙাংগী মীচঙ চঙলে। অঙাংনা থকশি-খাশি নাইশিল্লকত্রে ( নুপীদা ) নঙনেনি নঙনা ঈনশিন্দুনা তৌরিবনি। মতৌ ইমান মালহন্দনা মানা মৈ থারিবনি—নঙ নপাম চৎখো চৎলু। চৎলু।

তানস্ন—কবি ? তম্পার কবি তৌবদনা ? মপুম থিৎ'মখৈ নোম-জবিবা ঐগী ইমৌবো ! নঙনা অঙাং শাদুনা কোয় লংদুনা লৈবগা মী ইমৌসিদা তাইনবিনে ? মা লৈত্রবদি ইমুংসি নহান্না শাখার শাবগদোবনি খঙলব্রা ? তৌনু, তৌনু ; অদুম তৌননু ফত্রে।

ইবোহল—উম পাজিদি মাগী মীচং চঙগনি। পাজিদগী পৈশা পীয়ু হায়দবসি মা মতোমত্তনি। নোংমতা ঈংনা রাখল খন্দুনা মাথা অসি পোত্থাহন্নবা মতম লৈতে। যুমদা হেক হুঞ্জিনবগা খোয়দো হেক্তা লংখৎপা ! হু তরেৎ খাবে, খারে। যুম অসি জেলদা লৈবগা চপ মান্নে। ( মতাং অসিদা যুঙাওববা ইবোতোম্বী তুমিন্না, মশা ফাজিল্লদুনা চঙলকই। )

তোনস্না নঙনা অমুক কদাযদা চৎলুরিবা ? (ইবোতোম্বী খুমদে)

তম্পাক—ইবুংঙো নঙগী চাকসিদা লৈবে। (চাক থাংদোক্তুনা তোন-দোনবীগী মনাক্তা থাই।)

তোনদোন—(ইবোতোম্বী ফমথবকপদা) উম। নমথিখ্রেদা। (হন্দোকই)

তোনস্না—কৈদোববগেনে নঙবো। হা কদায চৎলুবগে হায়মি ?
( ইবোতোম্বী খুমদে।)

ইবোহল—ইবোতোম্বী। ঙাওশিন্নবিবব ? কবি চাগে হায়না ঙাওশিন্নবিবনা চৎলু চৎলু মপান্দ চৎখ্রো চৎলু। চাক্কা অমত্তা পীজকনু মসে।

তোনস্না—নঙবু কৈদোববগেনে ইবোতোম্বী। রানি লাম্নি অমত্তা ঙাঙদে, চাকস্তু চাদা তৃমিন্না শংগ্রিক যেংত্নুদা লৈবিবসিবো। হা নঙবু ঙংওববা হাযমি ?

ইবোহল—পাজি মঙোন্দা ঙসি পৈশা পীব্রা ? পৈশা কযাম পীখি ? মানা পাজিদগী পৈশা লৌখিব্রা ?

তোনস্না—পৈশাদি মাদি লৌহুনতা লৈবিবনিনে। নঙবু এগী লুপা চামা শিগদে বনি কাউববা ইবোতোম্বী। নঙনা ঙসি তৌবিবসি কবিনো ?

ইবোতোম্বী—ঙসিদি মী চানীংই। ঙসিদি মীহু মকোক কৎ থদৎলগা ঈহু চূরুপ-চূরুপ চূপনীংই। ঙসি মী চানীংইকো। এ মী চানীংইকো। মঙক অহু কৎ থদৎলে হায়বগা, ঈহু চূরুপ-চূরুপ চূপ্পা। মী চানীংই ঙসি এ মী চানীংই। (হন্না-হন্না হায)

তোনম্বা হায় কৈনোনে মানা তৌরিবসিবো নুপামচা ইবোহল—
মসিবু ঙাওরবরা কৈনো অমা তৌরে হায়মি !
( ইবোহল হৌগত্তুনা খুৎ ওইনা ইবোতোম্বী মনঙ্গন্দা চিংখৎলি )
ইবোহল—ইবোতোম্বী নঙ ফুরকউরা নঙ ? চৎলো ! উশিৎ থওইত্রিবা
· করিগীনো ! চৎলো চৎলু ! ( চিংই )
ইবোতোম্বী—শোকলক্কনু, থাদোকউ তামো ! ঐ মী য়াম্না চানিংহুনা
লৈবিবজাৎনি কান্নদে, ঐঙোন্দা হৌরক্কনু ! থাদোকউ হায়মি !
( কনখোকই )
তোনম্বা—কৈদৌবগে হায়মি ! হা নঙবু ঙাওরবরা, কৈদৌরগে ?
ইবোতোম্বী—( ওপ্পা ) পাজি ! ঐ কবিমত্তা ঙাওদে, ঐ জ্ঞান য়াম্না
তারিবজাৎনি।
ইবোহল—অদু নঙনা তৌরিবসি করিনো ? করিনো নঙনা পাম্লিবসি,
কবিনে ? হা ! নঙনা পাম্লিবসি করিনো ? নঙ ফুনবা
পামব্রা নঙ ? হা ফুনবা পামব্রা ?
ইবোতোম্বী—ঐনা তামো ফুনহুনা কৈদৌদৌরিবনো ? তামোখোয়
পাজিখোয় নখোয়না থোকপা অদুম লৈয়ু। ঐঙোন্দা য়েৎলিবা
কবিগীনো ? ঐ তামোবু, পাজিবু কবিস্থু ফুনীংদে - নখোয়
ফবগা ঐগী ইজ্জৎ মাঙই।
ইবোহল—কয়াদ উশিত্রিবনোসে ! করিনে নঙনা পাম্লিবসে হা ?
নঙনা সুমহায়না তৌরিবসি কয়াম কুইরে, হায়য়ু—শেংদোক্লসি
নঙনা পাম্লিবসি করিনো ?
ইবোতোম্বী—(কপ্পা) কান্নদে তামো ! ঐ ঙসি রা য়াম্না ঙাওনীংদে। ঐ
ঙসি থরায় খবা নুঙাইতে ! থরায় নুঙাইতে হায়রিসিনি।

তোনম্মা - কৈদৌরবগে নঙবো ? মীকা ফুনরুরবরো নুংনকা শুনরুরবরা হায়মি ? ঐদি য়ুম অসিদা লৈবা ঙম্মোইদৌরি। নখোয়গুম্বা ময়াম অসি তিন্নবা ঙম্মোইদৌরি, ঐ খাঙবা ঙম্মোইদৌরি। নখোয় পূম্নমক ঐগী পৈশা শিংবিরো ঐ তীর্থ চৎচখ্রগে। কাম্নপোৎ নত্তে ঐগী পৈশা শিংবিরো ঐদা চৎচখ্রগে।

ইবোতোম্বী—পাজিবু পৈশা কয়া য়াম্না পাম্বগে ? শৈশা পীগেনে লাক্ষ লাক্ষতা পীগেনে পৈশাদা উচুনা লৈবনি নঙদি। পৈশা পাম্বা পাজিগা নুঙাইবা পাম্বা তামোগা লৈমিন্নহো-ও ঐদি চৎচখ্রগে নখোয়গী হাবী জানী অসি অমুক খাবে। সিগুম্বা ইমুং অসিদা লৈদো শরুক ঐদা মাঙজখ্রগে। (হৌগৎলি) লৈহোরো লৈহোবো নুঙাইহৌরবো (চৎকে তৌই থোঙলোমদা, মপান্দগী থোঙ খিন্নি। "থোঙ হাংদোকউ। থোঙ হাংদোকউ। পুলিসনি! থোঙ হাংদোকউ।" ইবোতোম্বী পাখত্তুনা হঞ্জিল্লকই, চাকশঙ মরুমলোমদা চেনশিনখি।)

তম্পাক—(পাখৎনা) থানানা ইবোতোম্বী তান্নবকপা ওইরমাল্লে! কমদৌনি। (ইবোতোম্বী লোৎকমদা অমুক য়েং মপান্দা অমুক য়েং তৌদুনা লৈ)

তোনম্মা—ইবোহল করিনো ? মুক্তা য়েংউ নঙবো! ঐবু ইপা পাখৎলেনে। নঙ থোক্কুনা অমুক্তা ঙাওনৌ।

তম্পাক—লৈতে হায়বিয়ু, লৈতে হায়বিয়ু! শোয়দনা ইনাও কাগদৌগী তৌরিবা ওইরিনি। (মপান্দা—"থোঙ হাংদোকউ)"

তোমস্না—ইবোহল। ইবোহল! অমুক্তা কৈনো অমা তৌনে।
(ইবোহল খুৎ হামদোক্লগা থোকখি) হুমঃ হুমঃ হুমঃ ঐবু শিরমদাই অসিদা অরাবদা থেংনগদৌবি।

তোনদোনবী- শোাদনা রাথোক অমা থোক্রমগনি। ওসি মখোয় মযাম খাইবম্নন্দা লাওহৌবনি।

তোনস্না— বাধে রাধে। রাখবেদ হে ঈশ্বব। (তুমিন্না লৈনৈ)

ইবোহল -( ওহাক্তং লৈবগা চওলকই ) পাজি'

তোনস্ন -কৈদৌবে, কবি হায়বে' কবিনো?

ইবোহল—উম ইবোতোম্বী ত্যন্নবকপনি' সব ইন্সপেক্টব কুপ্তেনি।

তোনস্ন —( লোম্না ) কবিগীনি হাবগে? কৈদৌবগীনো?

ইবোহল—( তপ্না ) ইবোতোম্বী ফাতুনা পুখিদবা য়াদে হায়বি।
যমদা লৈবমগনি হা বা পাউ ফংই হায়।

তোনস্না—(কিনা) মবমদি কবিগীনি হায়বগে? লৈতে হায়খ্রব্রা নওবে।

ইবোহল—ইমুংদ চওহুনা থিগে হায়। মখোয়গীসি য়াম্না লুবা কেশক্কী ওইবমাল্লে। পঞ্জাবী মচ অমা ওসি মখোয়না থাওনা থিল্লম্লে শিবে হায়রে।

তম্পাক, তোনদোনবী—( পুন্না ) ইমা!

তোনস্না হরে হরে' কৃষ্ণ কৃষ্ণ! কমদৌনি অহুদি, হে ঈশ্বর'
কমদৌনি অহুদি!

ইবোহল—পীগে পীথোকখ্রসি। মা লৈরগা ইজৎ য়াম্না মাওশিল্লকদৌরি।

তম্পাক—কয়াদা মবুক অসি ফৎখিগ্রিবনো? মনাও নুপা জেলদা পীথোকখ্রসি হায়বিবসিবু কবম্বা নুপানো?

তোনস্না—হুমঃ ইবোহল ! ঐদি জ্ঞান মাঙলেনে। করম্নো তৌরিবসি' অদু করম্না ইচা অতোম্ববু পুলিসতা পীথোকখিগদগেনে ? কবি পুণ্যনো অদুবো ?

ইবোহল—(তপ্না) পুহল্লোই হায়রগা পৈশা পীযু সিদনি। পাঙীনা লৈরগা লুপা চামঙা খক পীবিখ্রে। ঐদি পৈশা অমত্তা লৈতবনিনা জেলদা পীথোকখ্রসি হায়বিবসিনি।

তম্পাক কয়াদা মবুক ফংখিদ্রবা নুপানোনে মসিবো। কয়াদা ঙকখ্রবনো ?

ইবোহল—নঙ তুমিন লৈয় ! নমায থুগাইবক্কনি। করি কান্নবা চবেৎ চবেৎ ঙাঙলিবনো ? ঐ পৈশা লৈতে হায়বেদনা।

তম্পাক—নঙনদি কদায়দগী লৈনি ? অসিগুম্বা নুপা অসিদা ঐনা যুম পাল্লুরিবসি ঙঙকপনি, মনাও নুপা ফাওবা নুংশিবা লৈতে। করম্না হিংগদৌবনোনে ·

ইবোহল—Shut up ! থাজল্লকউরা ! ( ফুগে তৌই )

তোনস্না—ফরে, ফরে, খিৎ তুমিন লৈবিরো ! হে কৃষ্ণ, তম্পাক ইপাগী পাক্তি অদু অমুক্তা লোকচো। রাখরেদকো ঈশ্বর। ( তম্পাক থোকখি অমসুং পাক্তি অমনবা অমা থাংজিল্লকই, তোনস্নানা লুগুন্দা কিরিবা শোনা হাংদোকই, লুপা চামচৎপী মপুন অমা পুথোক্লনা ইবোহলদা ) সে, সে নঙ পীরুরো। হে ভগবান ! ঐগী কবি পাপ তৌখিদনা পুন্সি অসি লোইরমদাইদা ওস্নোক্লা রাহল্লরেদকো ! ( ইবোহল পৈশা লৌরগা থোকখি ) তম্পাক, চাক-নুংগাসি শেংজল্লু ঙসিদি চকম অমা হুঙৎলেহায় ঐবো ! (তম্পাক চাক শেংজল্লি )

ইবোহল　( চঙলক্লুন , ইবোতোম্বীরোমদা ) ইবোতোম্বী, ইবোতোম্বী, খোরকউ লাউ, পুলিস চৎখ্রে। পাজিদা খুরুমউ নঙ ঙসি নথরায় অদু কনবিরবনি খঙলব্রা ? ( ইবোতোম্বী তুমিন্না তুকথহুনা লৈ, তপনা মপাদা চঙশিল্লি )।

তোনম্না—ফবে ফবে নকশিল্লক্লুনু—ইপা ওক্লে উমঃ উমঃ উমঃ (শেল য়েংহুনা ) লীশীং মবিদগী লুপা লীশীং অনীগা চাতরুক হান্ন লোথোকখ্রবা ! লৈহৌবা লুপা লীশীং অমগ চামরিদগী হৌজিক চামঙা অমা চৎখ্রব । লুপা চামাপন । থা অমদা লীশীং অহুম চামা লোইশিনখ্রবা ! ভুম ! নুঙাই, নুঙাই। হে পৈশা হাঃ হাঃ হঃ ( কপ্পা ) হরদ্বার বৃন্দাবন মথুরা, ঐগী ইচা অহুমদং পোকপদা লৈখিদ্রবা ইপা ইপু শাগে লোইনা মুক্তি ফংগদৌরি ! ( কপ্পী )।

ইবোহল—কবম তোহুনা মী থাঙ খিন্নব, য়াওরুরিবনো নঙবে ? করম হায়না সুমহায় খোরক্লিবনো হায়রানি ?

তোনম্না ফবে ফবে। মঙোন্দা রা ডাঙবীরুরনু, ঐঙোন্দদি নখোয় লোয়নমক চপ মান্নে। অমনা থাঙ পায়বা, অমনা স্কুতর তোংবা অমনা পাখঙ সঙ্গ তৌবা। লোইনা ঐঙোন্দদি অন্ধানি। কনা কনা চাক চাখিগদৌরি ? তম্পাক নঙস্সু চাক নুং চাথোক্লো, ঙসিদি তুমিন্না অমুক্তা পোত্থাসি, নপা ঙসিদি রাবে ; কৃষ্ণ, কৃষ্ণ। ( রানা শোল্লি )।

ইবোতোম্বী—(চঙশিল্লক্লুনা খুরুম্মী) পাজি, পাজিবু ঐনা য়াম্না রাহল্লে। ঐ অমুক পাজিদা অরাবা পীজররোই ঐ চৎচখ্রগে।

তোনস্না কদাযদা চত্তোবিবনোনে নঙবো ? নঙগীদমক্তা পৈশা তিংলে - কদাযদা অমুক চত্তোবিবনো ?

ইবোতোম্বী—ঐ ইমু অসিদা অমুক খোঙদাজববোই। ঐ অস্তম মাঙজখ্রগে।

তোনস্না—ইবোতোম্বী। ইবোতোম্বী। ( মপান্দা থোঙ থিল্লকই, ইবোতোম্বী পাখত্তুনা অমুক চেন শিল্লক্তুনা লোৎখি) কনানো। থানা অমুক হল্লক্লব্রনে ইবোহল ? ইবোহল অমুক্তা যেংউনে। কৃষ্ণ। কৃষ্ণ। ( ইবোহল থোকখি )।

ইবোহল—( চঙলক্তুনা ) ওজা বীবেন্নি। চঙলকপা যাগদ্রা হাযযে ?

তোনদোনবী—ওজা বীবেন। ( চেন্দুনা লোৎখি )।

তোনস্না- কবিগীনো অস্তুক থেংলবকানসিদা—চঙলকউ হাযযুদনা।

ইবোহল—ওজা বীবেন লেঙশিল্লকউ। তম্পাক মোড়া অমা থাউ। ( বীবেন তপনা তুকথন চঙলকই, তোনস্নাদা খুকমই, তম্পান্না মোড়া থাই )।

তোনস্না—ইবুংঙো ফমউ, কবিগীনো ওজানা অস্তুক থেঙলবকানসিদা ?

বীবেন—( রানা ) খুডাইবুংঙো, ঐব রাবৌবিগনু। ইবোহল বাবু ঐবু ঙাকপীযু। ( মপী তবং-তবং চেন্দুনা লৈ )।

ইবোহল—কৈদোবগে কবি তোনববগে ? ঐখোযনা মতেং পাব য়াবা কবিনো তাকপীযু।

তোনস্না - ইবুংঙো ইচাদি কবি হায়নীংই—ননাও নচন অনী অসি নঙন লাইরিক তম্বীবিবনি ইচানা হায়নীংবনা কবিনো ? ইপাখোয়দি ঙসিদি ওস্থোকপা অরাবা অমা তারদনা—নহাক লাকপকাওদা পাখৎলুবেদনা।

বীরেন—ঐ.. খঙজৈ, ঐহাক.. কুইবে পূ অহুম্লোম কারে মপান্দা ঙাইজবিবা। থানা কাঙবু অমা চঙখিবা, চৎখিবা ঐ লোইনা থেংনজৈ। ঐহাকসু চৎলসিবা হায়না তৌবনি—অহুদা ঐহাক উপায় অমা লৈজদ্রহুনা চঙজবকপনি ঐবু ঙাকপীযু।

তোনস্না—হেঃ হেঃ কৈদৌই হাযবগে। কবিনো ইচানা পাম্বদি ?

বীবেন (রানা) ঐ তোনদোনবী অমুক্তা উনজবা য়াগদ্রা ?

তোনস্না—এঃ কৈদৌই হাযবগে তোনদোনবী, হায় তোনদোনবী, নঙ ওজা বীবেন লাকইনহাই. লাউনে—থোবকউ লাউনে।

তোনদোনবী—(থোবকই, কন্না) ওজা ? কৈদৌনা লাকইনো ? ঐনা লাক্নু হায়দ্র ? ওজা, নঙ অসিম ঈকাইবা খঙখিদ্রে। কৈ কান্ন লাকইনো ?

তোনস্না—হায। নঙগী ওজাদা অহুম থকশি-খাশি নাইদবা, তৌহৈদেনে, গুরুদা লঙজবা হৌনদেনে।

তোনদোনবী—কবিগী লঙজরুগবনো ? ওজা ঐনা নঙগী পৈশাহু কবিসু হাৎলোই হায়বেদনা। শিংলবোইদৌনা পবপ পবপ হেক্তা তকপসিবু নঙ অসিমা ইজ্জৎ ওম্বোক্লা লৈখিদ্রে।

তোনস্না—কবিনোনে ঙাঙনবিসিবো। কবিনোনে রাক্মহুবো ঐবু জ্ঞান মাঙলেনে।

বীবেন (রানা) খুড়াইবুংঙো, রাবৌবীগনু। তোনদোনবী নহাকসু মীনুংশি যাম্না খঙদে। লৌবমদাইদদি হেক শিথ শিথহুনা ঐগী পুক্লীং পুংশুম শুন্দ্ধৎলি। ঐ নঙবু য়াম্না থাজরুই। হৌজিক নহাক্লা চৎলিবা শাজত্তনা ঐহাক নঙবু থাজবা

ঙমদবে। নঙ ঐবু ৱারৌগনু ঐহাক উপায় লৈতহুনা চঙলক-
পনি. ঐবু ওৎলগনু তোনদোনবী।

তোনস্না করিনোনে ঙাঙনরিবা ৱাসিবু। ঐবু ভাব অমত্তা তাদ্রিনে।

বীরেন (ৱানা) খুড়াইবুংঙো ঐবু ঙাকপীয়ু। তোনদোনবীনা ভোট লেপ্পগী ঐঙোন্দগী লুপ। লীশীং অমখক্ লৌখি; লুপা চহুম অমদি ঐগীনি। চাতরেৎ অমদি ঐখোয় ইমাদা মখোয়গী মরুপকী শেল খায়জিল্লকপগী পৈশানি। চাতবেৎ অহুদি পীখিদবা য়াদ্রে, হয়েংমক পীখিদ্রবদি ৱা থোক্লবা তাবে। ঐহাক উপায় অমা লৈত্রহুনা....তোনদোনবী নঙ ঐবু ৱারৌগনু অথুবগীনি হায়হুন পুরুবনি - ঐ উপায় লৈত্রে।

ইবোহল—(মায় ঙাঙনা হায়। লমকেৎ লম্নহায়বী, নঙনা ভোট লেপ্পগী ওজাদগী পৈশা পূবা হৌনব্রা? ওক্তবী, নঙ ঙসি লৈরম্মু খঙনি। ( চঙশিল্লি, তোনদোনবীগী মশম পায় )

তোনস্না—ঙাইখোনে। ঐঙোন্দগী চামঙা অমগা নঙগী ওজা বীরেন্দগী লীশীং অমগা লৌরুরিবরনে তোন্দোনবী?

তোন্দোনবী—(শাউনা) ভোট লেপ্পবু লীশীং অমা চামঙানা ওকপবা? লুপা লীশীং অনী হেন্না চঙলীবনি খঙবরা? ওজা নঙবু পৈশা অহু শিংদ্রবসু য়াবে হায়খিদাইনে? নহাক ঐঙোন্দা নমথাক তৌরিব্রা? নমায় অহু ইকাইদ্রা?

বীরেন—(শুকথনা) নহাক্না ঐবু চানবীনি হায়খিবা অহুদা হায়খিবনি। হৌজিক অশাই নঙনা নঙগী পাখঙ মরুপ অহুদা চৎখিবা শাজত্তো উরুবগা ঐহাক নঙবু থাজবা ঙমলক্তরে। খুড়া

কুইন ফাজিন্দুনা লৈবা ঙমলক্কবে ঐবু ফুগে হায়রবস্থু ফুন্দিযু ঐহাক ঈকাই ইকি হুন্দোক্তুনা চঙজররক্কবনি। তোন-দানবীনা চৎলিবা শাজৎ অসিদ ঐ মাবু অমুক থাজজবা ঙমজদবে। অতুগীস্থু মথক্তা পৈশা লুপা চাতরেৎ অহু পীথোকখিদ্রবদি রা থোকপা তাবে। ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু।

( তোনস্না ওকথদুনা লৈ )

তোন্দোন—নুপানি হায়বগা ইজ্জৎ অহুক য়াম্না য়াওদবা—থুই।

( তিন শিৎলি )।

ইবোহল—নুপীনি হায়বগা ঈকাই নাইদবী, ওক্তবী নঙবু ঐনা ইচলনি হায়না থমখিগদ্রা চৎলু চৎলু—( কম্না ফুই। )

তোনস্না—( হৌগঙনা। ঙাইখোনে. ঙাইখোনে। ভাব অমুক্তো তানখিসিনে।

ইবোহল ( শাউনা ) কবিগী ভাব তানগদোবিবনো? অসিদগী হেন্না ভাব তানিঙাই লৈতে। নচানুপী অফাওবী অসিনা কৈগুম খঙজদবা ওজা অসিদগী লুপা লীশীং অমা লৌথোক্লে, মাগী নুপী ওইনি হায়শিল্লে, অদুগা পাখঙ অতৈদা····( ফুদুনা ) চৎলু, চৎলু, ইমা অসিদগী লাপথোকখো, চৎলু মবুং মোপ্পা, ইজ্জৎ মাঙহনবী চৎলু, চৎলু—( ঈল্লি )।

তোন্দোন ফৈ লৈবীবোই য়ুমসিদা লৈবীরোই, হায়—ওজা লাউ নঙগী নুপী ওইবিবগে লাউ—চৎসি হৌগৎলু। অদুগা নঙগী পৈশাদি শিংঙবোই—ইশা ওইনা লৌজো। লাউ।

তোনস্না ঙাইখোনে। ঙাইখোনে। অহু হেক স্নাবমনে? লৈকায় খঙনবক্তুনা রা থোরুবা তাবেনে। হে ঈশ্বর। ঐগী পুন্সি

অসি ওস্থোকপনিদা। (ফমথদুনা) ইবুংঙো ওজা নঙগী পৈশানা কয়া হায়বা ?

বীরেন—লুপা লীশীং অমনি খুড়া ইবুংঙো। লুপা চাতরেৎ অমনা ইমাখোয়গী মরুপকী শেলনি। চহুম অমদি ঐগীনি।

তোনস্না—ফবে, যুম অসিদা থোক্লিবা থৌদোক অসি লৈকায খঙহন্দুনা রা রা লাউদুনা ঐহাকপু শিবমদাইসিদা ঈকাইবা নঙলুবা হৌনদ্রে। সে সে নঙগী চাতরেৎ অমদি ইপা পীবগে। চহুম অমদি নহাক্না ওজা ওইবগা ইচানুপী ছাত্রী অসিগা খঙন চান্নবম্বগী মমল ওইবে। মনা-মনিল নাইবনু। সে সে লুপা চাতরেৎ অসি লৌবো। চৎলে চৎলো।

(বীরেন পৈশা লৌবগা তুকথদুনা চৎখি)।

ইবোহল—অসি য়ৌনা মোৎলবা, তুকচথ্রবা যুম অসিদা লৈদুনা ঐহাক শোয়রবনি। লৈহৌবো, মীহাৎপ অমগা, ওক্তবী অমগা, চক্রি অমগা, পাজিগা লৈমিন্নহৌবীবো—ঐ যুম অসিদা লৈদুনা ঐহাক শান্তি ফংলোইদোবে—

তোনস্না—নঙনা কদায়দা চৎপা য়াগদগেনে ইবোহল ? নঙদি ইচানুপা অহলনি—ঐ শিথ্রগা পিণ্ড পীবিগদৌবিবনি যুম অসি নহাক্না পুহৌফম থোকই। নঙ চৎপা য়াদে। নঙনা খ্বাইগী মকোকনি। নহাক্না তাইশিন্নবা, অফবা তান্নবা হোৎনৌ। হুম। হুম। চাতরেৎ অমসু নাম্থোকথ্রবা। লুপা চনীখক লৈবি। অদুনি, হৌখিবা মংোক্কী তৌখিবা পাপ—রাধে, রাধে....

(লোইনা তুমিন্না লৈ, ঙহাক লৈরগা তম্পাক ফিরুক খুমদুনা তোনস্নাদা থুরুমই।)

তোনস্না— কবিনে। ? নঙগীনা কবি রাকৎনো ?

তম্পাক পাজি, ঐহাক লৈদুনা যুম অসিদা অরাবা য়াম্না থোক্লে, ঐহাকসু ইপামদা চৎচখ্রগে—পাজিগী সেবাদি মাইস্নান সুনীতা দেবীবু তৌহনবীবো। ঐবু থিনবীবো পাজি।

তোনস্না— কনোনে নঙনা হাযবিবসিবু তম্পাক। ঐবু ভাব অমত্তা ওাদ্রেনে।

ইবোহল –উম পাজিনা খবচ তৌদ্রিবসি মঙোন্দদা ঙায়বে। অদু চলাক্রি পাজি।

তম্পাক চলাকী নচ্চদে পাজি। ঐ পৈশ পামচদে। ইনাওনুপী ওশেংনা উম লৈববনিনা ঐ লৈবগী কবিস্তু কান্নদ্রে পাজি। নহালমখৈ মশক খঙদ্রিঙৈদদি ফাগি ওইববোই নীংলুই, হৌজিক্তি ফাগি নৎলমদ্রে। ঐহাক্না অমুক ময়ামদা অরাবা পীদৌ শরুক ঐ ইপামদা চঙা অহুম অসি পুবগা চৎচখ্রগে পাজি।

তোনস্না হুম। হুম। নঙগুম্বা ইমৌ থেঙনদ্রি, নঙগুম্বা ইমৌ লৈতে। ঐগী ইমৌ অতোপ্পা অমুক থিবা য়াদে। ইবোহল নঙগী লপা লীশীং অনী চদু শিংলক্লগনু, চদুগা তম্পাক্কী মথরায় নুংঙাইহন্দবদি য়াদেকে। নঙ মতুগুম্বা রাখল ঙসিদগী থাদোকউ। ফবে ইবেম্মা, সে সে লুপা চনী অসি নঙগীনি। নহাক মসি লৌশিল্লো।

তম্পাক ঐহাক পৈশা পামজদে পাজি।

তোনস্না—সে সে লৌশিল্লুনে নঙগীসিদি ইপানা য়ানা পীবা পৈশানিনে —যামদি যামদ্রে- সে সে ( তম্পাক লৌই )। বশ। পূমকোক

কোক্লে—শিৎ নাপ্লে। (বাক্সি কাক লাউনা তাইন্দুনা খুমজিল্লি, স্বব শাংনা হোন্দোক্লুনা) য়ারেকো, নখোয় লোয়নমক্কী নীংবা থুংলেকো? নখোয়গীদমক ঐহাক্না লৈজবা পৈশা তিংলে। ইমুং মহী লাওদনবা শীল্লে। ওসিনা অরোয়বনি। তুংদদি পাজিদা অমুক হায়রক্লগনু। নখোয়না জ্ঞান তানা রাখল তৌহুনা য়ুম অসি মনা মনিল নাইদনা পুহোবো। হৌজিক্তি ঐস্থু ইশাগী নুংঙাইনবা অমুক য়েংদবা য়াদ্রে। তম্পাক, ঐগী ফিরোন্দু শুদোক চামথোকউ। ঐ হয়েংমক তীর্থ যাত্রা তৌখিদবা য়াদ্রে। ঐ তীর্থ চৎলগে।

ময়াম—পাজি !

ইবোহল—পাজি, করম্না তীর্থ চৎকদৌরিবা? পৈশাদি লোয়না লোইথোক্লে। পাজিনা করম্না তীর্থ চৎকদৌরিবনো পাজি?

তোনস্না—( মোমোন তৌহুনা ) ওসিগী ফিভম অসিদা ঐহাক য়ুম'সিদ' কুইনা লৈবা য়াদ্রে। ঐ হয়েংমক তীর্থ চত্তবা য়াদ্রে। ঐহাক্না নখোয়দা তাক্তবনি। ঐগী লুপা লিশিং মবি অমস্থু লৈরি। ( ময়ামদা য়েংই ) হিঃ হিঃ হিঃ নখোয় কনামত্তা খঙহন্দনা লো য়েনবগী শেল চাবদা খাকচিলহৌবনি। লিশিং মরি অম্মদি নখোয়না লোইথোকপিবে—অতোপ্পা লিশিং মবি 'সিমদি ঐ ইথন্তু লোইথোকচক্লরগে—রাধে রাধে, ( চঙখি )।

ময়াম – পাজি পাজি ( কপলি কপলি লৈহৌই। )

# য়াওগদবা মীওং

নিপা—

১। ইরোপিশক নং ১

২। ইরোপিশক নং ২

৩। তোইম্মে (চি, থানি, দি)

৪। মুহোর একা (শিব শম্ভু)

৫। শগোলমেল গুর

৬। শনি ঠাকুর

৭। বুধ সিংহ (ব্রাঞ্চ মেনেজর)

৮ তাখেল্লম্বম অচৌ (মহাজন)

৯। ষ্টেজমেন (ফিমু শেংবা)

১০। ভারোক নং ১

১১। ভারোক নং ২

নুপী

১। ভারতী (রাহু)

২। মায়পাকপী (কেতু)

৩। বিবি পার্ব্বতী (চীং নুপী)

# হিংবা তাই করিগুম্বা পাম্বৈ

মতম—নিংথমথাগী নুমিদাংরাই।

মফম—লঙ্কাপুরগী, ভাবাদা শানবা কা অমদা, সহরগী নোংচুপ চিদাইনি, লমজাওহু মী খরা চীকই।

[ মেজ অনানবা অমা থাবি, মথক্তা কোল্লি বেস লৈ। অকোয়বদা চৌকি অহুম থাবি মীহুৎথোঙ হাংভি, মীদি অমও লেবা উদে। মাঙান্দা চবা মমদা চাউনা ইবগা থেৎলি—থবক হাঙই, তলব ৩০০-৫০০- ০০ ১০০০।

ইবাপিশক নং ১ অমদি তোম্মৈনা মফি মোলপ (থবক ফংদবগী) শৎ, হরা চাব লাকপদা থেৎলিবহু পাই, ওরৈ, মী কোয়না যেংমিন্নৈ হবাওবপ লা তরৈ।]

ইবো।১ থবক হাঙই, তলব অমুক অমুক ....ঐখোয়বু মনমনা খঙলহুনা কনানা লকনরিবনো? অওইববু ওইববদি ৫০০ চাবদা বাজারগী দোল লীশী মঙাহু পীগে। থবক, তলব চাবা অমা পান্দ্রি হায়দুনা মশানস্থু মম মপানস্থু যাববী অমা য়াক্লহুনা লৈবে হায়বনি (চেদা ঙাঙউই)

তোম্মৈ—ঙাইখোনে, চেনা খুম্বা হৌনদেয়ে। (ওরা কোয়না য়েংলগা) লঙ্কাপুরগী নোংচুপ চিদাই মিত্রং রোড, ইবানিনা নুতিগী হরাচাবা চৎপা লম্বীহুনিনৈ মসে। নমিৎ ইমিৎনা উরিসিবু অহুম্বাও?

ইবো ১—লম্বীবুদি চুম্মী, কৈদৌববগেনে?

তোম্মৈ—ঙবাং নহালদি উদে, ঙসিদি তম্নবিবসিবু লেনুংদৈ লৈবাক্লেবা নত্রগা অতিয়াদৈ তাবকপা লাম্মৈ চাকপগী তাঙ্গাইবাও·

ইবো ১—ওইনীংবা ওইজসনু তলব ৪০০/৫০০ বু চাববদি লুহোংবা নুমিৎ লেপ্পকুবা যাবে

তোম্মৈ—ঙাইখো, বব বার্গোন তৌবকখিনু। মবোল কুপ্পা থিগৎখিসি। রা অমতা হংজগে? কনা কনা লৈবগে? তাবিবিব্রাও? (মিচুৎথোঙদা যেংই। কনাসু লৈবা উদে। রাবোই পোত্তি পুখ্রে। (ইবোপিশন্না কোল্লিং বেল খীংঙি।)

ইবো ১ মী মখৈ কদাইদা চৎখিবজাৎনো?

তোম্মৈ—কান্নদে চৎলসি ভাব, ওম্নবনি। ফাগি পাম্ব কনাগুম্বা ভূতন থবক তাঙলে হাযবা খঙলহুনা লক্লবনি। কান্নদে চেনখ্রসি (মখুৎ পাযনৈ কিবনা)

ইবো ১—কন, কনা কনা লৈবগে? ভূত ওইববসু থোবক্লো রা ঙাঙনসে থবকপু পীগে হাযববদি লুপা কয়া পাম্বগে?

তোম্মৈ—লম্বীসে মী চৎনদে নুমিৎসু তাথ্রে ইলেকট্রিকসু থাঙ্গৎতে। চৎলসি ভাযা ইবোপিশক, মমথবগা মথোঙ চারোই (চীংই অমহুবু)।

ইবো ১—ঙাইখো কিনু, নুমিৎ তাবদা ঙাযবি। চৎসি হায়রবসু ইবিবসি মী অতৈনা উখিদনবা—(খবর চেনা অমনা খুম্মুই)।

তোম্মৈ মী লৈতে, লেম্না হনবা হৌনদে। (য়োৎকী চৌকি অনী থুপ্লগা মখূৎ নাম নামদা) অমহু নঙগী ওইজরো, লাও হায়।

ইবো ১– করিনো তৌবিবন্নবো ? ( নেম-না )

( চৎপা তৌবদা ফিমু শেৎপা ষ্টেজ মেনেজরনা খুদোম্মীনা থম্মু হায়না ইঙ্গিৎ তৌবদা হান্নগুম কি-না থনম্মি, হনীহু চেনবগুম কিনা চৎখি। ফিমু শেৎপগী মনঙ্গন্দা "ষ্টেজ মেনেজর" হায়না ভৌনা থাই। )

( মুহোব এবা, পাযজম শেৎ, গেরুরা মচু খুদাং লাওবী লিং ক্রিষ্টেল বোল গমা পায়বগা য়েংহুন লাকই। চৌকিদা ফম্মী। নাহুনা বংই চীংফি শেৎপী পার্ব্বতী লাকই, নাকফেৎ তৌবগা

পার্ব্বতী—গুরুমজবি শিবশম্ভু, দর্শন ফজবা নুঙাইজবে ( মখুৎ লোন্নবগা 'নমস্তে'।

একা—ভুক রানা চী দগী ওম্পাকসিদা ? কান তৌবকপা যাত্রা ?

পার্ব্ব—দর্শনম্ভু ফংজনীব, অদুগা জ্ঞান তাদবা রাক্‌ম খবস্থু—

একা—হংনীংবা হউ নঙোন্দগী লোৎকদবা অথুপ্পা হমস্তা লৈতে।

পার্ব্ব—ননাইশি নহাবোল মধাম্থু, নমথাক লোনম্বা নূংহুম ওইনা থাববা লম্বী হখোয়ব কয়াদা মপুন্সি লেলহনবিবিবসিবু তুংদা কশি থোক্লদগে ধর্ম্ম কায়দবা মীয়াম্মা য়ানবা লম্বীদা হিংহনবিবা যাদ্রব ?

একা—থুপ্রবা লাইরা হংলে পার্ব্বতী, নঙোন্দদি তাক্কবা য়াদে অদুবু.... সে, তাইবংপানসি য়েংউ, ধর্ম্মগী মশক ওইরবা কুরুক্ষেত্রদা নচা নয়া ময়াম্মা থেংনবিবা লান্দু য়েংউ। ( ক্রিষ্টেল বোল পীরগা য়েংহল্লি )

পার্ব্ব— খুৎলাই পায়দবা চদৎনবশিংগা মবুক থল্লবা অকনবা খুৎলাইশু পায়রিবশিংগা লান তৌনরি, অশোনবশিংবু শেক্তুনা চাবিরে। মসিদি য়েংজনীংদ্রে, মিৎসে নারে প্রভু। (বোল পী)

একা মদু তাইবংপানগী শক্তমনি, অকনবনা মন্দুনা চানবা। বিশ্বরূপকী দর্শনদু নুঙাইত্রা?

পার্ব্ব—শা ঙাগী তাইবংপানগা মসিগা খেন্নবা হায়ববু মখল মখা অয়াম্বা মচুগী তাৎনা মীনা মীবু শুমহৎপানি। মদু পামজদে প্রভু, সভা সমাজগী চাওখৎপা লীচিংদুদা ওন্তোকপীয়্।

একা—চাওখৎপা লীচিং! সভা সমাজ! মদু ফনা ফজবা লোন্দা অমনি মতম্না, ফীভম্ন, মীগা মীগা খক মান্নবা ঙমদে। খরনা নুঙাইনা পাল্লি, মীয়াম্না রানা লেল্লি হিংদবদি য়াদে। মবুক থন্দবশিংনা অথনবশিংগী মপক্তা লাল কয়া হৌরি, সত্যাগ্রহ তৌনরি। মরায়বক ফরবা ফীভম চারবা কাঙবুনা শান্তি পাম্মি, ধর্ম্ম পাম্মি—মতাং তৌদুনা ধর্ম্মগী মিংদা মীবু ওৎপা মীবু পাঙথহনবদি তোক্তে। ফীভমদুদা মবুক থন্দবশিংনা হিংনবগীদমক, ধর্ম্মগা শীনদুনা আইন থুগাইদুনা লুট চৎপা তাই, মী হাৎপা তাই, ঙমদ্রগা থরায়গা লোয়ননা হিংবগী পোৎলুম থাদবা।

পার্ব্ব—অফবা, অচুম্বা, আইন, ধর্ম্ম করম্বনা কদোম্না ঙাক্লপা চৎনরিবা? জ্ঞান তাদ্রে প্রভু?

একা—থুপথবা খিবিক্তগী খ্বাইদৈ ঙক্লবা রানি নঙনা হংলিব'দু প্রিয়ে! অফবা, অচুম্বা, ধর্ম্ম, আইন হায়বসি মিৎয়েং মিৎয়েংগা মরী

লৈনবা রাখলনি পোৎ হুবানবা ধর্ম্মনি, হুরান্দ্রবদি হিংবা ওমদ্রবশিংদদি। মহু পোৎ মপুদা অধর্ম্মনি অবানবা আইন কায়বা থবক্নি। মতীক লৈবা, মকম চাউবা অত্তম্বনা শেল চাবদি, হবানবা থবক তৌবদি, ধর্ম্মনি: পূক থন্দঘশিংনা খিগৎপা অচুম্বা নত্তে আইন নত্তে।

পাব্ব—মাযববনা আইন কাযবগী লীচৈ, ক্লেস। অত্তম অথৌনা আইন কাযবগা দসাল কাব।

একা—মহুনি বিধি পাব্বনী, বিপ্লবরূপ দর্শনদগী ভাব তাগদব। মবম অহুনা তাইবংমীন মীচং কন্নবা খুৎ সিংনবিবা, শেম্নবিবা রাজনীতিগী পার্টি কয়া, পাণ্ডব কৌরব, শিবসেনা, লচিত সেনা, নাজি ফাসিষ্ট নক্সলাইট অমদি গান্ধীইট। মীচংবু কন্নবদি ইনাক খুনবগী পুক্কৈদগী কোৎলগা লায়ববা ময়াম্না য়েন্নবা, সাম্যবাদান।

পাব্ব—মহুবু হৌজিক্তি সমাজনা ধর্ম্ম অমদি আইন শেমহুনা থম্মি, মতম কুইনা মীযাম্না ইকাযখুম্নবকইবা মহুবু শীংনরবদি চদৎ-নবশিংহু অরাবদ ওাবোইদ্র? সনা বুদ্ধি তৌবিযু।

একা—চদৎনবদগী হেন্ন ৱানিংঙাই কবি লৈবি? জেলদা থমখিবা নত্রগা হাৎখিবনা ফত্রাও? কুরুক্ষেত্রদ ভিক্ষা নিহুনা হিংবা, সমাজগী ধর্ম্ম অমদি আইন হিংনবা থরায়বু কংহনবা, মীগী হৌনলীচৎলাও? হিংনবগীদমক করিগুম্বা থবক তৌবা ধর্ম্মনি পার্ব্বতী, য়েরুবগী কৈশুমশঙদগী চেল্লরুবা খোঙভাকপা হাৎলম্বা

পাপ নত্তে, প্রিয়ে। রা য়ামহনা কান্নদে, শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুন্দা মী হাৎলু হায়বা যানবা তাকখিবা রা লৈ। ধর্ম্ম পুম্বা থাদোক্লগা ঐনা হায়বা ইল্লু, রাকনু, নঙবু পাপ পুম্নমক্তগী ঐনা লানবীনি। (ভাওলিবহু তানা তানা ভাবোক অনী চঙলক্লুনা কম্মে স্টেজগী মতাই অমদ)

একা—করিনো কবিনো? অহ- হনী?

ভাবোক ১- ভাবোক্লি ঐখোয়, খব নরা তাবা ফনবা লাকচবনি, রাবৌবা য়াদে। (খূৎ লাম্নে)

ভা ২—অবানব থবক তৌবগা মহুগী পাপতুনা লাইদা কথোকপা য়াই হাযবহু নুঙাইমনখ্রহুনা ওজাবু।

একা—পাপ হায়বহু পুক্লীংদা নপ্লিব। লায়থুনি

ভা ১—কনানা নপ্লিবা?

এক—ধর্ম্মগী কারবারীশিংনা থাজবনা গম ওইহুনা মীগী পুক্লীংদা নপহনবা পাপ পক্তে থাজবগা থম্নাদা ইশিং পক্তবগুম্বনি।

ভা ২—মহুদা ইবুংঙো পাপ্তু, পক্তবসু হুরান-চীন্থীবা, ফুবিৎখাও চপ্পশিংগী খজাইদা খূবাক, নঙ্গন্দা চৈকম পক্লল্লিদা।

একা—মহুদি অহল ফেল ওইবগনি, মক্ষম চাউব অঙম-অথোকাওবা ফেল ওইরবদি সপ্পোন্দ ডিসমিস

ভা ১—তুমিন্ন লৈয়ু, য়েৎলুখিনু তোবদা ভায়রি, লীশাং থাহল্লগা কুরু শুংলবা মতমদা চুমথোকসে।

ভা ২—চৎথবীযু, চৎথবীযু।

একা—নুংপাক নত্তবা মীদি পুকথন্নবা কবিগুম্বা থবক তৌবা তায়। চৎপা ঙমদবা পাম্বী ফাওবা নুংশা থিবদা মশা কন্দোকই, লৈহাও থিবদা মবা শন্দোকই।

পার্ব্ব—সমাজনা রারকপা. চৈবাক পীরকপগী রাদি?

একা নিংথৌ, অঙম-অথৌ, খুৎকনবা পার্টিনা মীগী ফুরিৎশাও চপ্পা চৌকি থাংদোক থাংজিন তৌবদি সমাজদু করিগী তুমিন লৈ? মনা পান্দ মমিং উচ হায়ব্রাগে? কবি চৈরাক পী? সমাজনা অবানব থবক য়াইথ হুরানসে. লুট চৎসে লৈবাক মচা পুকথন্দবশা! দলাল .লানখৎনবা, কাব তোংনবা, লৈমশিংগী মঙক্তা সনা মপান শাৎনবা শেল চানবদু সমাজনা য়াববদি পুকথন্নবা হুরান চীন্থী খবদি কদিগী য়াবিবোইদগে? লুট চৎসে. চদৎনবশা! ধর্ম্মনে পাপ নাত্তে। (শাগন্না চৎখি, পাব্বতীন ইন্নখি।)

পাব্ব—চৎকদবনি। (গম গম চঙখি।)

ভা ১—ফাবু ফাদ্রবদি কাববাবগী জাৎতা হুবানবনা মতোলেনা। কোলদা চেঙ তকপা মহাজন ফাওব শতকমনগী মথক্তা, লক্ষ্মী তুনবা হায়দুনা চেঙ মুৎ অমদি খৎথনবিবনি।

ভা ২—তাধন হুবানবনা য়াম্বা লৈবাক্তদি হুবান্দবা মীশিংবু ফাদোক পীনগদ্রা?

ভা ১—ফাদোকমক থমদ্রবসু লৌমীশিং, ওঝাশিংবু পাঙদবগী নত্রগা তনবগী খাজনা খবদি থীহল্লনি।

ভা ২—নমথাক লৌনম, হুরানচীন্থি তম্বিনবা স্কুল, কলেজ, লাইব্রিক, ওজা লোইনমক হোংবা তারেদো?

ভাঃ ১—মশানা তারবনি, নত্তে, হূরান চীন্থী, নমথাক লৌনম, শেঞ্জা থুমজাগী মতেং য়াওদনা ইনাক খুনখিবা কয়া য়াওবগে ?
(শনিঠাকুর অঙাঙবা শেৎপা শগোলসেল গুরু অশংবা শেৎপা, মায়খুম হাপ্লগা থোরকই রাবী শাহুনা)

শনি—মুহোর একানা নুমিৎ ওইরগা ঐখোয়না গ্রহ মচা মচা শাহুন মাগী মনীং তম্বহুদা উঙহুনা কোক ঙাওবসিবু নুঙাইরিব্রা গুরু শগোলসেল ?

শগোল—হিংবগী অর্থসি শিদনবা খাঙবা হায়বহুনি শনিঠাকুর।
শনি—গুরু ইবানী অমুক শাসন্সি পায়রসিনে।
শগোল—ইথক্তা লৈকাং তারকওইদ্রাও ? মিস্তা উফুল চঙহুনা তোক্লবদি ?

শনি—মাগা তিন্নবগী মিংচৎস্তু মাঙলে, শনি ঐবু হঙ্গোইদবা মী লৈত্রে। সাধ খল্লসি হায়বস্তু মীনা থাজদোবা লৈত্রে। মতোং অয়াম্ব মানা চানীংইবা নাপলসিবু খাঙবা রাদ্রিব্রাও ?

শগোল—মাবু মাঙহনবা য়াদ্রি ঠাকুর, ঐগী নঙগী লন থুম, মিংচৎ মতম মাঙথ্রিবশিংহুগী ক্ষতিপুরন ফংনবা মাবু য়োকখিবা তারি ফনা নুংশিদ্রবস্তু।

শনি—মাবু ফাহল্লবদি মনাদি চাউনি, ইবানীগী ইরালস্তু ঙাকপীয়ু য়াবা য়াই।

শগোল— ঐখোয়না তৌখিবা কোলেরাগী জার্মগী মহীকমুক য়াম্বা পাপশিংহু কনানা কোকপীগদগে শনিঠাকুর ? নীংহম্নবা কাম্নদে, তাইবংপান পুম্ববু জয় তৌবা, অমুক ফীরাল হায়গৎপা সহর

খুদিংদা নত্ত্রগা অমম্বদা তিন্দুনা মাঙখিবা অসি নত্তনা ঐখোয়গী লম্বী অতৈ লৈতে।

শনি—ঐখোয়গী থবকসি মহৈ পবপ পবগা য়ালহন্সি হায়রবদি ধর্ম্মগী লাইবিক অমদি লাইশঙশিংসি মৈদা লোইনা থাদোকপা কৈ। (মুহোব একা ফিমু শেৎ, ফিমু হাফসার্ট অম লিৎ, মায়খুম হাপ, লাক্লগা)

একা—ধর্ম্মবু মৈদা থাদোকপসি, শনি ঠাকুর, লাইবিক অমদি লাইশঙ মাঙহনবনা ওইদে কান্নদে। মীয়ামগী মবুক্লীংদা লাৎলিবা ধর্ম্মগী রাখলহু মনিল ওইনা পাইথোকহনগদবনি। থবক্তা থরায যাওনগদবনি, ধর্ম্মনা মীবু নংহল্লি, স্বধর্ম্ম পাম্বা অঙম ওথোশিন নুঙাইযাইফত্রে হায়বা খঙনরক্লগ ধর্ম্ম মথন্দা শিজখিনি মে থাকদ্রবস্ত।

শনি পুলিশকী চৈবাক কিবনা, তুবান চীস্থীবা মশীং ইয়াম্মু য়াম-খত্তেনে।

শগোল যামদে হায়বদি হাযনু, মবুক থন্দবা, য়ুম্বাল ফত্রিবা, সনা শিনীংবা, কাব তোংনীংবা পেন্দবা মী, হূগে লাক্কে ফাদা ফাবিনু হায়ব ঐখোয়গী মীচং য়াম্না লৈথ্রবপোৎনি পৃথিবীগী মফম মথমদা।

শনি—মখোয়শিংহু ঐখোয়গী কম্পানিদা মমিং চল্লব্রাও? ঐখোয়না সত্যাগ্রহ নত্ত্রগা লুট চৎলসি নুংথিন্দা হায়হুনা কৌবা মতমদা লোইনা লাক্কদ্রাও?

মুহোর—লাক্লবা ঐখোয়না মখোয়গী মাংগী চলহনগদবনি মকম মকম মিটিং তৌরুবা তাবনি, হুন নবদা মপুনা ফাদনবা মহৈ তম্বিবা তাবনে শনি ঠাকুর। অতনবা মীনা তাইবংপান্দা কনি তৌবা ডম্বগে। লুট পাটিগী মী খোম্বগী কয়া রানি ফাবা ডম্মোই থাজহল্লবদি অহৌং অমদ ইনাক খুলহনগে কনা কনানো নমিং চল্লে। মনা মনাদা অমুক্তা তাহল্লু মী ত্রোব কয়া লাকনি।

শগোল—ফাদনবা মহুবাল, শেঙ্গা থুনজা অডম ঙাখোশিংনা তৌবগুম বৈজ্ঞানিক ওইবা শায়দবা পাম্বৈ লৈরে হায়বা খঙলবদি মী য়ান্নি।

শনি—তম্বীগে হায়বদা ধর্ম্ম কিছুন য়াম্রিবস্ম মশী ফনা যাম্মি।

একা—শনি ঠাকুর, নমিৎতুনা খনা য়েংহুনা দশাদ তাহল্লু মীশিংদা। দশা কোরুবা ডাকু থোবকনি, ডাকুনা ডাকাতি পোকনি, ডাকাতিদগী চেল্লাক, চেল্লাক্তা ফুরিৎখাওচপ, ফুরিখাওদগী শেঙ্গাওলাক, শেঙ্গাওদগী উপুশোকক, উপুশোদগী লুট, লুট্টগী উৎপাৎ, নমথাক লেনম, থাজহল্লগা হাৎপা, মম মপা, মরুপ মপাং মনী মত। খাকনদবা, ওজা গুরু, নুপী অঙাঙ, নুংশিনবা খঙহন্দবা.......মপুংফানা নীতম্বা হিংবঙম্নবা।

শগোল—নিংথৌ, অডম অথৌ, মনাই অচানবশিংনা শন্দোবকপা ধর্ম্মনি পেন্দবদগী, ঐখোয়না ধর্ম্ম লৌরিবনা হিংবা ঙম্নবা নুংশাস্থর হোন্নবা।

বুধ—(স্লুট-টাই) খুরুমচরি গুরুশিংবু, ননাইশিং থবক হাপ্নগী ইন্টরভিয়ু মতম ওইরে।

মুহোব—খাউঈদ মতিক চাবী তনীদ, চসিদি-থবক য়াম্নখে (ঘড়ি য়েংই) (প্রেজ শীনবশিংন চৌকি অমস্থ থারৈ। মায়খুম লৌথোকই চজমত্ত, সাড়ী শৎপী ভাবতী লাকই, হেণ্ডবেগ অমা পায়বগা কেনা।)

ভারতী—নমস্তে গুরুধশি।

একা চৌকিদ্রা ফম্মু ফম্মি।

ভাব—খঙ্ম য় সা

শনি—থবক তাউলবা মতমসিদা থবক ফগে হায়রবদি থাজমানবী লাইবকফবা অমবু উঙ্গরা মহুৎ শিনব ফত্রাও?

ভাব—ফবিবনে, কনাবুনো ঐনা মায়হীং কাহন্দোবা মীহুবো?

শগোল—নমি কবি কৌই?

ভার ভাবতা কৌজৈ

শগোল—নমিংহু হোংউ, বাহু কৌবো। মীবু মায়হীং কাহল্লগা নহাক চানখৎনবা

ভার তলবপ্ চাউহনবিরবদি রাহুগী থবক খঙদে, তেঙ্গালীগী থবক খঙদে বেলা লেজদে। ইমাম্নবনা কাব, দলাল, সনরীক, মনাই মশল, ঐ অমদি ঐগী মরী মতানা পুকফাও নীংথিনা থম্নদে, তানা তয়েক, ফদি ফরা......।

শনি—নচবু ফলা নফি নান্না উইদা, নঙস্থ নংব্রা।

ভার—লক্ষ্মীদ মতৌ মাম্নবা রাইরকপনা অয়াম্বনি। থবক নোম্নবা শেলস্থ মীওান্দগী পূজদৌরিবনি।

শগোল তলব কয়া চাবা থবক পাম্মী? লুপা কয়া তিংবা উমদগে?

ভার—পামজবদি লুপা ৬০০ ৭০০ চাবনি, নত্রবদি মীয়াম থাকপা কোন্নরোই। থবকপু কবি করি লৈবিবগে? শেলদি পংয়াম য়াম্না পিজনিঙায় লৈতে চানবীদুনা নুংশিবীয়।

শনি—শেল নত্তবা কবিগুম্বা কনাগুম্বা অমত্তা ঐখোয়দদি নুংশিদে। মহু ভাব তাউ নহাক নহৈবু করি করি হে?

ভার—বিঃ এঃ দা অহুম্নক ফেল ওইজবে, লীলা জগোচ ঈশৈদদি সেকেণ্ড ক্লাস ডিগ্রী পায়জৈ।

একা—লাইরিক য়াম্না হৈত্রবস্তু মীগী মতৌ ওম্ব। লীলাগী একটিং ফরবদি তলব চাউবা থবক ফংনি। কপ্তুনা চাকনিবী শাব, নোক্তন বাণী শাবহৈবী মী য়াম্না দবকাব লৈ।

শনি লুপা ২০০/৩০০ চাবা থবক, চাক্লিবা চাক্লিবী, অঙাং অমদি অহল গাড়ী মথাং অমা কৈথেন্দা সহরদা থাদোক্লগা শেল নিহনবা, চেঙ নিহনব, মানা ফংলকপগী তঙ্খায় তঙ্খায় পীথ্রগা অরেম্বনা কম্পানীগী ওইবা, মহুগী থবক্তু শিনবা পামব্রা?

ভার—মাহু নত্তবা অতৈ খরা লেম্বা লৈবিদ্রা?

শগোল—পাখঙ লৈশাবী নমান্নবা খরা খোম্লগা জীপ্তা শেল খায়বা, নিবা, চেরিটি টিকেট য়োনবা, ফজবা অরেম্বা থবক্কী মালহল্লগা ঈকাইবা খঙদবা হৈনগদ্রা? মহুনা তলব ২৫০/৩৫০ ফাওবা থাদা ফংনি।

ভার—খর হেন্না লেম্বা, ঈকাইনিংঙাই লৈতবা থবক। শেল খরা, য়াম্না তিংলবস্থ তৌজগে।

একা—কারদা তাংহুনা চৎপা লুপা ৬০০/৭০০ চাবা, অচৌবা সহরদা লৈবা, পাউ অবোনবা লৌবা, স্পাই ওইবা, অচৌ-অশাং খনবা থবক হাপ্তোক হাপচিনগী রা নোম্বা, মীবু থাজহল্লগা হাংনবা লম্বী থিবা, গনৌবা বাবু, সাহেব মীরৈ-বাক্তগী লাকপশিংদা খনবা, অদুম্বা থবক পাম্লগস্মু লৈ; নঙগী বেগতুবু লুপা য় য়াওবিবগে ? মদু উরগা রা ঙাঙনসি।

ভাব (বেগ মারগা য়েংই) পংয়াম য়াম্নদি য়াওজবক্তে, (লীশীংগী মপুল অমা টেবলদা থাদরগা) মহুনা অঙম্বা ময়ামগী অরামন ওইবিরে। (একানা থাদবকপগা লাকখি, অনীহুনা তঙক তঙক য়েংই, মতুংদা লাক্লবা মফি শেমহুনা লৈ।) ঐনা পুজরকইবা শেলসি কদায়দগীনো খঙবিব্রা ?

একা খঙদে, কদায়দগীনো ?

ভাব—পেরুক লো পবী অনীগী পাউ অমা রাইরগা মহাজন, শেন্দোই পাম্ব অমদা মপু শাবা অমবু য়োলহল্লগা নমথাক্লা পায়জরকপনি। শেল ওইনা লৈববদি খঙহৌদনা লোইখিনি হায়হুন অঙম্বশিংদা ডিপোজিৎ তৌজনগা থবক লুপা ৫০০ চাব অমা তৌজনীংহুনা।

একা—মহু য়াম্না ফৈ। লীশিং লৈবী নুপী কয়া য়াওরকই কদায় ?

ভার—লীশীং মঙাদংগা য়াওজরি। (মপুন ২/২ থাদবকপদা একা অমদি শগোলশেলনা অমমম হেক্তা লাকখি। শনিনা শোয়হৌরগা অকোনবা থাদবা অমস্থ উচিম্নাচিন লাকই।)

একা—নম্রিং নথা লৈকম মেনেজরদা ইত্তুনা পীবম্মু। থবক্কী অকুপ্পা মবোলস্মু মঙোন্দা হংউ। হয়েংদগী অযুক পুং ১০ দা কাবকউ।

ভাষ থবক্তি কাব তোংবা, লুপ ১০০/৫০০ থানা চাবনিদো?

একা—শোয়বোই কবিমত্তা চিংনস্তু। (মহাক নমস্তে তৌবম্মগা চৎখি মায়কৈ অমদা, কোল্লীংবেল খীংবদা নাকল অমদগী মাযপাকপী মৈতৈ ফনেক্ক কবগা চঙবেগা অমা পাযদুনা চঙলকই, নমস্তে তৌবৈ।

একা—চৌকিদুদা ফম্মু, মৈবানবা।

মায় ঐগী মিং মেবানবী কৌজদে।

একা—কবি কৌই অত্তুদি। নশক্ত অমুক উখবগুম তৌই।

মায়—মায়পাকপা কৌজে।

শগোল—মহুগী মিহু যাবোই, ঐখোয়গী কম্পানদ থবক তৌগে হায়ববদি। নঙগী নমিং কেতু কৌবা ওায, নখবনা ৩৮।

মায়—কবিগী কেতুকি কৌবিদৌবিব ঐদি লৈবাগ নত্তনা?

শগোল—কেতুকী নত্তে, কেতু হাযবনি। নঙ থবক ফংদহুনা ঐখোযগী কম্পানিদা ঙু ঙুং ঙত্তুনা উঙহুনা লৈহুনা চঙলকইবা কুইরে গ্রহ উপগ্রহগুম ম ম অদুনা কেতু শাহুগুম্বা।

মায়—মহুদি চুম্মি। থবক ফংনবা, যুম্পানব ফঙনবা, লো ইখোল, লন থুম, লীক কোল লোইনা বক্ষক থমখে। ঐনা কম্পানিসিদা সিদ্ধা থিঞ্জখিবা মচিং মচিৎ লুপা লীশী মবি শুগ্রে। হন্দকপু থবক হাপ্পিত্রবদি ঐবু হিংচাবীনি হাযবীন্নু, ঐ মহু মারুবা থবক পায়জরনি।

একা নহৈগী নবমচৎকী সার্টিফিকেট ?

মায়—লিলাদা বিঃ এঃ জগোয় ঈশৈদা ওনর্স। যুম পাঙ্গন্দ্রি নিপা মতীকচাবা লৈতহুনা অফিসতা সার্টিফিকেট লোয়নমক পীজখ্রবনি।

শনি—লীলাদা বিঃ এ. পাস ওৈববা নওনা ়হাজিক ফাওবা ৫০০/ ৬০০ চাবা থবক, অমদি গেজেটেড অফিসাবগী নুপী ওইবা ফংদ্রিব কবিগীনো ?

মায়—থবক নোমবা শেল মৈগ কম্পানিসিনা তাৎপীখ্রবা। অচৌ তশাওনা অউনপোৎ য়াওদ্রবদি হায়দুনা খাওইবা।

শগোল—ইনাক খুনবী অমনা লৃহো খোওদোবা চৎখ্রিৈওদা মহাক শাহুনা ওল্লক্তা মযুমগ চওলগা ইনাক খুনবা য়াদ্র লীলা হৈবী ?

মায়—ষ্টেজদা উৎপা লীলাদদা হৈজবনি।

শগোল—মহুনা নও বিঃ এ দৈ হেন্দবনি। তাইবংপানগী ষ্টেজদা মীতৌ তমহুনা মীহুৎ ফজনা শাবা হৈববদি এমঃ এঃ ইনাক খুনবী ওইগদবনি।

মায়—ঐগী থবক কৈদৌওৈ পীবিনি ? ওসিব অবেপ্পা অমা তাক-পীদ্রবদি ঐ হল্লোই খওবীযু।

একা—নওগী বেগতু কবি কবি য়াওবি ?

শনি নওগী থবক ঐনা পীগদবনি, বেগতা য়াওরিবহু ঐওোন্দা —খওও।

মায়—করিস্লু থোইনা য়াওজদ।

শগোল—পুথোবক্লো য়েংলসি।

মায়—য়াওদে হায়বমক্তদা য়াদ্রবদি (ছুবী অবংবা অমা লৌথোক্লগা মখুৎনা পায়, বেগতুনা মেজদা থম্মা, ফীভম তৌদুনা লৈ।) ঐগী থবক পীবা নত্রগা শেল হল্লো। নখোযগী নমথাক লৌনমদু খাবে।

(বেগতু মনুংদা পায়দুনা যেংবদা খংই, টেবলদা হৈদোকপদা লিন ওইবমদুনা খ নৈ, ভরৈ।)

একা—ইমুং কযাগী অফিস কয়াগী অবোনবা পাউ পীবা সিক্রেট সার্ভিসকী এজেন্ট, মীগা খঙনবা চান্নব অদুগ হাৎপা যানবা লম্বী থিবা, কাব তৌদুনা কোযনা চৎপা - লুপা ৫০০ চাব পামত্রা নত্রগ শেল হনবিবোব? শেল যাম্ফাত্তদুনা খব খাঙবনি।

মায় কাবদি কম্পানিনা পীবিগদ্রা?

একা—পীগনি, থবক্লা হযেংদগী পায়বা য়ানি।

মায়—শেল কয়া হাপখে হায়বা?

শনি—লীশীং অনীদং হাপখে, ঐঙোন্দকো। মেনেজর উন্নরু হযে অয়ুক পুং ১০ দা ঐবু থিবকউ।

মায—থেঙ্ক য়ু, মসি পাম্বীদ্রবদি ঐ পুজথ্রগেকো (নোক্লগা লিন হাপচিনখি।)

শনি—মদু হৈনদে হায়। (কি) (চৎনখি মহৈ মহৈ)

ভা ২ - লিন পুথোবকপদা শেঙ্গাবশিংনা খংবদু পেল্লিদা। অহিংবা অত্তম পুথোরক্লগা তাম্নহল্লবদি নুংঙাইদোবা।

ভা ১—পূন্সিনা লীলাদৈ হেনবনিনা অশেংবদি কদায়দৈ। শনি শাবনা লিন্দ খংবহু ঐদি ওক্লে লীলাগীদি।

ভা ২—ভাইখো তাধন, মখোয়সিবু থানানা থিবকত্রিবা সরকারনা ফাবিদ্রিবা কবিগীনো ?

ভা ১—একা শাবিবা, শনি ঠাকুর, শগোলসেল গুরু শারিবশিংহু লঙ্কাপুবগী অঙম অথৌ মক্ম চাউবশি ভাক্ত ওইবমগদ্র হায়বনি। মশক খঙদ্রাও ?

ভ ২ শক্তি মুন্না খঙদে, ওইবম্বস্ত য়াইনে তাধন। নত্রগা অঙম্বশিংগা থানাগা মখোয়গা অমগা ওইবা, শেল য়েন্নবা হা ?

( বুধ লাকই নুপীমচা অনী লোয়নহুনা )

বুধ—নখোয়নী নযুম পান্দ্রিবী নহামচা ভাক্তনিকো ?

২মক—মানি, হোয়, তাইবুংঙোবু।

বুধ—নুপাবু থবক নোমহল্লগা হয়াখোই রাণীগুম যুমদা কমহুনা চাগেদি হায়দনা তলব চাবা থবক পাম্মুরিবা করিগীনো ?

রাহু—অউনপোৎ ওইনা, নুংশি খঙদবা খোইমু কনাগুম্বনা উবীনবা হায়হুনা।

কতু—তাইবুংঙোবু য়ুম পানবীদ্রিব্রাও ?

বুধ—( খংলগা ) হায় কবিগীনো ? নুপী ২/৩ রক্তি চেল্লুরে, থক্ষম লৈতহুনা মমা মপাদা পীথোকখ্রে। লুপা কয় কয়া চাবা থবক্লো নখোয়নীন তৌদোবিবসি—শেলনা কয়া কয়া চনশিনখ্রে ?

রাহু—৬০০ চাবনি হায় তলবতি, ঐনা কৎশিনখিবা শেলনা লুপা লীশীং ৬ শুখ্রে।

কেতু—ঐগীদি ৫০০ দা চাবনি, লুপা লীশী ৪ দি চনশিনখ্রে যামদে অমা অনীগা হাপখো হাযবি।

বুধ—হায, হাপ্প,বস্তু মীবক্তি তিন্দনা কৈথেন পাউণ্ড থবক নোম্ব শাবহুনা। নখোযনা পীশিনখিব লুপ লীশী ৫/৬ তুদগী নখোযগী তলব তখ্যায চনব ফাওবা পীদোবিবনি। ভাব তাবিব্রা?

বাহু—লীশী ৬ কী তখ্যায অহুদগী ৬০০ ৬০০ থা ৫ থবক তৌহল্লগা পোথাবা, অবন্না অহুমহুদি?

বুধ—অবেম্বা অহুমহুদি কম্পানিগী শকক, থ ৫ গী ট্রনীং অসিদা লুপা লাখ ১/২ ফংনবা তাঞ্জহৌগনবনি নহেন নবৌশিনা।

কেতু পার্মেনেন্ট নত্তবা থবক্কী অহুক যাম্না শেল তিনুবদি, ঐখোং অহল লমন্না কবি হাযদগে। থা ৫/৬ কী মতু দা দিসমিস যুমদ অহল লমন্না চওহন্দবা তাবে। তাইবুংঙোখোরগী শঙ্গাইন খবা চাউব্রাও?

বুধ—হায় কদাযদৈনো, মীগী কা পীকখ্রবা অমদা ভাবা পীবগা উচিদোন লোন্না থুপ্পা লৈবিপোৎনি।

কেতু—অহুদি থা ৫/৬ কী মতু দা কবি চাহুনা কদাইদা লেকবা? মবী মতা মকপ মপাঙ পুম্ব পুক থনফাওবা মযুম-মকৈ, মফি মবোম মখোঙ চাদবা ডাক্তা।

বাহু—থা ৫/৬ সিদ লুপা লাখ ১/২ ফংনবা তানবা হাযুবহুবু তাই বুংঙোনা সনা লুপা থোকপা চীংদগী হেক্তা পেক্কদবজাৎলা?

বুধ—নবৌশিং লৈজরবদি চীংদগী পেকপনা হেন্না রাবা থবক্কি, সনা,

গঞ্জা, কানি, মু মীরৈবাক্তগী পুরক্লগা য়োনবশিং অমদি মখোয়বু ফাবা এক্সাইজ আফিসারশিংগা মরী লৈনগদবনি। হেজ-শিংজরবদি নোংমদা ইনাক খুল্লে, থবক চুমুক তৌরকহনা করি কান্নানি ?

রাহু কনানা পম্বীহুনা হৈজশিংজদোরিবনো ?

বুধ—মহুগুম্বা বিদ্যা মখল কয়া তম্বীনবা হৈক-হৈরবা প্রোফেসর লৈ, থা অনীদা লোইনা চাব তানি। মীবু হাৎপা, নঙনা থিংবা, মীক মুৎহনবা, নঙনা হৌদোকপা, মহুদা পাম্মু থরায় তানা।

কেতু—ঐগীনা করি থবক পীবিগদবা ? করি তৌহুনা চৎকদবা থবরিদি হায়য়ু।

বুধ – নঙগীদি মেমা, অঙম চখো, মহাজন মতীক লৈবশিংবু থনবা, থাজহনবা অহুগা মবল হাৎপা, মথ্বায় হাৎপা তারবসু পাম্মুদবা। মীগী থবক নোম্বীবদা শেল হাৎপা ; ওক্তবশিং থকক্ষম চাক্ষম, জরাব শাম্নফম শঙ লিংখৎপ। মীবু মিহৌহনবা, কল্লকহনবা........এদভরটাইজ তৌবা তম্বা।

কেতু—মীঙোন্দা থবক হাপ্পীগে হায়হুনা শেল চারুরগা থবক পীবা ঙমদ্রবদি মীনা ঐবু হাৎকে হায়রোইদ্রাও ?

বুধ—শেল থোক্লবা ফম্ববা থবক রাৎপা লৈতে, তৌবীনবা মীনা রাৎহুনদা তোক্লদোবনি। শেলদা হান্না নথুৎ চন্নবা লাক্লৌ, সহর অমদা থবক হোংখিবা য়ানি। শেল লৈরবদি করিগুম্বা মফমদা নুংঙাইরুবা য়াই।

কেতু—তামোদি তলব কয়া চায়, কবি থবক তৌবীবি ?

বুধ—মসিগী অঙাংসি ঐগী মবনদা পঙথিদা থিগৎলকইনহায় করম্নে। ঐদি তলব চাউদে, থাদ লৌশীংদনি, অচাবমস্তু কয়া লৈতে। নুপী ওইনা, থোৎনা নোনা পোকপী নখোয়দি নবাইবক ফবনি, তলবকী মথক্ত শেল-লম খূন্নবা লম্বী য়াম্না লৈ।

রাহু—তামোন তৌবীবিব লুপ লৌশীং অমা চাবা থবক হায়দুবু কবি থবক্রো ?

বুধ—নঙস্থ ইবেম্মা থিগৎপা য়াওরব্র ? ঐগী থবক্তি থা অমদা মী অমত্তং হাৎলগা লোইবে, কম্পানিগী দুস্মন অমত্ত। অদুগা—

কেতু—( খংন ) মী অমত্তং হাৎপ থা অমদা।

বুধ—মদুদি অরায়বা নুঙাইবা থবক্নি, লমন খুম্বনি—ঐগী মবী মতা মকুপ মপাংশিংবু নংহনবগী। ঐনা তল্লিবদি অনৌবা থবক তৌববা নখোয়গুম্বা ১০০/২০০ দা লেকচর তৌবনি, নোংমদা ক্লাস অমা তনী লোবা তাবনি। ঐহাক এসিষ্টেন্ট প্রোফেসরনি।

রাহু—লাইরিক্তি কয়া য়াম্না করি পাশ ?

বুধ—আইন কায়বা থবক্কী থিওরী অমদি প্রাক্টিসতা এমঃ এসসিঃ নি ; মী হাৎনবা শোয়দবা অরায়বা পাম্বৈগী মরমদা থেসিস অমা ইরি ; মী তরা শুনবা হাৎপা তাবি, তরুকতি শুরে হৌজিক। থেসিস অসি পীথ্রগা ডাক্তরেট ফংলবদি ঐ

প্রোফেসর কানি, লেকচরদা তৌরগা লুপা লৌশীং অনীরোম চানি থা অমদা।

কেতু—লাইবক ফবিয় ঐখোয়বুদি হাৎপীন্ন।

বুধ নখোয়গুম্বী মীচম হাৎকদবা নত্তে, নখোয়গুম্বী মীচমগী য়েক্লবা, মীওৎপশিংবুদা খন্দনা হাৎকদবনি। ঐ থেংঙ্গে। ( চৎখি )

রাহু—থবকসি তৌগদবা কিজরে, শেল হনবিবা য়াগদ্রাও ? তামো ? ( ফারগা )

বুধ কম্পানিদি হন্দোকপগী থবক তৌদে, লৌশিনবদনি মখোয়দি। থবক ফদ্রিবা, শেল নীংথীনা থোক্লিবা পুম্বা ঐখোয়দা লাকখিদৌবা ডাক্তনি। অঙনবা নখোয় নরায়বক ফবনি। নীংহন্নগনু কান্নগদবা থবক ডাক্তনি অপঙবীশা। (চৎখি)

রাহু—করম্নো ইবানীবা ? হরে হরে !

কেতু -মীদি য়াম্না নুঙাইখিবা য়াওখ্রে মখোয়গী কম্পানিগী মতেংনা। লাইবক য়েল্লুরবনিনা শেল মাঙদনবা হোৎনবা তারে ! ইমানা ঐবু অশেংবা খঙলবদি --হ হা।

রাহু—নীংবা থুংদনা মরক মরাদা মীগী চগৌ য়েংহনা হিংদৌবৈ শরূক তাকুবী ওন্দুনা নুঙাইনা পানবা য়াব্রা য়েংবা তারেদা।

কেতু - মখোয়গী থবকসিবু -খঙদেনে, হৈবু হৈনগদ্রা ?

রাহু--উষ্ণা চাবা, তল চাবা হৈরমদবা লঙ্কাপুর বাসী ময়াম রাবন্না য়েনবদা চানখিবহু কাউরব্রাও ? লঙ্কাপুর বাসী ঐখোয়দি মহি-রাবনগী মায়াহু তমদবা য়াদে, হৈতবা য়াদে হিংগে হায়রবদি ?

ধৰ্ম্ম লৈবা, পুকচেল শেবব্ কনানা লঙ্কাপুৰদা লৰুদবা যাওবগে ?

ভা ১ ইচাশা নখোয়ব্ অহল-লমন মৰীমতা লৈত্ৰাও ? নখোয় নশা নশানা থবক থিবা, শেল পীজবদুব চহী মতাংদুদা শোয়বোইদ্ৰাও ?

কেতু—অহল লমন্না থবক থিবীবদা হাৎখিবা শেলসি ফন যাম্মে ইপল, অঙাংগী পুকচেল চহলনমু খৎবীদ্ৰে অদুনা ইখুৎ ইখুৎনা লাইবক য়েংজরবনে। চদৎনদুনা শিনা হায়বা লাইদুনা ডাকুশিংদগী শাথীবা হেন্নে।

ভা ২—শাউনু, ইপলখোয়না হায়বদি শোয়বগা মীনা হৈমন শিংমল্লি নহানবু হায়দুনা কল্লক পেন্নখিনি হায়বনে

ৰাহু—ইপল, মতমসি নুংশিব খঙনদ্ৰে, থাজবা নদ্ৰে। মদুনা মুকথ্ বীগুম অকিবা খঙদন পাইথোকচবৰুবা খাঙবা কুইবে ঙাইবা ৰাৰে, মীগী মতেং থাজদ্ৰে ইমান্নবগী মবক তিনবা ঙমদবগী শৰুকপুদি মবল লৈবা মীহাৎপগী অতোপ্পী ওইজৰগে।

ভা ১—খুম্মুবনু তুমিন্ন লৈয়ু। মতম্মনি য়াববোই। মশানা মশাবু ৰাপ্পকচবা তপ্পীজবা নত্তনা কনানা তাকপীবা লৌববোইদবনি।

ভা ২—কুম্মৈ য়েংলগা লোইবে মতমসিদি। ( নুপী অনী ৰাখল তৌদুনা ফম্মী, ইবোপিশক নং ১ মফি মোল্লপ থবক থিবা লাকই ।)

ইবো ১—ইবেম্মখোয়, ৰা অমত্তা হংজগে ? সুৰাইদ তলব ৩০০/৪০০ চাবা থবক য়াম্না হাঙই হায়না তাজে। কনাদা ঙাঙনদগে ?

বাহু—ঐখোয়গা ঙাওনরগা চপাম্বা থবক পীবিবা ঙম্বা শেলদা মতুং ইন্না থোক্কনি। ডাকুগী রিজিওনেল কমাণ্ডর মুহোব একা মমিং তাবিব্রা ?

ইবো ১—তাজে হোয়, মশক্তি উজপ্রি, মতীক্তি চাউই হায়দা। সৈতবা লায়বক্তী মপানি হায়।

বাহু—মসিদা লেংশিল্লিবী ইবেম্মসি, মুহোর একাগী অত্তোম্বী তবেৎ শুবীহুনি। মানা য়াবগা লাইবে।

কেতু—রা ঙাওলিবীহুন, শনি রাকুব হায়বা একাগী ঙমথংহুগী তবামাথোই শুবী অত্তোম্বীনি। মানা হাপ্পা ঙমদবা থবক লেতে। শেলবু কয়া পীবম্বা ঙম্বজাংনো নঙবো ?

ইবো ১—তলবপু লুপা ৩০০ চাহনবীগে হায়রবদি লুপ লীশীং অহুম কৎচগে। থবকপু কবি কবি হাঙলিবগে ?

বাহু—নঙনা পাম্বা থবকপু কবিনো ? লুপাদি লীশিং মরি পিবা তাবে, হন্দক নোংতাবদগী থবক খব চিংশিনখ্রে।

ইবো ১—ঐনা পামজবা থবকপু পীবীনি হায়ববদি মরি শুনা কৎচগে। থবক্কী জাৎতা ঐনা পামজবসি লম্বাপুবগী ম্যুনিসিপালিটি এরিয়া মনুংদা চেপিটি টিকেট য়াল্লিবা, করিগুম্বা কান্নবা থবক্কী মমি হায়জিন্দুন। দান নিবা চৎনবিবসি ঐনা লুচিংহুন। কেশিয়াব ওইনা চৎচগে।

কেতু—মহুগী থবক্তুদি চহী অমমমদা লীশীং মঙাদগী তানা ডিপোজিৎ থমদবা য়াদে, অথোকপা শেলগী ১০০ দা ৩০ নঙনা লৌবা

য়ানি। দান পীদবা মী নঙনা তাক্লকপদু চ'য়োল অমগী মনুংদা লঙ্কাপুরদগী তাম্থোক্কনি ঐখোয়গী কমাণ্ডরনা।

ইবো ১ থেঙ্ক ইয়ু, ঐগী মহাজন অমুক্তা তান্নজরুখিগে। (চৎখি)

রাহু—কুইবদি য়াদে, ঐখোয় থেঙখ্রে।

কেতু—অফংবা শেল মখৈ ইবানীনা হেক্তা পায়বা তারেকো?

রাহু—অফং অফংবা লাকনবিনা কম্পানিগী নিয়মনি।

(ইবোপিশক্তা চহী য়াখ্রেদা মশা নাল্লিবা মহাজন অচৌ পুরকই। নুপীমচা অনীদু উবদা পাম্বনা মমিৎতু মুনা-মুনা য়েংই)

ইবো ১—মাইকুংঙো, ইবেম্মা অনীসিনি, কম্পানিগী থবক পূন্নমক হাপ্পা উপুগী শো পায়রিবসি। ডিরেক্টর পূন্নমক মখোয়নীনা হায়রগা লোইরে।

মহাজন থবক হাপ্লিবগী ইবেম্মা অনীন লুপা কয়া লৌবিগদবা?

রাহু—অহাপমন্দি লীশীং অমত্তনা ইবানীনা য়েন্নরগা য়ানি। লুপা চহুম চাবগীদি ডিপোজিৎ লীশীং অহুম থম্বিবা তায়। থা অহুমগী মতুংদা কম্পানিগী স্কুটর তোংবা য়ানি, থবক কোয়না চৎনবদা।

মহা থবক্তি করি করিনিনা?

কেতু—সেলসমেন ওইগে য়াই, ওর্ডর খোম্বা কেনভাসর, লক্ষ্মী-পুজাশঙগী মেনেজর।

মহা—লক্ষ্মীপুজাশঙ হায়বদি?

কেতু—জুরার শান্নশঙগী মেনেজর, অচা অথক সপ্লাইয়র। তাস, লগাউ, হাউসি শান্নফম পান্নবা। চহুম চাবা থবক ঙাক্তনি।

ইবো ১—ম্যুনিসিপালিটি এরিয়া মনুংদা চেরিটি টিকেট য়োনবা, দোনেসন চৎপগী লুচিংবা ওইবস্মু চহুম চাবা নত্রা ?

রাহু—অপাম্বদা তৌবা য়ানি, তলব মান্নবা ঙাক্কনি।

মহা—ইবোপিশক, আমিনগী থবক্তি পামদ্রা ? মহুস্মু কান্নবনি হায়।

কেতু—আমিনগী থবক পান্নবস্মু চমক্তং হাঙই। লোক্তাক খোঙবান্দা লৌ নীনবা, ঈশিং শিন্তোক্লগা।

ইবো ১—দোনেসন খায়বগী থবক্তু তৌজগে। লুপা লীশীং অহুম ডিপোজিৎ থমগদৌবিবদু চহী অমা লৈরগা হন্দোকপীগদবা নত্রা ?

রাহু করিগী হন্দোক্তনি, চহী অমগী মতুংদা।

মহা ডিপোজিৎ থমদৌবিদ লুপা লীশীং অহুমদুগী রসিদ ককপীগদ্রা ?

কেতু—শেলনা হোজিক থীবম্মো, পক্কা রসিদতি হয়ে পুং ১০ তাবা আফিস মতমদা ফংবীনি। ঐখোয়বু থাজবিদ্রাও ?

মহা—কবিগী থাজদদগে ইবেম্মখোয়বু। চৎনবীদু খঙজদগী হংজবনি।

রাহু—তাইবুংঙো, ঐখোয়সিদি থাজনবদা থবক পূম্নমক তৌনবা ঙাক্কনি।

মহা—ইবোপিশক নবুক লেপ্লেকো ?

ইবো ১—মাইবুংঙো, শেল থীবীরো, অশোয়বা মী নত্তে, ইবেম্মশিংসি।

মহা—(লীশীংগী মপুন মরি পুথোক্লগা ইবোপিশকপু পীহল্লি।)

রাহু—( তনী অনী পায়নরগা ) মিংবু করি কৌবিবগে ?

ইবো ১—ঐহাক শোইবম ইবোপিশক কৌজৈ।

রাহু—অপোকপীগী মিংদি ?

ইবো ১—শোইবম ঙেবী থম্বাল্লৈ দেবী।

রাহু—বাজিগী মিং ?

ইবো ১ শোইবম গহঞ্জাওসিং, পোংশংবম বস্তি মমাঙ লৈকায়।

(কেতুন চেদ ইশিল্লি।)

রাহু—হয়েং ঙযক পং ১০ তাবদা কাবিবকউ—গাফিসাবগা শক খঙনবা।

কেতু—স্কুটব তোংগা হৈবিব্রা ?

ইবো ১—হৈজদে, নোমা তম্বদা হৈজনি।

কেতু—মহুদি পবপ পবপ হৌদোকউ ওসিদি হনবিবা য়ারনি

(অনীহু নমস্তে তীরম্মগ চৎখি)

মহা—নহাবোল অতৈ থবক তৌনী বা খবা পুঞ্জবকপা য়াগদ্রা ?

রাহু—শেল পাজববু ওম্রবদি থবক অনী অত্তমখকনু হাওই।

মহা—য়াম্না নুংঙাইজবে. হঞ্জবে।

রাহু—ফনি। (চৎখ্রগ)

খরদি হঞ্জিল্লেদনা ?

কেতু—নুতিগী মী অনী অনী হাপ্লবদি লুপা লীশী তরেৎ নিপান্দি কোম্না তানিকো।

রাহু—থাদদি লুপা লাক্ষ অনী লায়না শুইদকো।

(হরাওনা চৎখি।)

কেতু—থা ফারগা তলব পীরো হায়রবদি ?

রাহু—মাগা উনদনবা লংকৈদা লৈরগা লোইরে।

(নোকমিন্নদুনা চৎখি।)

ভ ১—তাইব ম'গা মাগা খাজনবসি সুম সুম হন্থরকপা তাবে।

ভা ২—থাজবগী মথক্তা .শল অতুক যাম্না শক-চু মুম্না খংনদবা মীদ পাশিল্লুবসিদ কদি মী'নো ফনা ডকই। নংজবা হায়বদু মশানা তাব'ন।

ভা ১—.শল চাবা হাযদুন .লাম্না .খাংনবিবশি দু অমম্বদা অম্মুম্ন তৌব ভাক্ত ওইবমান্নে।

(ইবোপিশক ন ২ ফিজেং ইবোপিশক ন ১ গা চপমান্ননা .শংলগা মগী মমি মথা ইবা .বাই অমা পাযবগা বৃধগা ৱাবি শাদুনা লাকই।

বৃধ-ইবেম্মা ওফাওবা অনীদুনা ন'ডান্দ ক' খবক পুহন্নি হাযবখ্বগে •

ইবে ২—মুানিসিপ্যালিটি এ'দা নহা'বোল হব .খাম্লগা কবিগুম্বা ৎমা হাযজিন্দুনা .চবিটি টিকেট .খাল্লু দোনেসন .খাম্মু তাকপী।

বৃধ—লুপা কযা পাম্থ্রে, তলব কং চাইন্নি হায?

ইবো ২—লুপা লৌশী মবি পীজ'খ্রে, মহাজন অমদগী পূজবগ। তলব থাদা ৩০০ ৩১০ পীবীনি হায। মায পাক্লবা থবক মতৌদি ভজাদা হংউ তাকপী।

বৃধ—পি, ডব্লিউ, ডি, মেডিকেল আফিস, এডুকেসন দিপার্টমেণ্ট নত্রগা অরা' দুকান নোংমা .নাংন, এট্রেক, তৌগদবনি। পাখঙ নত্রগা লৈশাবী অ'হোংবা ওং কুন পুগদবনি হাজিরা পীদুনা, লৌসা নত্রগা সিনেমা টিকেট শাবগা পুগদবনি। লৈবাক নীংব-শিংগী উৎনবনি হায়জিল্লু, নত্রগা মমা মপা লৈত্রবা অঙাংশিংগী

অনাথ আশ্রম লাংগোলদা লিংখৎকনি হায়দুনা অঙম্বা দান ৫০ বা ১০০ বা কৎলু হায়য়ু। ভাব তারব্রাও? রাখল তৌরগা থোক্কবা লৈব্রাও।

ইবো ২—য়েস স্যার—ভাব তাজরে ওজাবু।

বুধ—অদুদি নুংদাং নঙন খায়রুবা শেলদুগী হিসাব ঐঙোন্দা শেংদোক্লে। শেল য়াম্না তানবা লৌশীং অতৈস্তু ঐ অমুক তাক্কে, নঙস্তু খল্লু। ঐ চৎলে, থবক অতৈ লৈ। হান্নগী টিকেট অমনবা উপুদা য়াওরম্বা য়াই নুপী অনীদু কারক্লগা মখোয়দগী লৌখো। (চৎখি)

ইবো ২—য়াম্না নুংঙাইজরে, থেঙ্ক য়ু, প্রোফেসর (ফম্মগা বোইদা নোট খরা তৌশিল্লি)

রাহু—হল্লো মিষ্টর ইরোপিশক, ঙন্না কারক্লম্মেদা!

ইবো ২—নমস্তে ইবেম্মশিং। (হোগৎলগা মখুৎলোন্নৈ।

কেতু—করি করি তৌবীরম্মিবনো?

ইবো ২—প্রোফেসর বুধগ্রহনা তাকপীদুনা চেরিটি টিকেট য়োনবা চৎচবা তারে বাজারদা অমদি আফিস খরদা টিকেটনা ইবেম্মশিংদগী ফংগনি হায়বী। ঐনা ঙকইবদি ঐগা চৎমিন্নবা পাখঙমচা লৈশাবী মচা হাজিরাদা লৌগদবসি কদায়দা ফংগদগে, তরা কুন্দং?

কেতু—স্কুল কলেজদা লাইব্রিক তম্মিবা ছাত্র ছাত্রীশিং অদুক য়াম্বদগী কুন্দং খোম্ববু কয়া রাদগে?

ইবো ২—লাইরিক তম্বা কারকপশিংদুনবু য়াবীগদ্রাও?

রাহু—ভায় নও য়াম্না পঙলিদ ! লাইরিক তম্বা লৈথোকপা, ক্লাসতা চংদবা, লম্বাংদা পোৎয়োনবী মনাক্তা, খোংনাং মকুমদা থিরুচো স্কুল কলেজশিংগী কম্পাউণ্ড মনাক্তা।

ইবো ২—শেল খায়বা টিকেট য়োনবা চৎলুসি হায়দুনা হৌরুবদা শাওরক্লোইদ্রাও ?

কেতু—ইবোপিশক ইবুংঙো নঙনা শহালমখৈ থবক ফংদনা লৈরম্ব-সিদি নতীক চাবনি হায়—নত্তে, পঙখ্রে হায়বনি। য়ানবা হায়য়ো সিনেমাগী টিকেট চমমম ককচগে—হোটেলদা চাম্ব লৈজগে, ইতুং ইনবীয় দুকান্দগী শেল খিত্তা থৌজগে হায়য়ো।

ইবো ২—দুকান্দগী শেল থৌগে, ইতুংদা খর লেপ্পীয় হায়কুবা ? অদুগা এৈনা ?

কেতু—মখোয়দু দুকানগী থোঙ্গান্দা (লেপহল্লো, নঙনা দুকান্দারগা ঙাঙনরো লোন্ন, চেরিটি টিকেট লুপা ৫ গী ১০ গী অমা লৈয়ু হায়দুনা। ভাব তাদ্রিবাও ? লুপা ১০০ ফংলগা লুপা ১০ দং পাখঙ লৈশাবীশিংদুদা পীদুনা সিনেমা য়েংহল্লো নত্রগা হোটেলদা চাহল্লো। ভাব তাদ্রিব্রাও ?

ইবো ২ ভাব তাজরে, টিকেট পীবিরো চৎচরগে ?

রাহু—ওহাক্ত ঙাইখো (চিঠি পাবি।)

(ইবোপিশক নং ১ চঙলকই হরাও, হরাও নং ২ গা ফিজেৎ চাকচা চপ মান্নরকই।)

ইবো ১—নমস্তে ইবেম্মশিং, ঐবু থেঙথব্রা ঙসি ? টিকেট য়োনবা চৎমিন্নবা নিপামচা নুপীমচা খব হৌরকপদা থেঙদোকখ্রে। টিকেট পীবিরো, চৎচরগে।

কেতু—কনানো ? কবি থবক্কী ওইববনো ·

ইবো ১ - ঐব কাউবিবব্রাও ? ভবা দক্ষিনা অমদি ডিপোজিৎ লীশী·
মশি কৎচবগ্গা ঐবু খঙবিদাও ·

কেতু—যেঙনে ইতা, মসিগী নিপাসিবু মশক খঙব্রাও।

বাহু—কনানো নঙবো ? কৈদোববগ ? কনাদা কবি পীবস্মি হায়বা ?

ইবো ১ —ভবা ইবম্ম অনীদা ঐনা মহাদন চমদগী ইখোল বন্ধক
থমজবগ থবক হাপ্পিনবা লুপা লীশী মরী পীজখিবহু
কাউবিবব্রাও ?

বাহু —ঐখোযদ ভবা, শেল পীবদি সিদা ফম্মিবা ইবোপিশক
( ২ ন দ ) হায়বসিদনি অই · পীখিদ

কেতু—মানি, মহাক মথন্দনি।

ইবো ১—কবি রানো মী শিনদোবা রাহুবু অহুক লাধনা ভাঙইদুবো ?

ইবো ২ ঐগা শক হায়পে মান্নে হায়দুনা ঐগী থবক মুনবদি কনাদ
যাগদগে ? ভবা মহাজন্দগী লীশী মবি পুবগা অনী অনী
ইবেম্ম অনীসিদা পীজবহু ঐ নাও অদোমনি হায়বা ঙম্মিবহু
থরাযব কয় পানবীবগে ? মহাজন্দু সাক্ষী লৈ, নমথাক য-
বোই ভাযা।

ইবো ১—অদোম্বু কবি মি কৌবিবগে · কনানা পোকপনো ? কবি
লমদৈনো ?

ইবো ২ —ইবেম্মশিংনা ইখিবা মি লৈবনি, ঐহাক শোইবমনি,
অহঞ্জাওনা পোকপা, ইবোপিশক ইমিনা পোৎশংবম বস্তি
মমাঙলৈকায়দা লৈ। কৈদোগগে ?

ইবো ১—কনানা তাক্তুনা মসিনা ঐহাক শারম্মিবনোনে ? মশকস্তু ঐ শারহুনা তৌবশায়নে। নঙ থানাবু ফাহল্লগা ঠিক তৌহনগে খঙনি। ইবেম্মশিং ফাগি তৌবিন্নু, ঐ থরায় শোক্লা নোম্মিবা থবক্কি। মীশক অশেংবা ঐবু খনবিয়ু। থবক ফংদবদগী রা অমা পাঙবা য়াম্রহুনা যাম্না রানা শেল মামদগী পুরগা কচ্চখিবনি। থরায় থাবা ফাওবা ঐ কেস তৌননি।

ইবো ২—অদোম্বু খৎনবা পাম্বিব্রাও? থাঙনা থিন্নসি হায়ব্রাও (শৎলি চুরী) হিংহৌবনা থবকসি তৌনসি হায়ব্রাও?

ইবো ১—লুপা লীশীং মরিস্তু তিংবা, থাঙনস্তু থিন্নবা, শিবা থোক্লগা থবকস্তু নঙনা তৌহৌবা। মহুদি কদায় য়াদগে ভায়, ঐদি নঙগুম্বা ডাকু নত্তে। (খৎনগে তৌবদা নুপী অনিনা খাম্মি।) (দি, এস, পি, অমদি ইন্সপেক্টর শারগা শনি অমদি শগোল-শেল থোরকই ফিংলপ্পা।)

শনি—হায় হায়, করিনো করিনো ?

শগোল—কবি রাথোক্কীনে সিদ খৎনবা য়াদে।

ইবো ১ হুজুর, ননাই ঐবু নমথাক তৌবীরে মবাল লৈবশিংবু মতীক চাবা দণ্ডি পীনবীয়ু।

শগোল—নঙবু অচুম অরান মশক খঙব্রাও, কনানা চুম্মি কনানা লাল্লি ?

ইবো ১—থবক হাম্লীনি হায়হুনা লুপা লীশীং মরি ইবেম্মা অনীসিনা ঐঙোম্দগী চাখ্রে অহুগা থবক্লা ডাকু অসিদা হাম্লীখ্রে। ধর্ম্ম বিচার তৌবিয়ু।

শগোল—নঙনা কবি হায়নীবা ? (ইবো ২ ন দা)

ইবো ২—ননাই লাইবক থীববনা (কপশিন্নৈ) লৌ ইংখোল বন্ধক থমজরগা লুপা লীশীং মবি কৎচখিবনি ইবেম্বশিংদা। পীবা উহৌবা মামস্থ লৈ হংবিয়ু।

শনি- নখোয়নী হায়য়ু, লীশীং মবী পীবৈ হায়বা নিপাদু কনম্বনো ?

ৰাহু অমস্থং কেতু—ঐখোয়দা শেল পীববদি (ইবো ১ নং দ) মসিনি।

ইবো ১—মুন্না য়েংউ শীজ অনী, ঐনে অংশংবা নখোয়দা শেল পীখিবনি। ধর্ম্ম য়েংও, নহানে। ঐবু ভসি মঙলা তাইবংলা খঙদ্রে। (কপ্পি)

শনি—(ইবো ১ নং দা) নংগী কেসসি মখা চত্থনীংলিব্রা সাক্ষী সাবোদ শোল্লি, জর্জদা উকিলদ শেলস্থ যাম্না তিংদৌবি। লুপা খব থিবা খঙগদ্রাও ?

ইবো ১ ননাই ঐগী লৈজবপুম্বা ফোবসা তাবিবা থবক অসিদা চঙথ্রবনে। (কপ্পি)

শগোল—হায়, চৎলে নখোয়, নথো নথো তৌরুবো চৎলু। (রাহু, কেতু, ইবো ২ চৎখি; শনি, শগোলশেল চৌকিদা কম্মি ৰাখল তৌদুনা, ইবো ১ কপ্পি)

তোম্বৈ—(পবপ পবপ লাক্লগা) ৰা অমত্তা হংজগে। হন্দক্তা ম্যুনিসিপালিটিগী চেরিটি কল্লেক্তব অমা নেনা হাপখিবা ইবোপিশক বাবুব ঙহাক্তা উনজবা য়াগদ্রা ?

ইবো ১ -(মপি তৈথোক্লগা) ঐ সিদা লৈরে ভায়া।

তো— ওঃ! ভায়া, নঙগী গার্ল ফ্রেণ্ড ঐ উনরক্লে। মশক কজৈ হায়! ভায়াদি ৩০০ চাপা থবক ফংলে হায়রুবদা ওন্থোক্লা

হবাওহৌরে হায়। য়াববদি ( লোম্না ) ডসি ছুটি লৌবা, মহাকস্থু সিনেমা য়েংনীংবগুম তৌই।

ইবো ১—অমুক্তা ভাইখো ভাগ, ঐগী থবক্তা ঐহাক মান্নবা শাব ডাকু অমনা মুন্নমহুনা পা খোক্লবি।

তো নও মানবরু লৈবা হৌনব্রাও ? ভত্তুম ওইবমহুনা তাকনিকো ' ( লোম্না )

শগোল - হায় নিপা, কেশ চথনবা লুপা লৌশী, অমা থিরুবা ওমগদ্রা ?

ইবো ১—ননাই ঐ শেলস্থু থিজরুগে, ঐগী থবক মুনখ্রিবা নিপাহুগা বা অমা অনীদদি ভাওনজখিগে যাগদ্রা ?

( তোম্মৈ অনীহুবু মুন্না য়েংই। )

শনি—নীংথিনা চান্নগে মরুপ ওইগে হায়ববদি যানি, খৎনবদি য়াবোই, নও লাঞ্জনি।

ইবো ১—খৎনজরোই ননাই ঐ।

শনি—ওহাক্তং ভাইখো থোরকহনগে।

( মম্মিৎ খৎনবগা শনি অমস্থু শগোল চংখি। )

তো—করম কবম তৌবিবজাৎনো ' অহুক শেল ত্তিংবা থবক্তু অহুক লায়না শোযবিবব কবিগীনো ? অনীহুবু পুলিস অচৌবা ডাক্তরাও ?

ইবো ১ মানবগী মানব ডাক্ত, মক্ষম মবাং খওদে। অমস্থু অমস্থু মেজিষ্ট্রেট মান্নি, ডাকু মান্নি, সাধুস্থু মান্নি।

তো—চাবা-থকপা কংখিদহুনা হুবানবদগী থানানা ফুহুনা শিখিবশিংগী ভূত্তুম ওইরমগনি। চেনগ্রসি কান্নদে ভায়।

ইবো ১—লুপা হলহনখিসি ঙাইখো।

তো—নঙগী গাল ফ্রেণ্ড মশক্তি ফজৈ তায, বিত্তাসাক্ষী।

ইবো ১—ফজহনা কৈদৌনি, থবক শোইববদি মাম্ম শোইববনি।

ইবো ২—(পবপ, পবপ লাক্লগা) কবিনো ভায়, ঐবু কৌথোকইববু খৎনবা পামব্রাও? (ছবি পায়রকই।)

ইবো ১—খৎনবগী নত্তে, ফিঙ্গৎপীনু। লুপা লীশীং মবি তিংজখিবা অশেংবনি। মহু হনবিবো, থবক তৌবিহৌবো।

ইবো ২—ঐস্ম লীশীং মবি তিংহনা তৌবিবনে, কদায়দৈ হল্লুদগে? নুপীশিংদুস্ম হল্ল য়াবোই, পীখিগে হায়রবদি লৌখিগে হায়নি।

ইবো ১—ধর্ম্ম নত্তবা তৌননুসি, ঐ খুরুমজগে।

ইবো ২—(খুরুম্ম খাম্মগা) রা হায়গে, ভায়ানা শেল পূরুবা মহাজন্দু লুপা য়াম্না পায়বা জাৎল? মচা কয়া লৈ? নুপী লৈরিব্রা?

ইবো ১—শেল ফনা য়াম্না পায, মচা লৈতে, নুপীস্ম হাকুম শিগ্র।

ইবো ২—নঙগী শেলদু মঙোন্দগী লৌবসি মহাক মুৎচবসনু।

ইবো ১—করম্না?

ইবো ২ মহাক লৈশাবী অমত্তু লুহোংহন লৌ য়াগদ্রা? অসাইগী অনীহুদগী অপাম্বা অমা।

ইবো ১—য়াবস্ম য়াই, মঙোন্দা হংখিগে। মামচৌহু কদায়দা লৈরমগদগে?

তো— অস্থুরাইদা ভায়াগা উল্লনি হায়হনা ঙাইহৌই।

ইবো ১ অমুক্তা কৌশিনবিক ভায়া। (তৌম্মৈ চৎখি)

লৈশাবীশিংবু হৌজিক শক খঙনহনবা য়াগদ্রা ?

ইবো ২- মানবু লুহোংসি য়ারবদি ঐ কৌথোকউগে, হিসাব শূহোয়ে।

ইবো ১-মঙোন্দগী শেল কম্বদৌনা লৌদৌরিবনো ?

ইবো ২—ঐনা তৌরিবা থবকসি ইবানী তলবস্সু অফংবা শেল্লেমস্সু য়েন্নসি, ঐস্সু নুংঙাইত্রে; লাইরমচা ঙাক্কনি ইবানিমক।

ইবো ১-হোয়নে অহুম তৌসিনে। ঐদি সিথ্রসিরা খল্লুরবনে। ইমানা তাবগা........ (হীক হীক)

ইবো ২-শিদো শরুক মী অতৈ শিহনস্লি। নুপী অনীহুগী অমবু লুহোংহুনা মানা লৌথ্রবদি নিপাহুগী মরল পূম্নমক হাৎপা ঙম্বা মী ঙাক্কনি. নিপাহুস্সু মতা চাদ্রগা হাৎপা ঙমদৌবা নুপী ঙাক্কনে। ধর্ম্মগী পাখল ভৌকনু নবুক ইবুক থল্লগা লোইরে। লুহোংলবদি নিপাহু শিথ্রগা মবলহু ...হা.... ?

ইবো ১—ফবে, লাইবক য়েংসি, কপ্পুনা খাঙলকইবা কুইমল্লে অহীংসি।

ইবো ২-ফবে ঙাইহাক্কুং ফম্মখো. শেঙ্গাবী অনীহু ঐ থাদোরক্লগে। (চৎখি)

ইবো ১—ফনি। (দিল নুংঙাইনা ফম্মী।)

(হরাও হরাও মহাজন আচৌবা লাকই।)

আচৌ—করিনো ঐবু কৌব্রা ? নঙগী থবক্রবু মীনা মুনবীগ্রে হায়বা চুমব্রাও ?

ইবো ১—কদায়দৈনো, ফাগি তৌবনি। ঙাইখো মামা, ঐঙোন্দগী শেল লৌখিবী লৈশাবী অনীহু অপাম্বা য়াওব্রা অমা লুহোংহুনা লৌরোদো ?

অচৌ–হায়, য়াবু য়াগদ্রনে? অহল ওইমল্লেকা হায়রোইদ্রাও?
(লোন্না)

ইবো ১—মখোয়দু চহী য়েংবা মীশক নত্তে শেল লৈবদনি মখোয়না খল্লিবা। ঐ থোকহল্লকে ৱাবী শাবিয়ু অপাম্বা থনবিয়ু। চৌকিদা লেমনা ফম্বীয়ু।

(মহাজন অচৌ কে-না ফম্মি, ইবো ১ চঙখি।)

(অনীদু সাডী অমদি ফনেক্লা কে-না লাকই।)

ভাবতী—তাইবুংঙো, কবি থবক্কী লেংবিবকপা?

অচৌ—ঐ সুম ইবেম্মা, সুম সুম…।

কেতু- কবীমতা হঙ্গায়বীনু, পুক্নিংদা লৈবা অপাম্বা অনীংবদু হেক্তা হায়দোকপীয়ু।

(অনীদুন কেশিল্লি।)

অচৌ—ইবেম্মখোয়না কম্পানিগী তৌবীবিবা থবক্তা নোংমদা পুং কয়ানো? তলবনা কয়ানো?

ভাব–য়াম্পোৎ নত্তে, ৩০০/৪০০ দনি থাদা, অয়ুক্তা পুং ৩, নুংথিন্দা পু. ২ কাজৈ।

কেতু—করিগীনো তাকপীয়ো।

অচৌ—অশংবা মতমদা পুং অমমমদ, প্রাইভেটস্তু তম্বীয়ু হিসাবস্তু শুবিয়ু হায়জনীংবা।

ভার—প্রাইভেটপু ইচা নত্রগা ইশু তম্বীনব্রা?

অচৌ—কনামত্তা লৈজদে, ইচা-ইশু নুপীস্তু। ঐনা তমজদোবনি, শেল লৈববস্তু আজকালসি লাইরিক হৈতবা য়াম্না নুংঙাইতে।

কেতু—ঐখোয়বু তম্বীজো কেরানী ওইজো হায়রবদি অয়ুক নুংথিন্দ

শংজদে নুংদাং য়াবোইদ্রাও?

অচৌ ঐদি নুংদাংনা হেন্না পামজবিপোৎনি।

ভাব—পৃ অমা হিংসাব শূববদি লুপা ১০০।

কেতু—প্রাইভেট তম্মীবগীস্ত ১০০ না যানি, কবিনো তম্মীদোরিবু?

অচৌ-হিন্দী, ইংরাজী ইবা পাবা কাবক কাবক।

ভাব ইনম্মশিং লৈবিদ্রাওঁ? রা যান্নবরুদবা জাৎলাও?

অচৌ কনামতা লৈতে, ইখূৎনা চাক থোংদুনা চাবিবনি। হৌজিক ঐ মী নেক্রনা নম শংহল্লম্মগা লাকচবিবনি।

কেতু- তলব পীদৌ শরুক, ইবানী ভাইবুংঙোখোয়দা ভারাদরা কবিনো লেজবগে চাকস্ত পূন্না থোংবা, শীং তিংদনবা।

অচৌ—মহুদি পাকানিন ইবেম্মা।

ভাব—ইবানিবু পূন্না লুহো হুনা লাবিবা ওমগদ্রা?

অচৌ—অনীমকপু হোঙনবা শেল, থারুবা শেল লৈজনি, য়াবু যাবিববদি। কনামতা লৈতে ঐঙোন্দা বেবা তৌবিনবা।

ভাব—অহুদি জীপ অমা রাইবিকবো, ওসি নুমিৎ তাবদা চেল্লসি হয়েং ঘুমদা হক্তা লুহোসি পূন্ন।

অচৌ—অনীমক কে ইবেম্মস্তু যাবিবব্রা?

কেতু—য়াজবে, যুম লৈতদুনা ভাবা হুনবদা খাঙবা ওমদ্রে। চেল্লু-বগা হয়েং ফাগি ওইনা তৌবদি যাপোৎ নত্তে রাখলবু তৌবিহৌ।

অচৌ—ঐ ইপানা পাকপা মচানি, ঐখোয বাজিদু নুপী ৪ লোনথি।

ঐদি হায়থ্রগা লোইবে। লৈজবা শেল, সনা, কৌ, লিক-কোল বন্ধানগী লৈবিবশিংছু নখোয়নীদা শিন্নরগা ঐ পোত্থাবা পাম্মবনে পাই শংনা নহা অমগুম।

ভার—অছুদি অফিস ছুটি থাব কান্দা, চেকখোংদা ভায়বীরম্মাকো জীপ অমগা ?

কেতু—শোয়নবা জাংলা ? ইবানীবু হযে চপ মান্নবা লুনা তৌবিব ডমগদ্রা ?

অচৌ—ঐ শোযবা মীশক নত্তে, মীচং মীখায় নাইবা মীশকস্থু নত্তে

( অচৌ চখি হুই খোডুনা, অনীছুনা নোকুনা য়েংছোই। )

ভাব—অসুম্বা অপণ্ডবসি খব যাম্না শেন্মীদ্রবদি ননাই ঐখোয় লান্নবব তোল্লবশিংদি কবম্ন হিংদগে ?

কেতু—শেলদি হাৎননুসি চপ মান্নবা য়েন্নসিকো ( চণ্ডশিন্নখি ) নত্তে, নঙন অহল ওইগদ্রা ঐনা অহল ওইগদ্রা ?

ভাব—ঐদি অতোম্বী ওইজগে। ( নোকখি। )

ভা ১- শাউন্না খুম্বা তাইব, পূক্লীংনি, ওক্লব রা কযা ভাওনৈ, থাজনৈদকো তাইব।

ভা ২—থাজবনা লান্নবা তাইবং মী, নঙবু কবি থোক্লগব। অধন ঐখোয়বু চহীসি খব হন্থজগে হায়ছুনা না নোম্বা য়াখিগদ্রাও ?

ভা ১—মেজিষ্ট্রেটকী মমাঙদা এফিদেভিৎ অমা তৌরুরগা বিশ্ববিদ্যা-লয়দা য়াই হাযবনি।

ভা ২—লাইবিক তমদ্রবা ঐখোয়স্থ য়াগদ্রাও ?

ভা ১—মতুদি খঙদে হায়।

( লুহোংবা চৎলুবগী ফিজেত্তা পার্ব্বতী কেনা লাকই ছফিং তফিং, কবোক দোনা অমা পায় )

পা- রা অমতা হংজগে? মখোয় পাবুং!

একা—করিনো বিবি পার্ব্বতী অদুক কেনা অদুক কিংবদে? কদাই লুহোংবগী কবোক্লে?

( লৌতুনা চায় )

পা—থানাগী অভাশিং-গাড়ীমপোৎ গমনা কোয়খ্রে। প্রভুগা উমবা পাশ্মি হায়।

এক -( কবোক চানা চানা ) লুপ কয়া চিনবগী রানি হায়বগে?

পা –শেল পীরগা য়ানি থাজদে। পাখঙ এস আই মখোমক ওইনা খনব হমা য়াওই সুম্ব থবকসিদগী খুৎ শেংনা হামদোক্লগা পোত্থাবিবা য়াবোইদ্রাও? চঙী মতাংদুদা তনবীদ্রাও কেকু লোৎপী শান্নবা।

একা ছিংবগী তর্থ পোত্থাবা নত্তে, থবক্লা পোত্থাবনি মীগীদি। মরাইবক থীরবা মীয়ামগী ফিদম ওইনা কুরুক্ষেত্রদা কর্ম্ম কৌবা তাবনি। নঙ চৎলে পরপ পরপ, এস আইহু চঙ-হল্লকউ, কবোক চারো মথন্দা লাকখো হায়য়ু।

পা – হাৎপীদৌবিব্রাও?

একা—করিগী? চাবা হাওবা ঙমু ঙাক্রাম্নু নত্তনা। মপান্দা লৈবা ঐখোয়গী মী-শিং পাউ মথং মথং পীহনখো—ঙসি অহীং উচেক্কুম ক্দ্রং—বোম্বেদা কলিকতাদা।

পা—অনৌবা চঙবা নুপী-মচ। নিপামচাশিংহুদি ?

একা—মথোয়হু অহল মহাক্তন খব গৌবমিঠাই মীশিদা তুমহন্দ্রিবা ফাওবা লৈখিসনু। নহাবোলনা কুমসি উহৌবা লৌ-শিংহু ঐখোয়না নোংমৈ লোক্লনি। ইন্টরনেশনেল মিটিং অনী নিউ য়োর্কতা জানুওারি থাদা, বোমদনা এপ্রিল থাদা ফমগনি, মহু য়াওরুদবা যাদে।

পা—চেকশিনবিয়ু ঐ চৎচরে।

একা—কবিমতা নুংশা থীনু বিবি, কুরুক্ষেত্রদা নঙনা খুৎলায পায় হায়না উবিবা লাম্মী অযাম্বদৈ মথবাইগী মযোলমখৈ ঐনা শৎখ্রবা ঙাক্লনি।

(এস আইগী পোষাক্তা তোম্মৈ পিস্তোল পায়দুনা চংলকই।

তো—মী অমতা লৈতে হায়বা চুমব্রা ও ? (ফিংনা)

একা—পাখৎকনু পাখঙ, ঐ লৈ। কবোক চাগেবা

তো—নঙ নত্রা মুহোব একা ? নখুৎ থাঙ্গৎলু, নঙবু ফাগে লুম্মকইবা কুইববনি। পুলিসনা মায়কৈ মবিমক।

একা—(মখূৎ থাঙ্গৎলগা) ঐব ফাবগা নঙবু মনা কয়া ফংজনি ?

তো—লীশীং কুম্থ্রা।

একা—লীশিং কুম্ভ্রাহু ঐ পীগে, সবকারগী থবক তোকউ, কম্পানিদা তোরো থাদা লীশীং অমা পীগে। নথরাইস্থু কুইনা নুঙাইনা হিংজনি।

তো—ঐ থবক থিবা লাকপা নত্তে, লৈবাক্কী য়েক্লবা ডাকু নখোয়বু ফাবা লাকপনি।

( হুইশেল খোংলগা ডি, এস, পি, শগোলশেল আই, পি, শনি ঠাকুর পিস্তোল শিংলকই একাদা। )

শগোল—চেনবা কাম্রোই, নোংমৈনা মায়কৈ মরি কোয়প্রবনি। সরেন্দর তে ডাকুমপী, নঙবুদা কানবা লুম্মকইবা কুইরবনি ইশক ওন্থোক্নুনা।

শনি--তোম্মৈ বাবু, নঙ চৎলু, শক্কাপুব থাইফলসকী লাম্মী চনী লোরু। (তোম্মৈগী মখুত্তগী নোংমৈ মুল্লি, মতোন্দা তথ্মি, শগোলশেলনা মাবু মখুৎ পুন্দুনা পুখি।)

একা - থিন্তবা মাদ্রে, লৈনুং লম্বাঁদা লোইনমক। অদুদি গুহাদা থাদবিবম্মা।

তোম্মৈ —থরাইর্দদি কনবিয়ু, নতুং ইভাবে। ( চঙখি। )

একা - মসিনি তাইব, শক্তম, শত্তুবনা ফত্তবা মথং মথং পোকপ, এটোম পোখাইবগুম নিংথে অঙম অথোনা শন্দোকপা মহাক্কী লীলা।

ভা ১- লীলা লোইবিরব্রা ?

একা - লোইজবে। মখাদি ভাবনা উবিবো।

ভা ২ ডাকুশিংগী মতীক-মগুন্দ উৎপশিবু করি পাউতাক্লো ? নুপী অঙাংনা লান্না লৌখিদ্রা ?

একা পাউতাক্কী লীলা নত্তে, অহলখোয় কম অচৌবা পায়বশিংনা শঙ্গা-থুমজা অরান-অহুই তৌবা কনামত্তনা কাবা ঙমদবহুগী মতৌনি।

ভা ১—লীলাহুবু লোইকম চারিব্রাও ?

একা—অহল্লখোয়, ঐখোয় গুঙাশিংগী থবকপু পৃথিবীদা লোইবা নাইত্রাও? লোইদববু লোইরে হায়হনা অয়ানবা উৎপা য়াবাও? (শনি, শগোলশেল অতৈম্মু খোয়কই।) হৌজিক, নমথাক লৌনম শেঙ্গা-থুমজানা য়াইফরিকো!

ময়াম—হোয় হোয়।

একা—অহুনদি ঐখোয় লাইরবমু হিংবা তায়।

ময়াম—করিগুম্বা পাথ্বে।



# য়াওগদবা মীওঙ

নিপা—

১। চন্দ্রকংনাল

২। ওজা

৩। গুপ্তা অক্তম

নুপী

১। লুখ্রাবী

২। কৈরাকপী

৩। ঙানবিতোন

## তম্ন-লাই

নুমিদাংনাইবম নুমিৎকী মৈশা মেঙলক্লে। লুখ্রাবী মশা মথংম্মোয, তামস্তুং মশাখল শোম্বনা ইমুংদগী মপাল থোকখিবকই শুমাঙদা কুমথবকই থৌক্ষম খঙদবা ফিভম্মি, ফি অমা কৌহুনা লৈবহুগা মাগী মিৎযেংগা চান্নরমই। পবপ-পবপ পোলাংখোক তম্না চৎলি। অহুবু মথোদা য়াম্নমক হৈনিংবগী ফিভমদি নত্তে।

লুখ্রাবী ফৌবম্রিবা ফি চিংথগে তৌবমক্কদা খংলেপ লেপ্পী মবমদি তাম্না দেকোতা প্রেন অমা পাইবকপগী খোঞ্জেল অমা তাবকই। মপূক্লিং চঙনা তায় অমস্তুং মশক উবা ফংলক্লবদা য়েংঙি মিৎ কুপ্পুনা কোক্তোন লাম্না পাইখিবহু। পাইখ্রে, তাখিদ্রে অয়েংনবা তমদা য়েংলিনা মিৎকী-মীৎলু তনীদগী শিন্থবক্লি পিনা।

লুখ্রাবী (নীংঙমদনা শোল্লি) ওঃ হঃ—আঃ লান্দবনিকো ঐ ইচাদো লান্দবনি, লান্দবনি, লান্দবনিনে। নত্রগে নঙনা সাক্ষী, ঈশ্বর নঙনা ঐ' ইচা লান্দবৈ শাক্ষী! মানি মানি।

ওঃ মাঙলেদো, লোইরেদো। অহুবু ঈশ্বর নঙনা খঙহৌবগী প্রমাণ। কৈদৌনি নঙগী প্রমাণনা কৈদৌনি, হৌখ্রে-লোইখ্রে, লোইখ্রে—।

(ফীভম হোংলদুনা) অ'। (ফি লৌশিল্লগা ইমুংদা থম্মুবে, থোরক্লে, উখোকতেন্দা ঙাবদুনা ফম্মী, তেংথাবকই।)

ইমাইবুংঙো নুংশিবা, ইমাই তোম্পোক চন্দ্রকংনাল, কবি মতৌ কৌবগেনে থোকখিবা মতৌদুবো। নখোঙদা য়োৎহ্লিং কোৎহ্লো চন, য়োৎকী পোন মন্থ দা পাইশি পাই-থোক ঙমদা চোঙা মুবী চৈ চেক্লানা চেক-চেক খোংদুনা লৈরিদে, ইমাই থরায কংম খাঙলসিগে ইমাইবুংঙো নু-শিবা তোম্পোক চন্দ্রকংনাল। (মুকম-মুকম শোল্লি।) আঃ চঃ চঃ চন্দ্র, চন্দ্র—ও

(ওজা লাকই। লুখ্রাবী ফুক হোগৎলি, চেনশিল্লকই অমম্থং চপ লেপ্পী।) কনা ওইবিবনো?

ওজা—চন্দ্রকংনালগী ওজানি

লু—(হরাওনা চেনশিল্লকই মনাক নক্না অমস্থ' মায়োক্লনা) ওজা ইচানা হাযরম্মী পবিক্কাদা খ্বাই মকোক থোং…

ওজা—চুম্মি।

লু নুঙাইবা পাউ তম্বিগে লাকপীবি নত্রা?

ও (মরু লুক্কথৈ) লাকচবনি অবাবা শরুক য়াম্মিম্মসি। হায়কম খঙদন্না ঙকখ্রে, করিগুম্বদগু মঙগুম্না থনখ্রে। কৈদৈনো-

কৈদৌবদগীনো চমম্নখ্রে, বুদ্ধি তাখিদ্রে মনা অহুম তৌরম্নি থাজখিদে।

লু—কৈদৌনি ঙজা, থোকখ্রে থৌদোক অমা থোকখ্রে, থাজদনা থাজবৈ রাংমদা। সিবু মীওইবৈ দষা হাযদ্রব. সিবু হেৈং-বীরা চৎনবীরা, সিবু ইরায়বক্ত, তম্বিদবা শাদ্রবা বিধাতাগী নোংদম হায়দ্রুবা? ওঃ নোংদম থীবা মপোক ওইরে লুখ্রা ইমা ইচাই—আঃ নোংদম থীবা মপোক। ঈশ্বরন চান-খিদ্রবা পূন্সি। (খাঙওমদনা লাউরকই।) হে লাই।—হে লাই—। (চোকথনা ফমথৈ ফদ্রাক খুকউ অনি লৈতা, অহুগা মখা তানা লাউরকই।) ইবাইবক। ইবাইবক। ইরাইবক—!

(ঙজানা লুখ্রাবীবু হোৗগৎপীরে। অহুগা কোনশিনবিহুনা মাঙ্গোল্লোমদা পুশিনবিরকই। লুখ্রাবী ইমুংদা চংখ্র।)

ও—করম্বা থৌদোক্লো, কৈদৌবদে থোকখিবনো,—খঙবা ঙমদ্রি হৌজিক। করম্বা মীওইবৈ অরোনবা ফত্তবনা থৌদোকসি থোকহনখি চন্দ্রকংনালদা?

রারীহু খঙজনীংডি, খঙবস্তু তাবনি। আশা লৈরবা অঙাং থাজরিবা নোংমদি অচংবা মী ওইরুনি, অহুবু ওন্ন-তৈন নাতৈ হুক্কা তমখ্রিবা মরাইবক, অকি-তুজুং ফাওনা হাঙ্গাই নরবা মিংক্ষম অমা…। ওঃ সিরা মীওইবা। মী অমদা চেক্কশিঙহনতা চৎচবা মিকুপ, সুপ্নে মীকুপ অমত, ঙাক-শেলহৌদবদে তাখিবা দষা।

অদুবু খন্থনীংগাইদি মতমগী মিৎয়েংদা মীকুপ মুপ্নৈ মীকুপ অমতং ঙাক শেনহৌনবৈ খুদোংনা মাঙখ্রবদা লম্বী অমা লম্ফাখিবা ঐখোয় থনবা ওই, খঙবা তাই, অখাঙ কনববু হুমদোকখ্রিবা কনাই নো ল নুংশিৎনো অশিৎ-অরান-থাই তমথিববদো?

( লুখ্রাবী ফক ওমা পুথোকতুনা থাই। )

ইমা! নুঙাইনি খল্লম্ব আশাগী শেংলবা অতিযাবু খঙহৌদনা মিকূপকী নোং মপৈ মপৈনা কুপশিনখ্রবা, তানীংখিদ্রবা অখাক অবাওনা মাযকৈ শীনবা থু নাকোং য়েংশিনবমখৈ খদ্রাক খদ্রাক, সিগীদমক ইমা নঙনা তেংথানিংহল্লি ইমা নঙবু থনানো?

লু—লুখ্রানি লুখ্রাবী। চন্দ্রকনাল হুচানি, ইচা তোম্পোক। ইচানা চহী অহুম ঙাইবিঙৈদে ইপূন্সি লুখ্রাবীগী লেল্লাক্র রানা। ইচা তবু খন্দুনা। সিমস্ন হায়দোক্ক চিংনদে। নোবি মতমহুদা ঐহাক চপচানা নৌবি। শাগৎলকখি হকচাসে ফু ফু চহী কয়া; হায়বা তাই ইংখৌলা নিখিবৈ মৈশানি। অদুবু নোল্লকখি ইচাতৈ বে খাংলকখি মুম্না লাইন ঈপাল লাং, শাগৎলকখিবা মৈশালোক, চোকপন্ক্রি ফাওবা শিংলিশিং, চহীগী লমজেলদা তশেংনমক লুখ্রা অমগী পন্সি কনাই নুপাগী নাকোং রা তাবক্তমখৈ ইচাতবু ঈ মতুমদৈ নাওকোল্লক অহীং কয়া চুপ্পা নাউশুম ঈশৈ শক কাউথোবকপনি অতোপ্পা শুপ্রি কয়া। ইচাই মবাম্বক্না লোনখ্রবদা মতাং চাদনা

ইরাইবকসু লোমংগ্রে, ইপুন্সিসিতবু নীংহুনা ইচাই মরুম থুপ্পা হিংলকপা —কান্নদে হৌজিক্তি কান্নদ্রে।

ও—মথংদি ইমা, চন্দ্রকংনালনা মপুং ফাবকপা মতম?

লু—রাবীসি মপুংফানা খঙবীনিংলেদনা?

ও—হোয় থৌদোক তদু ফাওবগী।

লু—খঙলে। মমুৎ তানা খঙলো ইচাই মবাইবক।

(চন্দ্রকংনালনা মচি অমদা হকচাং শাজেল তৌবি। হৌগৎলকপা মতমহুক্তদ খাংনা মকুমদগী গুণ্ডানা করেম্মনা নোক্লকপা তাবকং। মতুং তাবকপদা কৈবাকপী লাকই।)

লু—ইহে ইচেমসি এবু হণ্ডিনে।

কৈবাকপী—ইবনশা নঙসু হৌজিক ফাওবু।

লু—রাবৌবিনু ইচেমসি হৌজিক ফেক্তা

(ক্ষিদা লৌথোক্তুনা থাই।)

(চন্দ্রদা) ইবুংঙো সিদ অমুক্তা লাও।

(চন্দ্র লাকই) ংংঙোই নমাসিনা লেঙঙকইবসে নঙবু প্রাইভেট খব তম্বীবু হায়বিবনি।

চন্দ্র—পোত্থারসিব খল্লে মবমদি হন্দক্কীসিনা অরোয়বা পরীক্ষানিনা।

কৈ—ইমাসিগীসু হায়দ য়াদহুনা হায়বিবনি। ইবুংঙোনা কোলেজদগী কুম্লকপদা পোথাবা ওইনা পুং অমমমদা ওইরবসু তম্বীদবা য়াদবনি। ইমাসিনে ইচাগী সাইকল অমা লৈগে, ফুরিৎ কোট অমসু তুগে।

লু—খঙদেনে ইবুংঙো, নমাসিগী মায়সু ভাক্তা য়াদেদো।

চন্দ্র—( ঙহাক্রং খল্লগা ) তম্বিদোবিবু কনানো ?

কৈ কনা ওইদ'গনে নচনমুপী বুদ্ধি কত্তবী ঙানবিত্তোম্নিনে।

চন্দ্র—( মং'ামতা ) লৈশাবী।

মবী লৈনদনা গুণ্ডাগী ফাক ফাক নোক্লকপগা ঙানবিত্তোনম্মু লাকই। ইমা, অমুক্তা লাও।

ল—ইচমসি, ফম্বিবমখোকে

( মমা মচা চঙমিন্নখ্রগ মাঙ্গোল মচিদ লেপ্পুন্না রা ঙাঙনবি। সামদনা ঙানবিত্তোন মমাগী মনাক্তা লেপ্লগা। )

ঙানবিত্তান ইমা কমদোবে ?

কে—নঙস্ব লাকএ।

না - কনি হাযনবগে ?

কে চন্দদা, নঙনি হাযরুবদগী তম্বিনীংদ্রববা করিনে মম-মচা বা তান্নবিসিনি ?

ঙা—ঐ ওইবগা কেদোববা ?

কে লেশাবীনি হায়দুদ।

ঙা-- ঐনা লৈশাবী ওইবগা মঙোন্দা চিকউনি হাযব্রো।

লুথ্রাবী ( মস্বুং চন্দ্রক'নালদা যেংলুবগা। ) হুম য়ানদ্রমাল্লে ইমা ! যাহন্দবা যাদে। য়াদ্রবদি মখোয় তৌবিমল খঙদবনি। লৈরক্ত কান্দা মথীবো থাকপিবিবা। অদুই মথক্তা উপায় কয়াস্থ তৌবিখ্রি। নত্রা ? কান্নদে ইমা, ঐখোযবু উশিংখিবোই।

কৈ—ঙাইখো তুম্নিন লৈখো! (লুপ্তাবীদা) করি হায়রিবা নিপা মচানা?

লু—ঐবু খুমফম খঙত্রেদা ইচেমসি।

কৈ—তোবদদি ঐখোয়সু য়ামাল্লে হায়বগী লাকপনি। করি হায়বগে? তম্বিনবা ওজাবুদি য়াম্না লৈ!

লু—ফরে ইচেমসি চুম্নতা মাসু পরিক্ষা পংকুই কুইশিল্লক্লে হায়জবনি। অদুবু তম্বিদবা য়াত্রা কৈদৌঙৈ হৌশি হায়বগে ইচেমসিনা হেক তাকপিবম্মে।

কৈ—নুপীমচা করি খল্লিবা?

ঙা—ঙসিদগী হৌনিংলে।

কৈ—ফরে হৌরোনে। চৎসি অদুদি।

লু—লেংবিরসি ইচেমসি (ঙানবিতোম্না তু, থংলগা মমা-মচা চৎখ্রে। কোম্থোং রাংমা লাম্থোরকপগা গুণ্ডানা হুইসেল সাংনা খোংহুনা ঙানবিতোন্দা লক্লরকই।)

ওজা—ইমা মখোয়শিং অসি নত্রা?

লু—মানি মখোয়গী করি মথৌনো ঐ খঙদে। নোং অমা ঙানবদৈ নুমিৎ অমা তাবফাও অদুম অউ অউ লরুহুনা লাঙহুনা লৈ য়েংঙুদো—। (চন্দ্র কোলেজদগী কুম্নকই। গুণ্ডাগী মপা লাম্না লাকই। হুইসেল্লা মরোল লোম্না খোংজিল্লকই। চন্দ্র খংয়েং য়েংথোক্লুই। থো-রা ইশা শাদনা থীক থীক নোক্লুনা লৈহৌই।)

চন্দ্র—(মমাদা) ইমা, কোম্থোংদা লৈরিবা গুণ্ডাশিংসে মী য়াম্না উশিংখিত্রে, ঐসিবু মী নরুদোনা খল্লমাল্লে।

লু—শাউকনু, খাংউ, অদুম তুমিন্না মতাথোকউ। ইচাসিদি নগুনা কায়রুদ্রগা লোইবে। মখোয়ন গুপ্তা তাকু ওইরগা লান্দবা ইচাদবু কবি তৌরগ'বনো। লাই লৈবিসিদি।

চন্দ্র—ঐখোয়বুদি কবিস্সু হায়বিদেয়ে। কনাগুম্বা মিহুন ফত্তবা থেংনববদি মখোয়বু শোয়দনা শিষনিনে।

লু—অঙম্বা মী থেংনদুনা হান্তোকপিগ্রদি খবদুম ফবনি হাই-গুম্মদনা মখোয়না শ্বাইদা লাংলিবাসে ইচিং হেক চিংনৈ পুক্লিংসি। সত্য নুঙাইজখিদ্রে ইমাস্সু।

চন্দ্র—অদুদনে ইমা মহৌশা অঙাং ওইবিঙৈ মখোয়না ফম্মিবা খোনাখোসে লাই থোকই হায়দনা কয়া হঙ্গোইনবমগ্রবনো?

লু—অদুগুম্বা মতমদুগী ফত্তবা তম্ন লাইশিং অদুনা শুল্লগা লান মতুংদা পোক্লকপা নহাশিংসে মপা মপুই মফমশিং কাউবা যাদদনা লুম্নবিবসিনি অচৎ-অওক কযাদা তম্নদুনা।

চন্দ্র—অদুদা ওাইযে ইমাই রাসিদি।

লু—(নোরা নোরা) চুম্ব চুমদ্রনে।

চন্দ্র—চুম্বদুনবু হায়বিবা।

লু—মসিগী খোংনাংখোঙসে ইমাখোয়স্সু কিবমগ্র। নীংবু নীংশিং লকই। (মতোমতা ফাক ফাক নোকথোবকই।)

চন্দ্র—কৈদৌবে ইমা?

লু—হেবা নঙনা চহী মঙামুক শুবকপদুরাই। নঙবু পোয়গা ঐনা কৈথেল কুম্মকপা। লোয়নরকপনা মনীঙগী নুনে কৈন্যা-সিগা। নুংদাংদো পঙথেঙদি থেঙত্রিযে, মীদি কনামতা চৎনদ্রে।

ঐনা মাঙ থাই মানা তুংদা। মাদি মকোক্তা থুমোক অমম্ভ লম্না পুরকইবনি চেঙ রাল্লকপগী। মপাসিদা য়ৌরকপদা ইবানি চেক-মোক লাউনদ্রে। তুমিন তুমিন। তাঞ্জাহুদা হায়কেত্তুং উথক্তা শ্রোৎ শ্রোৎ। খাং লাউই! অতুদৈ অমুক্তুং ফদ্রৎ ফদ্রৎ ইমাই কোকথক্ত ? কোকচাউবী ফুং কায়! ঐনা শোন্থাংনন 'ইচে কৈন্যা।' মাদি 'হা!' হায়না লাউরগা ঐখোয়রোমদা চেনশিনখিববু। ঐস্থ 'হা' হায়হুনা অমুক্তুং চেনববু। তাঞ্জাহুদা নঙনগা কপখৎলকখিবনা। ইমুংদা চেনশিনমিন্নরে। অতুবু লেপ্তে ফদ্রৎ ফদ্রৎ, তৌকম খঙদহুনা লম-য়াইদা চেংহু জ্বাই!—অতুগদি (ইশি শিনা নোকই) শেকপী মচ হুমখক পাইবদি হেৎা চোংহুনা সৈরম্রে। (মমা মচ শিথ-শিথখৈ নোকমিন্নরি অসোমদনা গুণ্ডাগী অখাক অরাওগী মীনোক তা।)

ওজা—খল্লুবগা থম্মোইসে থুক লাউই। মতমহুদা মী কিদে লাই কি। মীনিনতা তাবদা অকিবা কোকই থখাই চাউই। হৌজিক্তি মী কিবে লাই কিদ্রে তম্নবকখিদ্রে ভুত-প্রেৎ শরোই-ঙারোই লাইমুনচিংবা খোংবাল্লাই তিনখাক শাও। (ঙানবিতোন লাকই মখুত্ত লাইবিক খব পায়।)

ঙা—ওজা ঐ লাকএ।

চন্দ্র—(কুমুংদগী থোরকই) লাক্লব্রা ? (কক্তা ফম্মিন্নরে) অহনো কাক্তোকউ। ঙবাংগীহুদি হৈরব্রা ?

ঙা—হৈত্রিদা।

চন্দ্র—হৈবনি ভাব তাবে হায়খিবদায়নে ?

ঙা—য়ুম য়োরগা কাউথ্রবা।

চন্দ্র—( হৈনিংদনা ) অমুক্তুংগা তাক্কে ভাব তাবদ্র য়েংঙু।

(লাইরিক তাকই। সোমদা লুথ্রাবী ইমুংদগী ফৌ পুথোবকই শুমাং মচি অমদা শুবি। শুন-শুন ফৌস্তু ঈশৈস্তু শক্রকই।

লু—হয়ুম য়াম্নবা থোদাংকোক

শীংজল্লকউ হায়বগা ফৌবু পুবকপা য়াম্নবা।

ফৌবু পুরকউ হায়বগা শীংজম্লকপা য়াম্নবা।

নঙনদা চাকপু হায়বগা

ফৌগাক্কি চজীক নমথিবী

চাকপুদা শাদনা পীজগে।

নঙনদা য়েঞ্জা হাযরগা

লফু য়েঙ্গং থুম্নমদবী

য়েঞ্জাংবু শাদনা পীজগে।

নঙনা ঙাবু হায়বগা

খোংবালগী ঙাচক কোকচাউবী

ঙমুদা শাদনা পীজগে।

নঙনা মোবোক হায়বগা

কূরাও মপান অঙাঙবা

মোবোকপু শাদনা পীজগে।

নঙনা থুম্বু হায়রগা

তুবেলগী লৈঙোই চোচ্রোবী

থুম্বু শাদনা পীজগে।

( চন্দ্রনা লাইবিক পূক্লি চঙন তাক্লি অহুবু ঙানবীতোন্নদি চন্দ্রদা মিৎয়েং লান্না য়েংহুনা লৈ ; তাকইবা থওইদে মহু খঙলক্লবদা শাউনি না য়েংলকই চন্দ্রনা । )

চন্দ্র—য়েংলিহুবু কনাদনো ? লাইরিক্তি মখাদা লৈবে ।

ঙা—করিগুম্বদা মিৎক্ষম চোইখিবসিবু ইয়ামক যাদ্রবরনে ওজা ?

চন্দ্র—অহুবু ঐনা তাকখিবশিংহু খঙহৌব্রা ?

ঙা—খঙহোদে ।

চন্দ্র—অহুদি সিদা কৈদোনা লাকইবা ? ঐগীদি তান্নদগী হায়বিহুনি লাইবিক তমগে হায়বগীদমক তাকপনি নত্রবদি !

ঙা—ওজাগী রাসিদি নমদনা ঐবু পাখল শেপান্নহনবিদৌরে । ওজা পারৌবিনু । ইবুঙ্কি ফত্তবগী ভাব থুনা তাবা ঙমজদবগী পাড়া অমা ফানবা হোৎনবদা খব কুইনা চংজবদনি অহুনব প্রাইভেট তমজরিবনি ।

চন্দ্র—অহুবু ঐনা হায়বদি ...... ।

ঙা—( মবক থওনা কিং নম্মা ) ইহে হংগে তৌবদা হেক্ত কাউবা ! ওহ!—নুঙাইভেদা হান্নগী মিংগৌহুনা, ওজা হায়বসি ইকোই কোই, সিনিদা তাদ, বি এ সি লোইরবদি মখা ৎমথখিদ্রা নত্রগা ত্রেনিং অমা চৎকদ্রা । ইঞ্জিনিয়ার সাহেবকা নত্রগা ডাক্তর বাবুকা ওইরগা কাব তোংবকাদি পাম্বিদেকো ? সত্য !

চন্দ্র—নখোয়না ডাক্তর ওইনিংঙিবা অহুদি ডাক্তরগী মথো মশক মুন্না খঙহুন তৌবা নত্তেদো ।

ঙা—হোয়নে অহুবু করি তৌদোবিগে ?

চন্দ্র—ঐহাকপুদি এয়ার ফোর্সতা চঙলগা পাইলোট অমা ওইগে লেপ্পি।

ঙা—( মুন্না তাবগা ) এঃ নথলাই অদুক শোনবহুনবো।

লু—করি থবক্নো অদুদি ?

ঙা—হো ইনে লানগী এবোপ্লেন থৌবা।

লু—( শুকথহুনা ) হা কবি হায়বা ?

চন্দ্র—ঐগী পামজবা নীংজবহুবু হায়বনি।

লু—কবি রানোনে ইবুংঙো, মহুগী শিনফম অদো নীঙবা পাম্মুবা য়াবা নত্তে। ইমা পামদে।

ঙা—অদুগা পাইলোট হাযবসিদি হেক থৌদুনা চৎখিবগা মমি ককহৌই হায়বিবনি।

লু—য়াদেহে ইবুংঙো, ইমা পামদেকে। হাযবিসিনি ইমা ইচাদনি অদুগুম্বা শিফম নাফম খঙদবা শিনফম অদু নঙনা তৌবা যাবা নত্তে।

( হায়রম্লগা মথৌদা পুক্লিং চঙখ্রে।)

চন্দ্র—ঙানবিতোন নঙ ঙসিদি চৎলো, খাইদাসুম লোঃশিল্লশি।

ঙা—ঙসিদি ঐসু কোকসি চিকখ্রে। লাইবিকপুদি ঙসাইনা লোইশিল্লিংলবনি। অদুদা পাবী ঙহাক শাবসিসু নুঙাইবিবা ( ভাঙথোরকপসিগা লোয়নবকপা মিৎয়েং, চন্দ্র হৈনদে। )

চন্দ্র—নঙ চৎলো। রারীদি নোংমসু শাবা য়াই। ঐসু পরিক্ষা নকশিল্লকএ।

ঙ—তাল্লবনিনা চৎলগে। পোম্বো রাইফাওদদি থিন্দোকপীয়।

( চন্দ্র খুম্বা লৎলি) কোম্থোং ময়াদা লৈবা গুণ্ডাশিংসে হৈনদেনে ।

চন্দ্র—হেরা কোক হেক চৎখ্রো কৈদোগে।

ঙা—এঃ লিন্দা তহুনস্থু পাইলোট। ( রাশি কংনা নোক্লগা ) অদুক কিগনবা হৌনদে। ঙাইখো, তাদবু হকচাং শাজেল কা য়াম্না তৌবদাইনে, সে লাকওসে ( চন্দ্র শুমাং মতোন ফাওবা চখোরকই। )

চন্দ্র—গুণ্ডা লৈতেসে চৎখ্রো।

ঙা—লৈত্রস্থু কোম্থোং রাংমফাওদং ইয়ুমদা লাকপা মী থিন্দোক-পীববু কয়াম হৌনদ্রবা থবক্নো ?

চন্দ্র –( য়াম্নমক হৈনদনা ) চৎলোসে। ( ঙানবিতোন মাঙ থাই। কোম্থোং লাম্থোকখ্রে। অদুগা রাম-রাংমদা )

ঙা—( ইকাইবপ তৌনা ) তাদ কবিগুম্বা অমতা হায়জগেনা ?

চন্দ্র—( চিংনবপ্পা ) করিনো ?

ঙা মবম ওকপা, লাইবিক্তা থরাই য়াওবা মীসিদি পঙডী হায়বসি চুমতাইয়ে।

চন্দ্র—( ঙকচাননা ) ঙানবিতোন।

ঙা—পাখঙ মান্দে পঙমল্লি হায়মি। ঐসে লৈশাবীনে থর খঙনসে।

চন্দ্র—ঙানবিতোন, ফাগীবা অওইবরা ?

ঙা—তাদসিমা। লেংমান্নবদবু ফাগি পংতৌদা তৌ য়াব্রনে ?

চন্দ্র—অদু ওইরবদি নঙসে অমরোমদা লৈকায়গী ইচম্নি। মহুস্থু কৈস্থু থোইদোক্তে মতমগী মতুং ইন্না। অদুগা অমনা নঙ ঐবু

লাইবিক তম্বিয়ু লাকপনি। মচুগী মরীচুতা মবৈনসি। মখা তাবদা ঐবু রারোনু, ইচন্না নপৃক্লীং অতুমক লেপ্পা তাববদি হায়েংদগী ঐগীদা লাকপীদবা মবমদি নঙগী পৃক্লীংগী পাউখুম পীবা ঙম্মোইদৌবি ! (ঙানবীতোন মমায ঙাঙনা ফেং হাইদোত্তুা শাউনা চৎখ্রে, চন্দ্র হঞ্জিল্লকই।)

লু- কৈদোনবে নিপামচা? (চন্দ্র খুমদে)

কেদৌনববগে ?

চন্দ্র—নহান্না ঐদি য়াজদবা নত্রা?

লু—(ভাব ভাবদুনা) কবি হায়বম্মগে নঙোন্দা?

চন্দ্র--অসিগুম্ব লৈশাবীশিং অসি লাইবিক তাক্লীংদে হাযখিদ্রা?

লু—অদুবু থিনা হায়বিরুবত্রা?

চন্দ্র—মার লাইবিক তমগে লাকইত্র?

লু-(ওজাদা ওনশিন্দুনা) কবি হায়বিনো ওজা? ইচাবু পামদুনা প্রাইভেট তম্বগী মমিংদা খুদোং চাবা লোগে খনখিববা?

ও— অদুমক খনখিদ্রবস্তু ঙানবিতোন্না অওইবমক্তি শন্দোকনবা লংঈনাগী মহীক্লা হকথেংনকুব। কয়াদ .চাংশিনখিবগুম মশাদা পকপা ঙানবিতোনগী লাইনাগী নুংশি নুংওনগী মহীক্লা মশা ফববা চন্দ্রকংনাজদা শন্দোক্কে তৌখিরম্বতনি।

লু—ইচানা অশোনবা ওইবল্লবদি?

ও—শোয়দনা মাস্থু লাঈনাগী লাঈথুং পাল্লমগনি।

লু—অদুবু ঐখোয়স্তু নুংশিনরকখি।

ও—হকচাং কয়াৎনা শোয়ফদনা পৃক্লীংদা পীবকপা ইথিলনি।

চহীগী মতুং ইম্ন মীওই মীতে মপূ ফারবদা। মতমছুদদি ইথিলহুতবু ফোঙদোকখিবনি, হঙোইনিঙাইস্ত ওইরমদে। যেংঙু, মতমগী যাওন্দা অওনবা ইতিহাস অম চৈবাক য়াওদ্রব। নুংশি নুংওনগী শাজৎ।

মখাদি ইমা ঙানবিত্তোন তৃমিন্না লৈখ্রববা?

লু নোংঙাল্লগা মমা কৈবাকপী লাকই। (কৈবাকপী য়েঁবক্লে) (পাখৎলপ্ন) ইচেমসি।

কৈ—অদু ওইবেকে ইবেম্মা। নচাহু কদায় লে?

লু—মমাল্লবদগী লাইবিক অমা লৌকনি চৎখ্রি।

কৈ—মান ইচাবু ঙসিদগী লাক্লনু তায়বসি চুমত্র? (লুখ্রাবী খুম্বা চমদে) ইচানা কপি কায়কুহুনা মানা উশিত্রিদি? ইবেম্ম-খোযদি মীশক মীমায তমত্র। যেংদেনা। (লুখ্রাবী তুমিন্না লৈ) লৈশাবী পাখঙ ওইনবগী হঙোইজদদনা ইচানা ফাগি তৌবনেযে চুম্নতা নত্তে ফাগিহু মানা পামজদ্রগস্তু ইচনসিদি ইবুদ ফাগিহু মতুংদা অমুক তৌবক্তনু হায়বা য়াই। (ফিভম হোহুন) ঐগী ইচাস্তনে ইকাইথিগনবী লৈশাবীনি।

লু—অমুক্তা তপথবিখে ইচেমসি

কে—পামদেনে কেস্ত নচ নুপাসে ইচানা পামদে। লাম্বা চাদে। ইস। লাইবিক খব ফবেহুনকাদি পাম্বোইকা খল্লুনু। হৌন-লোনচৎ খঙবা, সঙ্গ তৌবা, পু-পাং শুনা নাও কোল্লকপদি নত্ত্রেদো। লাম্বা চাদে, ইকায়জৈ। অসিতবু মীনুংশি চাউ-বিবনি হাযহুনা ঐতনা উপায় তৌবিকুবসিনা লাল্লবনি।

লু -( মমায় ইচপমুক ঙাঙই ) চুম্মি, ঐখোয়বু খব য়েংবিখি। অদুবু ইমাই-চাই ইবায়বকপু অদুক তাথি তাওইনা খনবীনু। হোয়, চুদৎনবী লুখ্রাবীনি, ঐ, ইচানা পিদৎ পাদৎপনি।

কৈ—ৱাঙাঙসিদি কলেজা মতেক অমসু ময়াওবিনে? লাইবিক ফজববসু নচাসিনা তলব কয়া চাবদনা ঐখোযগা লাম্বা তৌবা য়াগদ্রাও?

লু—( ফাথবা ঙমহৌদনা মপান থোকখিবা খোম্থোক্তা ) ওঃ মনু মতম চাদনা থুপখ্রবা ঐগী নিপা। ইচাগী মপা। পুংফমসি-মক্তুদা ইচাগা ঐগনা উজনিংলকইকো।

কৈ--ইবেম্মা মবীল চুম্ম্রবা মবুক শেংলম্রবদি ইচানুপী তোমখিন ঙানবীদো থাজবিগেদুম খল্লম্বনি।

( অসুম্ন ঙাঙনবিঙৈ চন্দ্র মথুত্তা লাইবিক অথাব অমা পায-বদুনা লাকপনা গুণ্ডাগী মপা লাম্থোবক্লে। )

গু ১বা—চন্দ্রকংনাল। ( মমায ওন্থোবক্লগা চপ লেপ্পি। )

গু ২বা—নুংবু নুংশিবিনে, মম্ৎিকাসি তুথবদুনা।

গু ৩বা—লাইবিকাসু অথাবা অমা পাযবিনে।

গু ১বা—লাইবিক ফৈ উৎলিব্রা?

গু ২বা—ঙাইখো নঙবু হকচাং শাজেল তৌবদাই?

গু ৩বা—অমুক্তং চাং যেংসে হায়ব্রাও?

গু ১বা—খুম্মুনে নুপী মানবী! ( খিগত্তুনা নোকশিল্লকই ) তুক্কচৈ চৎহনখ্রো·· ······।

( গুণ্ডা ১বা ২বা মমিৎ খৎ-নৈ, চোংশিল্লি, চন্দ্রগী মখুদাং নাম-নাম ফাই গুণ্ডা ৩ বনা মবুক্তা তিক্রি হোৎলি। অদুবু চন্দ্রনা অবৈবা পাঙ্গল ফুদোক্লনা চোংথোবকই, মমিৎ ঈ কানা মুন্না গুণ্ডাশিংদা য়েংই। )

গু ১বা—( ইশি শিনা নোকপা ) শাউববদি নুঙাইবেদনা।

গু ২বা—মখাদি তাবক্কনু।

গু ৩বা—মরীল ফুদোবক্কেদি তৌবেদনা?

গু ১বা—ফরে চৎলো।

কৈ—( কোম্থোং ময়াদা লেপ্লগা খোঞ্জেল য়াক্লা ) কান্নদে তৌজিক্তি রা লোয়বে ইরল মাঙবা য়াবোই?

( চন্দ্র খোঞ্জেলসিদা মপুক্লীং থেখ্রে। তারি। )

কৈ—নখোয়না লৌখিবা পোৎ ওইনা, শেল ওইনা, পৈশা তরা ফাওবা চেঙ মেরুক অমা ফাও কুপ্পা হিসাব তৌরগা পিরক্ক-দবনি। ( থুনমক চৎখ্রে। চন্দ্র মমায় খংলুক লুকথৈ। অদুগা মমায় ওল্লগা কনাস্থু হন্না য়েংলমদনা ময়ুমদা চঙলক্লে, অদুগা শুমাং মচী অমদা তুমিন্না ফমদুনা লৈখ্রে। )

লু—লাউ ইবুংঙো, লাইরিক ঔরাইররো।

চন্দ্র—ইমা ঙাইখো। ঐগী পরিক্ষাগী লুপা ৫০ হুবু থিফম খঙদ্রিবরা?

লু—( শোম্থনা ) খঙদ্রি··· অদুবু····।

চন্দ্র—অদুদি কমদোনি? হয়েংনস্থু অরোয়বা নুমিৎনি!

( লুপ্রাবী চিন্তাগী ফিভমদা কমদোসিগে খল্লা ইমুংদা চঙখ্রে।

চন্দ্র মপান্দা ঙাহৌ ঙাহৌ চত্তুনা উপাই থিরি ! লুখ্রাবী ফিনুংদা পোৎ অমা পায়রকপগী ফীভমদা পরপ. পরপ. থোরকই ।)

(চিংননা) ইমা।

(লুখ্রাবী খঙলেপ লেপ্লী।)

কদায়দনো ? কদায়দনো ইমাবো ?

(রা ঙাঙবা তৌদনা ফিনুংদগী ময়োম অমা পুথোরকই হাংদোকই অমস্তং উৎলি মল্লবা ময়েক নাইবা, মাগীদি ফিরোল ওইরিবা ফনেক। চন্দ্রনা মমাবু মবেংজৃমদ। কোল্লগা পুশিনবিবে। অহুগা মফম হোংনা লৈবম্ব। ওজাগী মনাক তান্ন। লাকএ।)

(খুরুম্মী) ওজাবু।

ও—করি হায়গে হায়বা ?

(চন্দ্র হায়দোকপা ঙমদে।) করিনো হায়য়ুনে ?

চন্দ্র—ওজা, হন্দক্কী পরিক্ষাসি শোয়দনা থাজগেবা।

ও—(ঙল্লা) করিনোনে নঙনা হায়রিসিবো ?

চন্দ্র—(ইকায়না) ওজা ঐ পরীক্ষাসি থাবা ঙম্মোইদোরে।

ও—(ঙকচাননা) হায়রিসিবু পরীক্ষাগী ফিজগী রারনে চন্দ্রকংনাল।

চন্দ্র—মানি ওজা।

ও—নমাহুবু অহুদস্তু পুখৎপা ঙমদে হায়ব্রো ? অহুদি ঐনা পুখৎপা তারেদনা। চিংনরুনু ইচাসিদি লাইরিক চথোম্না তৌ।

( চন্দ্র ওজাদা খুরুম্মী। ওজানা মকোক্তা শিং শিং নানবী। )
ওজাগী বরদগী মকোক থোংবা ঈশ্বরনা পীনবিসন্নু।
( চন্দ্র চংখ্রে। ওজা হান্নগী ফিভমদা লৈ। )
অস্মুম্না ঐনা মঙোন্দা মতেংহুমা পীজখি। ইতোমদস্সু পূক্লিংদা মকা লাম্না পেঞ্জখি মরমদি মহাকসে ইমায় ওইনি খঞ্জখি। অওইবমক্তি লৈতবনা পরীক্ষা থাহোদবা থোক, মাবু মশক খঙলুবা ঐগী ইথৌ খঙদব ইরাল শীখিনি লৈবাক্রা ; মরাল লৈবস্সু ওইরমগনি ঐহাক।

লু—মহুগীদমক ওজাগী লমন তোঞ্জবে।

ও—চিংনদে, করিগীস্সু চিংননি। পাঙথোক্লিংলুবন ইথৌ তৌখিবতনি। থাইদোক্তে, লল তোনবশীঙদা চলহঞ্জরোই, ঐগী ধর্ম্মনি, পেন্দবদি নমা-নচাই শোন্থখিব পূক্লীং অদুনি, পাঙ্গল থোকঙমদনা হিসাব শুরকপ তাবদা শেন্দোন কোক্লবা কৈরাকপীগী।

লু—শিংদোক্লিংবগী পূক্লীং মাঙখিদে। অহুবু মতম খুদিংদা ইমাইচাই কোক ইপান লাংবা ঙমখিদে। হুমঃ ঐগী স্বর ফুনগৎলক্লে। বারি লোইশিন্নিংলে, কুইথগ্রবদি ঐ লীবা ঙম্নরোই। তাহোরে খুদক্তা ঐগী ইচা পরীক্ষা থাগ্রে। লোইথ্রদোবোই নীঙবা ঙানবীতোন মমা মচাই চক্রি অমুক নোংহৌনা শাংথ রকখি। ( কোম্থোং ময়াদ গুপ্তা অমস্তুং ঙানবীতোন লেপ্পী। )

গু—চন্দ্রকংনাল। ( চন্দ্র ইমুংদগী চোংথোরক্লনা চপ লেপ্পী মখোয়দ য়েংহুনা। খুদক্তা চন্দ্র কোম্থোং তম্না লাকই। )
হায়নিংবা হায়রো ঙানবীতোন।

ঙা— লৈকায়সিদা অনী তিন অহুম তিন ইমাম্নবা মবক্তস্ম স্কুলদস্ু।
ঐ ইকাযবনা শিদোবে। বদনাম অসি কোকহল্লু।

চন্দ্র—মতুগী রাকম অতু ঐঙোন্দা হাযগদবা নত্তমাল্লে, মবমদি ঐ
নঙোন্দা লানখিদে, নঙনতা লাল্লবোই খনখিবনি।

ঙা— অতুবু বদনামদি থোকখ্রে। মীগী মচীন মেল্লুবা ঙমব্রা ?

চন্দ্র—মীগী চীন্থোক খুদিংমক ওইথোকনবা হোৎন তাববদি তিংলি
সিবু মীরা ঙা লিবশিংগী দমক্তব ?

ঙা—ঐ নুপীনি, লেশাবীনি, বদনাম চাবা যাবা মতম নত্তে। খুদমদি
মতীক চাবা নিপা কয হাযবা লাকই ঐবু। নশুং-লাংগী
বদনামদা পূম্নমক হন্দোকনখ্রে। ঐবু ওইজবা শিৎহনবা যাবোই
বাখল মুন্ন তৌবিযু, থুনমক পাউখুম পীবিযু।
(ঙানবীতোন মমায শৎ ওন্দুনা চৎখ্রে।)

গু— ঐখোয সাক্ষীনি।

চন্দ্র—সাক্ষী।

গু—সাক্ষী। (চন্দ্র মথরাই শোকনা হঞ্জিল্লকই।)

লু— ঐ থাজব বাৎলি ইচানা ঙানবীতোনগা মবা লৈনকই
হায'সি। শাফু অতুগী চৈনাদা হৎদ যাদদন ইচাদা।

চন্দ্র—ঐবু থাজদব ইমা ?

লু—থাজববস্ু থোক্লকই রাকমসি কৈনো ?

চন্দ্র—ঐ খঙদে, কবিগীনো ঐ খঙদে।

লু— অতুব নঙনা লাল্লুদনা থোক্লকইবা বদনাম অসি করিদগীনো ?

চন্দ্র—ঐব কবিদা লানখিগে ? ইহান হানবমক্তদ ঐ যাখিদবনি।

মখোযনা তৌবিমল উৎলু চক্রি তৌবকপনি। উৎকম থোকপ্রা হায়না তম্বীকই। অদুবু ঐগী চনীংবৈ রামদা লেপ্লববদুদদি তম্বিখিদ্রে, ইকাই খাওদগী ঐবু অবানব শীবিদুনা মথক-মখা ওন্নবে। অদুদগী মৈশা কোক্লিভৈ হোজিকনা অমুক বদনাম ফবে, অদুস্মু ঐ খন্দ মবমদি ঐ লান্দে। অদুবু কবি দম-কাবনো—মখোযগী কবি অর্থনো সিবো?

লু— নমহুন লৈবা পাস্মি ডানবীতোন্না নচান্দা নুশিজহুনমক তৌবিব্রা?

চন্দ্র—ওস্তোপনা ইকাযখ্রেদ? ইমা ঐ থাজৈ, নশিববু ঐ থাজৈ। অদুবু ঐ চমন্নে ডানবীতানগী মিংযে, বাঙা নুশিবগী বাশি যাওদে, ঐঙোন্দা অর্থ থোক্কে। ঐ যানিংদে শুকযা যানিংদে ইমা।

ও— ওইজবা যংদ্রবদি মখোস্মু থে নত্তে চেল্লিবী কৈবাকপী অমস্মুং ডানবীতোন, কান্ননি থাজবমবদা শীংনবল্লিবদো লুখ্রা মম মচাদা লৈবাকমচাশ। মাঙখ্রে, মুৎখ্রে ধর্ম্মগী চৈবাক। অক্ষ-ফত্ত মাইকৈ ককঙওনববী ডানবীতোন মমা-মচ মনীং তমম্বা মপুক্লিংগী যাওন্দ অনীংবৈ মখা পোনখ্রবা কনাগী পুক্নিংনু থওই উশিৎপিকদবৈ মীগী নীকিব খনবিকদবৈ, ওইবক্লিবা ফলদি ৩ৎনবি মবী মগা অমগা। তাঃ থাজ-বদো মীওইবা থাজবদ, সমাজ অমা লিংনা লিংনা অশোব শক্তমদো মাঙখ্রে, লৈমাযথক্তা যুম্নোন্নবতা মথং মথং হিং-মিন্নবৈ, মহাওদি চেন্দ্রে খল্লি।

লু— ঐ খুঙই ঐগী ইচা মথংগি নুংঙাইখিদে মপুক্লিংদা মওল মওল খনখ্রে। তহী অমা শুক্লা মমখ্রবা মালেম অসে তম্ন-লাইগী চাক্তাভমদোনা কবিগুম্বদস্তু তাংকখি মবম মায়কৈদগী মকুনা কিহল্লকপা।

লু— কৌক্রুদগী ওইনা পূক্নী নুংশিহল্লকপ তাও মতমহুদ ইচানা মচীন থোরা শুকথবকখিবা। ঐসু তুম্বা খান্তুনা মপাল থোবকখি। ইচানা হাযবকখি

চন্দ্র – কান্নদে ইমা চংলসি, পূম্নমক খল্লগুমসি। ঐখোয শোম্বমনখ্রে। তয়েদি পরীক্ষা হায়দোকনি হায।

লু— ইশ্বরন মঙ্গল পীনবিসনু। অতুগা হৌজিক কুইনা উখিদ্রবা নপানা ইনাক্ত লাক্লম্মী, হংঙৈ ইচাই মশক অমুক্তা য়েংগে ইথাদা কোন্দুনা হিপমিন্নবিবা ইচাবু য়েংহনগে লৈথোবকপদ হৌজিক্তা খোম চুপ্লম্বা নঙসে মাঙখ্রে, লৈবমদ্রে। কপমিন্নবে নপাগা ঐগা, মঙফাওনবকপদা অহুমক তাইবদা কপ্লম্লে ঐসে।

চন্দ্র—চৈনা ফাওরবা শোম্বকক্লবা মীগী হোনবনি চঙঙসি ইমা। ( চন্দ্র ইমুংদা চঙখ্রে। )

লু— ঐ ইচা ঙাইরি। পরীক্ষা ফল য়েংব চৎখিবনি। হল্লক্তি। নুমিত্তি রাতোল লোমখ্রে। কেদৌববনো চাকস্তু চাখিদ্রি। ঐ পোথাফম খঙদ্রে! করিগীনো ঙসিদি ইচিক চিকখ্রে, ইহাং হাঙখ্রে ইমুং অসে। পূক্লিংসি ইলৈ লৈতাদেদকো। ( চৎলি. কোম্বোং ফাওবা যেলুই লক্ষ্মীবোমদা, হঞ্জিল্লকই )

মশীং থিঙমদ্রে হঙ্গৎ হন্দা অসুম্না চৎপদা। কুইনা কম্নিংদে শিন্থ। অমত্তু পাঙদে।

(লুশ্রাবী ইমুংদা চঙখ্রে। চন্দ্র মথরাই হবাওনা মায়থোং মকা লান্না লম্বীদা লাকপ। উই গুণ্ডাশিং ফন ফন চোং-থোবকই লম্বী থৎলি।)

গু ১ হাযম্ন নচ ভানবীতোন লৈগদৌবিব্রা ?

গু ২—লৌবোইদৌবিব্রা ?

গু ৩—লৌশিল্লু বুহু

গু ১—নবাইবক থম্বাল শাৎপনি খঙঙু।

গু ২—নুপী মানমল্লি।

গু ৩ -লৈশাবীনা পাখঙদা থেমহনবা হৈনদে।

গু ১—নিপাগী ইচৎ মাঙবনি।

গু ২—ইস খম্বনিহায।

গু ৩—লায়ব মচা খম্বা।

গু ১—থোইবীনা থেম্মিবা।

গু ২—তুকচৈ। (মতিন পিৎ কাপ্পী।)

গু ৩—লৌদ্রবদি খঙঙু।

গু ২ অমসুং ৩—ঐখোয সাক্ষী।

(গুণ্ডাশি নোকই ফাক ফাক চন্দ্রগী মখোইদো শিরু, চন্দ্র শাউনিংবনা মশা থক থক নিকই।)

লু—(ইমুংদগী চেস্থোরক্তুনা) লাক্লব্রা ইবুংঙো লাক্তিবরনে। ইবুংঙো ইবুংঙো। (চন্দ্রনা মমাগী মখোল তাবদা অশাওবা ফাথনবা হোৎনৈ, মযুম তম্না লাকই।)

চন্দ্র—ইমা ঐনা ফাষ্ট তারে --ইউনিভার্সিটিগী ফাষ্ট ক্লাস ফাষ্ট।

লু— ইচান ফাষ্ট তাববা। (চমখৈ লৈতনা হবাংরে) নুংঙাইবা পাউ অসিদা তাহনবিদোগী মপা। নঙনা ঙবাং ঐগী মঙদা ইচা য়েংগে হায়বল্লিবা। (নোর্ম শোয়া মমিত্তুগী মপি শিন্নবকই।) নঙগীদি নুংঙাইমিন্নবা ফদ্রবস্তু ঐদি নুংঙাইরে পেল্লে। ঐ নুঙাইরে পেল্লে।

(ঙকনা) কবিগীনে নঙনা নপি তাবিবদি?

চন্দ্র—কৈস্তু ভোদেদা পুক্নি নুংশি তৌনি।

লু— হবা নুংনব ইচাসিদি। লাকও চাক চাকুবসি ইমা চাক থিকুবগে।

(লুখ্রাবী ইমুংদ চংঙখ্রে, চন্দ্র শুকথনা লেপহৌবি। চশাঙবগী মেবিলক্ত গুণ্ডাগী খাক খাক নাক্লকপা খুংনোক তাবগা খাঙঙমদনা লাবে। লেপকম খঙদ্রে। মমিংনা গুণ্ডাবোমদা ঈ কান লেই। অমুক হন্না মখোয়গী মীনোংব তানি লক্লুবদা ফিরেপ অমা লৌরে অমস্তুং য়েন্নখাবোমদা চেনশিন্দুনা ফক্লাংদা ঙাবস্থ পাজো মখুৎ চেৎনা পাযবগা চেস্থাবকখ্রে। খুদক্তা পেন্দবগী মবোয়বা খোল্লাওদা গুণ্ডাশিংবু থাঙয়ান অমুক মুক্তা তুনবা যানখ্রে লুখ্রাবী চেস্তাবকই, চপ লেপ্পী।)

(নী শিংলুবগা পেন পেন) ওজা ঐগী ইচাদো...... !

ও--লৈবাক মচাশা! চন্দ্রকনালগী মবাইবক ওস্থোকনা থুনা মী-হাৎপা ওইখ্রে। তম্নবিবকপদগী মতমগী তম্ন-লাইনা!

(ওজা লুখ্রাবীদগী বিদায় লৌখ্রে। লুখ্রাবী নীংশিংলি অমস্তুং পে পেতুনা—তবংদা লেপহৌবি।)

# য়াওগদবা মীওই

নিপা—

১। লীলা ইবা

২। লম্বী চৎপা

৩। ভদ্রলোক

৪। মীহাৎপা

নুপী

১। লীলা ইবগী নুপী

# বস-ষ্টোপ

ফম্বাক -মনীঙদা অতিয়া উৎপা সিন অমা থাদৈ। যেৎথংবদা ফুট ৪ বোম রাংব টেবল অমা, মতুংগী মথক্তা টুল অমা। টেবল অতুদগী লৈমায যোবক্তাও থাক থাক নাইন কুমথবককম লৈ। থাক খুদিংদা লাইবিক হাপ্পবা কাংথক অমদা তৌবগুম লাইবিক পবেং পবেং থমগনি। ওইথংবা নাকন্দা উপাম্বী অভাঙবা মনা অমা অনীতমক পানবা অমা হৌবি 'বস-ষ্টোপ' হাযনা ইংগ্রেজী অচৌবা মম্নেক্ ইবা প্লেট অমা উতুদা থেৎলি। উখোঙদা ক্রোক-ক্রোক লাউবা নমঙা য়াওববা উগী বেঞ্চ অমা লৈ। ওইগী তুংদা শোঙলবা মাংশো অমা লেগনি।

মতম—নুমিদাংবাইবম।

ফীজং হাংদোক্তুনা মৈ কাপ্পা মতমদা লীলা ইবা টেবল মথক্কী টুলদা ফম্লতুনা নোটবুক অমদা কলম্মা কবি কবিনো খব লেপ্পা লৈতনা ইবি। অচোনবা অমুবা গাউন অমা লীৎলি। মকোক তাওই, মকোক চোম্মই। মাগী নুপী নহা ওইরিবীনা টেবল মখোঙদা লৈমায়দা ফমতুনা শাউনা রা ভাঙলি। নুপীতু মতমগী নুপী মাম্না ফি শেৎলি।

মশম ইচাই চাইনা লেংবান্দা থাদৈ। ফুরিৎ অমত্তুং লীৎলি, কি ইন্দে। হকচাংগী অকুৎ-অতাং উহন্না ফি শেৎপদুনা মহাকসি কামনা থুদুম চল্লবী নুপীনি হায়না খঙহনগনি। নুপীদুগী মনাক্তা তখায় অমা য়াওবিবা য় লীক্লি অমগা গ্লাস অমগা লৈ।

নুপী—(শাউনা) ঐ তল্লে, ঐ তল্লে,

মপুং ফানা তল্লে ঐ,

লৈমিন্নবা ঙম্লবোই নঙগা, শুকঙম ঙম্লবোই।

ঐগী অপাম্বা দাবী নঙনা থুংহনবা ঙমদে

খাইদৈ মতীক চাদবা নিপানি নঙ

মীহো চাউই, খম্বন চাউই নঙ

ইনীং ভৌনা অপাম্বা লম্বী চৎচবা ঙমদে

নঙগী যুমসিদগী চৎলনি ঐ

খাম্লনুকো নিপা, ঐ চৎলনি।

(নিপাহুদা মুন্না য়েংই, ঙাইহাক্ত রা ঙাঙনদে। নিপাহুদি কবিমতা থোওইকদনা অদুম ইবি। নুপীনা গ্লাসতা খব হৈত্থনা থক্লগা—।)

কৈদৌরে ঐনা ঙাঙবদা তৃমিন লৈবিবদি?

ঐগী রাগী পাউখুম পীত্রিবদি?

লীলা ইবা—নঙ অস্থুম ঙাঙঙু, ঐ অস্থুম ইগে।

নঙনা ঙাঙলিবা লাউবিবা, খোঙলিবা

ঐগী লীলাগী মচাক ঙাক্তনি, লীলাগী রাহৈ ঙাক্তনি

নঙ অস্থুম ঙাঙঙু, ঐ লীলা ইগে।

নুপী (শাউনা হৌগত্তুনা) লীলা! লীলা! লীলা!
কান্নদবা রারেম থোরেম।
লীলা ইবা, ঐ রা অমা হায়গে, য়েংঙোই ঐ খঙলে,
নঙগা ঐগা সহরগা খুঙ্গংগা শন্নবা লম্বী মপানসিগী
য়ুম অসিদা লৈমিন্নরকই।
অদুবু ঐ খঙলে,
মী অমী লুহোংদুনা লৈমিন্নবা হায়বসে
নোং চুরক্লুন উখোংদা ঙাইহাক থুপমিন্নবনি।
য়ুমসিগী মখাদা লৈমিন্নববস্তু নঙ ঐ
শকখঙনববা লমলানবা ঙাক্কুনি, নত্রা মকুপ?
(লীলা ইবনা ঙকনা য়েংই।)
নঙগা লৈমিন্নবা তল্লে,
সহবদা চৎলগে ঐগী হান্নগী লৈফমদ
ঐগা নুংশিননবা নিপা অমত্তং থিবা কুইরবনি।
ঐ চৎলগে সহবদা—(ঙাঙনা ঙাঙনা টেবল মখাদগী স্যুটকেস
লৌথোকই। কোট লীৎশিল্লি।)

লীলা—(ঙকনা) ঙাইখো নুপী, নঙ ঐ থাজনবা ফে
তাইবংপান অসি ঙসিমক লোইশিল্লসিরাও?
তাৎ ওইরবস্তু নুপা নুপী ওইনা য়ুম পানমিন্নখিসি
অদুবু সমাজ কৌই, ঙাইখো।

নুপী—মতম লৈত্রে (খুদাং ঘড়ী য়েংই) পুং মরী তাগ্রে,
চৎলগে ঐ সহরদা বস লাকপা মতম য়োরে

লীলা ইবা লৈহৌবা।

( স্যুটকেস পাইখৎলগা চৎখি অদুগা বস-ষ্টোপতা লেপই।)

লীলা—হুম মতমগী নুপী (স্বর মপী হোম্বরগা ইবা হৌই।)

কাম্নদে নুমিদাংবাইগী অঙাঙবা নোংজাবী য়েংনবা চীংয়া লমহাংদা চৎলুখিগে।

( অপ বাইটতা চঙখি। নুপী অদুদি খুদাংঘড়ী তোয়না য়েংদুনা বস লাকপা ঙাইবি। ফালদা স্যুটকেস থমই অমসুং মহুদা মোন খাঙদুন ইশি শিনা তুমথোকঞ্রে। মিকুপ খর লৈবগা টুপী উপ্পা গ্রেটকোট লীৎপা খুত্তা বেগ্ পায়বা লম্বী চৎপা নিপা অমা দাউন বাইট লোমদগী লাকই। হীপ্পিবী নুপী অদুবু হায়ফেং য়েংলম্লগা লেপ্তুনা খুদাং ঘড়ী য়েংদুনা বস লাকপা ঙাইবি। লেপ্পদা কপ্পাক চোক্লদুনা ফম্ফমগীদমক্তা নুপীদুবু হোদোকই। মনাকোং ময়াদা কৌই।)

লম্বী চৎপা—হেলো। তাবিবিব্রা? হেলো-হেলো—ওঃ।

নুপী—( খংপ্রেক খংন মমিৎ পাঙদুনা) কনানো? নঙ কনানো?

লম্বী—( ইথৌ থৌওইদনা) হৌগৎলু খিব্রা ফমগে।

নুপী—( অদুম্মক হীপ্পি, থৌশাদে) নঙগী ফম্ফম লৈতে।

লম্বী—এঃ ( ঙকচানৈ )

নুপী—লৈতে লৈতে নঙগী ফম্ফম লৈতে।

লম্বী—ঐগী ফম্ফম লৈতে? অদুগা নঙগীদি হীপফম লৈ?

নুপী—( হৌগত্তুনা ফম্লগা) ঐগীসু লৈতে

ফম্বদি ফম্মু। অদুগা নঙসু ঐসু বস ষ্টোপসিদা

খোঙদাকম মচেৎ অমতা লৈঙে মসিদি অচুম্বনি।

কম্মু। কমসি। রায়ত্তুনা কমসি

নঙ ঐগীদি খুসি তৌবা যাব মক্কম।

লম্বী—(মুন্না শুক্কা য়েংলগা) নহাকপু কনানো?

নুপী—হা-হা-হা? ঐবুদি ঐনি ঐ-ঐ-ঐ।

ইশা অসি ঐগী—ফিজোল অসি ঐগী........।

লম্বীচৎপা—(স্বর হোম্বগা মথন্তা নোকক্লৎ তৌদুন) ওহ।

অঙাওবী ওইরে—খঙলুদ্দেনা—। হম—।

নুপী—(হোৌগত্তুনা) নঙদি কনানো?

লম্বী—ঐবুদি লম্বী চৎপনে।

নুপী—লম্বীচৎপা? চৎপনা নঙগী নাথো?

কদায়দা চৎলুবা? কদায়দা হনগদবা?

কদায়দগী লাকপা? কদায়দা চৎকদবা?

লম্বী সহবদা চৎলুবনি, হৌজিক্তি হল্লগে যুমদা খুঙ্গংদা।

নুপী—ঐনা সহবদা চৎকদৌরিবা। (অনীমক মীকুপ খবদং

তুমিন্না লৈ)

অনীমক—গাড়ীসি লাক্লেদা।

লম্বী—অঙাইবা মতমদি শাংবনি (অসি হায়বগা চুকপ উপুদগী মচৈ

অমা লৌথোক্লুন চমই)

নুপী—নঙগী চুরুপতু মচৈ অমতা থাক্লে। (খুৎ তিংথোকই।)

লম্বী—চুকপসি ঐগীনি। ঐগী পৈশানা লৈবনি

ঐতনা থল্লবা নঙগী শকক যাওদে। (উপু খুমজিল্লগা

ফুরিংখাউদা হাপচিনখি। নুপীচুম্বু মাগী কোট ফুরিখাওদগী মচৈ অমা পুথোরকই।)

নুপী—চুরুপ অসিমনা ঐগীনি, ঐতনা থকনবা।

লম্বী—মানি মহুনা নঙগীনি।

নুপী—উম মচুদি চপ মান্নে। অঙোবা! অঙোবা!
নত্তে লম্বীচৎপা!
মচু পুম্নমক অঙোবদা শঙলগা ওইরিবা নত্রা?

লম্বী—নঙবু কনানো?

নুপী—নঙগী মিৎনা উবিবা অসিনি, বিভুলা চুববা উংজা পুরবা হৈনিংদবৈ মপুন অমা, মন-অনাগী অকনবা চৈনাদা পোত্থাবা ফংদ্রবা?

লম্বী—(হেন্না খঙনিংনা) নঙগী যুম্বু কদাইদনো?

নুপী—স্বাইদা সুম লৈ (খুদোম্বী থীন্দুনা) তু নীঙখায়ববা যুম অসে!

লম্বী—(য়ুমচু য়েংলগা) ভাবাদ লৈব্রা?

নুপী—উম, অচুমক হায়ব য়াই।
অরায়বা, অরায়বা, অরায়বা ঙাক্তনি
ভারা য়ুম খঙলেদনা?
ঐগী অমত্তা নত্তে।

লম্বী—কনাগা লৈমিন্নৈ? নতোমতরা?

নুপী—অতোপ্পা অমগা লৈমিন্নৈ।

লম্বী—কনানো অতোপ্পচু নঙগা করি থোকনবগে?

নুপী—ঐগী নিপানি লীলা ইবা।

লম্বী—লীলা ইবা?

নুপী—উম। হৌজিক্তি কাযনবে। সহবদা চৎলগে হাযদুনা
থোরক্লবনি ঐ। (মৈখৎ খেক্তুনা চম্বিদ্রে।)
লম্বীচৎপ, না অমতা হাযগে
ঐ হৌজিক ঐগী নিপাগা কাযনবে
নঙ ঐ নুংশিনবসিদনা?

লম্বী (ঙরা) নুংশিনবা? হুম ঐ তল্লি।

নুপী—অদুবু কবি লৈবপোৎনো। নঙ ঐ
নুংশিনরিবখৈ সুম লৈমিল্লসি চাদুনা থক্তুনা কোযদুনা
নুংশিনবগা কোক হেক কাযনসি।

লম্বী—হুম ঐ তল্লে। নুংশিনবা নুপী যাম্মন্দুনা
মশীং থীব পাবে—ঐ হৈনিংদ্রে
নঙগুম্বী নুপী অমবুদি
শেল লুপা অমনা চন্না নুংশি ঐদি।

নুপী—কবে তল্লগা তোক্লে'।

লম্বী—(ঘড়ী য়েংদুনা) পূংদি তাশিনখ্রে
ফনা কুইবে ঙাইরিবসি—বস লাক্লে।

নুপী—হৈনিংদ্রবা বস ঙাইবৈ মতমসি রাবী শাদুনা লেনসি
ঙাইখো লম্বী চৎপা। নংবু সহবদগী লাকপনি হায়বদাই?

লম্বী—উম।

নুপী—মশী লাকঙদ্রবা থাঙনাও পাল্লবা

রাংবনা অতিয়া খেৎলবা চলাজশিংগী মথাদা লৈরিবা
ডাররিনগী মচা মশুশিংহু কবম কবম পালহৌবি ?

লম্বী—অবেম্বা মপৈশিংদো ?
পংলাউদা লাউই—আইন, শাসন, শক্তি, পোলিসি
মসিগী বাদ, মহুগী বাদ, অমুক্তোয়বা নাকোং চেখাই
চয়েৎনৈ, য়েৎশন্নৈ, য়ানশন্নৈ।
অমা তরা চামা লীশীং লখা হাত্তোকৈ
দাবী ময়ামগী মহৈ মহৈ তকশিন্নবকপগী
লোইনাইদ্রবা লানফমদা।

নুপী—কনানা জয় ওইহৌরি ?

লম্বী—অশিবগী মবুক্তা শিগদোববনা ফমহুনা লৈহৌই।

নুপী—(স্বব মপী) চায়েৎনবগী মপৈ।

লম্বী—পুন্সিগী তঙাইফদনা 'চঙদবা য়াদ্রবা'
অমসুং 'নাম্থোকপা য়াদ্রবা' হায়বসিগী
মৈশা লাংবদা নু-পান ওন্না খাঙলবগদবা মীওইবনি।

নুপী—পাকচাওরবা মপৈসিবু কনবা পান্নবদি
মঙোন্দা হংবা তাই—

লম্বী—কনাদা ?

নুপী—ঐগী নিপাদা—লীলাইবহুদা।
(অকিবা মুউঙ্কি)

লম্বী—(কিনা) ঙসি নঙ ঐগী থরায়বু মখোয়না
প্রলয়গী খুদম মাঙজোননা পীহুনা তনিকহল্লিবসি করিগীনো ?

নুপী—মশানা মশাবু য়ৈখায়ব ভমত্রব
লানবল মনুংদা লৈবে খঙ্গবগীনি।
কাং-খোং চাইরবা মপৈসিনা ঐখোয়বু হৈনিংদবা পোকহল্লে
ঐখোয়গী থরাযবু পঙথহল্লে
পঙথহনবদগী পঙলে ঐখোয অনীমক।

লম্বী—অপঙবী '

নুপী—অপঙবা '
(মিকুপ খবগী মতুংদা কী নাম্না শেৎপা চীং লেম্নবা ভদ্রলোক
অম লাকই, খুদা' ঘড়ী যংদুনা।)

ভদ্রলোক—খুরুমজবি মরুপশি
বস লাক্কদবা কয়াম রাংলিবগে?

নুপী, লম্বী—বস ষ্টোপসিদা মী কয়া লাক্লম্মী
ভাইহাক ভাইহাক ভাইবম্মী, অদুগা চৎখি।
ভাইদা ভাইবীযু বস শোয়দনা লাক্কনি।

লম্বী—কদায় লোৌবীগদবনো?

ভদ্র—সহরদা।

লম্বী—ঐ মফমদুদগী লাকচবনি
ঈরাং ওয়াঙ্খোক্না কলহৌবি
শরুগী মিত্তমশিংগী লীলা
ঈগী তুরেল খোঙনুংদা।

ভদ্র—করি?

লম্বী—প্রলয়নি প্রলয় ।
ডারকিনগী মচা মশুশিংগী মবক্তা মখোয় মশেল লাল শোক্লবে,
ফীভম ফৎচিল্লক্তে ' য়াম্না শাথিবে !
(নুপীছুদা) কমদৌনি ঐখোয়
মফমসিদস্তু লানগী মৈরী হুয়ক্লবদি ?

নুপী—মহুদি শোয়দবনি । (হাকাম চল্লি । )
পুন্সিসে হৈনিংদ্রে তল্লে, মরূপ তুম্মগে ।
হকচাং লংচাকসি পাওনদেমগা লোয়ননা
কৈদৌউ হুনখিনি খঙদ্রে ঐ
তন্দে-মান্দে ঙায়খগে । (বেঞ্চতা ঙাথৈ । )

লম্বী—( হৈনিংদনা ) উপাই লৈতে
মতমগী বোমগী মৈনা কনানা শৎকনি ?
থরায়সে নীক্লা নীক্লা
থম্লানা ঙামথবা ঙাইবা তাই । (নুংশামপী । )

ভদ্র—করি ? পুন্সিবু করি হায়বা ?
অহিং নোংয়াইগী মী তাকপ্রবা কৈথেলনি হাযনু
উচান মৈরা চম্মগা চেঙ-হরায় খুল্লুচো
নোংথাং অমুক কূপ্লকপদা পৈশা তাবা উনি
লৈতানগী য়ুমসে তুনিংবা মতমদা তুখিবা য়াই
লৈত্তেংবদি লেপকনু অনৌ অনৌবা লৈত্তেংগী পোৎলম্না ।

নুপী—অকিবা ফংলবা পোলোই অমগী মাওজোননা উৎলকপা খুদম্না
মোংকমগী লম্বীয়োমদা চিংলক্লবদা ।

কৈদনো পোত্থাদোবিবা মরূপ ?

নুপী তমস্নং লম্বী - (পূম্বা) শিবা ঙাইজরি ঐখোয়
তল্লে তল্লে হিংবা তল্লে।

ভদ্র—(নোকই) হা হা হ' শিবা ?
নুমিৎনা তাথ্রগা মম্বা।
তমম্বগী পান্দমদা করি পাখোং ফোঙ্গদোরিবা ?
শাথিনা ঙাওবগী রানি '
উপাই লৈবি, ঐখোয় অত্তম্মক চৎসি সহবদা।
অশোক অন, লায়কল্লবা অপূনবা কাংবু অমত্তং শেমত্তুনা
অশোকপশিংগী সেবা তৌরুসি।

নুপী—সেবা তৌরুবা! লাইয়েংতুনা হিংহনবা ?

ভদ্র—মহুনি। মহুবু মী—ওইবা কৌই।

নুপী—কনানা কনাবু য়েংনদনা, মী মশানা
মী ওইবা তোকচরগে হায়রবসিদা
করিগী সেবা ? দরকার লৈতে।

ভদ্র—নখোয় অনীস্নু মী ওইবা তোক্লীংলে, নত্রা ?

অনীমক—উম।

ভদ্র—আঃ! ঐখোয় মীওইবগী দশাদি মী ওইবা লেপখিবা অসিনি।
ঐখোয় মতম পূম্নমক্তা মীওইবগী মগুণ মাঙথরকপগী খুদোং-
থীবগী চৈরক্তা হিংজি।
অম্বুবু মরূপশা! চাবি লৈখত্তনা হিংখো।

নঙস্থ ঐস্থ বস-ষ্টোপসিদা বস ঙাইরিবনি
লাক্কদ্রা লাকওইদ্রা, ওইগদ্রা ওইরোইদ্রা
মসিদা হিংনবা ঙাক্কি। চৎলুসি কৈদোগে
ঐগী মরূপ কয়ামরুম সহরদা লৈহৌই
ঐ মখোয় য়েংবা চৎকদৌরিবনি গুলি মরক্তা।
(মতাংসিদা টুপী উপ্পা, মচুগী অনোক উপ্পা নিপা অমা দাউন রাইত্তগী চঙলকই!)

নিপা—(ভদ্রলোক্তুদা) খুরুমজরি।
সহরদগী পাউ অমা চেল্লকই অদোমগী মী অমন।

ভদ্র—করি পাউনো?

নিপা—অরোনবনি, স্বায়দা চংখোকপীবকউ।

ভদ্র—হোয় য়াম ফনি।
(ভদ্রলোক অহুগা লোয়ননা দাউন রাইট লোমদা চখোকই খঙহৌদনা নিপাহুনা ভদ্রলোক্তুদা থাঙনা থীল্লি। ভদ্রলোক্তু অরাবা খোল্লাউ অমা লাউরম্লগা লৈমায়দা তুথখে। নিপা অহুনা ভদ্রলোক্কী থবাক্কী ফুরিৎখাওদগী খাওমচা অমা লৌ-থোরকই। মহুদা য়াওরম্বা নোটশিংহু মশীং থিরগা ফুরিৎখাওদা হাপচিল্লি। অহুগা থাঙ অহু শত্তোক্লগা চৎখি। তৌরিবা খিবিক অসি মুপীহুগা লম্বীচৎপগদি মাগী মাগী ফম্ফমদগী লেঙদনা তিঙক তিঙক য়েংহুনা লৈনৈ।)

মুপী—নমাঙমক্তুদা মী অমা থাঙনা খিল্লবদা
তেংবাংবিয়ু হায়না করিগী লাউদ্রিবনো?

লম্বী—মীহাৎপা যাত্তুনা ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা থাঙনা অমুক খিল্লম্ববদি ?

নুপী—ঐখোয় অনী শুবিবনি
লাকচহনখিবসি চুমদে।

লম্বী—নঙগী নয়ুমগী শুমাংমক্তদ
মী অমা হাত্তোক্তুনা থনম্লে, চৎলো
হৌজিকফাও পুলিশতা তাকউদ্রিবা করিগীনো ?

নুপী—ঐখোয় অনী চৎমিন্নকসি পুলিশতা।

লম্বী—নত্তে নত্তে, হয়েং সাক্ষী ওইনা
কোর্ট কাবা ঙম্মোই ঐ।

নুপী—যাত্তুদি ঐসু সাক্ষী ওইনা কেশ অসিদা চেন্নবা পামদে।
( চাইহাক্তং তুমিন লৈনৈ। )
তোয়দা অশিবসি শিজবসনু
নঙ ঐগী থৌ করিমত্তা লৈতে। তোকখোল্লকসি
কনাদসু তাল্লগুমসি। করি হায়বগে ?
ইশাবু অমদি ঐগী মরী-মতাবু শোক্ত্রবদি
মী হাৎন-শুনবসিসু নুংঙাইরবা কুম্মৈনি।

লম্বী—রাখলদু য়াম্না ফৈ। খঙদে হায়বগা লোইরে
নঙ ঐগী থৌ করিমত্তা লৈতে।
(চঙশিন্দুনা অশোকপদু মুন্না য়েংই।)
শিরবা জাৎনি মাসি।

নুপী—( চঙশিল্লক্তুনা য়েংই। ) শিমিং শিজসনু। অশিবা মশাসি

লংজা কাকী চৌঙাক ওইজখিনি (মুন্না য়েংলুরগা)
শিরব্রনে? শিদ্রিমাল্লেদা!

লম্বী—শিরবা জাৎনি।

নুপী—চাউথোক্না হায়গে মসি শিদ্রি।

লম্বী—শিরে।

নুপী—শিদ্রি।

লম্বী—শিরে হায়মী।

নুপী—শিদ্রি হায়মী।

লম্বী—লুপা ১০ থাবে নিপাসি শিরে।

নুপী—লুপা ২০ না চাবে নিপাসি শিদ্রি।
(পৈশা পুথোরে, লুপা ৩০ দু অশোকপগী মথক্তা থমই।

লম্বী—ফবে, ফনা নুংঙাইবা খৃৎশান্না অমা ওইরনি।
শিব্রা শিদব্রা য়েংনহুনা হৈনীংদ্রবা
বস ঙাইবগী মতমসি লেনবা তাই।

নুপী—কৈ মহু কৈ, মিনিট মঙাগী মতুংদা
শিব্রা শিদব্রা মশা মশা পায়বগা য়েংনসি।
(তনীমক ঘড়ী য়েংনহুনা মতম ঙাইনহুনা লৈ। ঙাইহাকী
মনুংদা ভদ্রলোক্ত নাহেরকই।)
য়াম্না ফবে, ঐনা ঙম্লে। (পৈশা লৌই।)

লম্বী—ঙমজরো, অহুবু মিনিট মঙাগী মতুংদা
শরূ মপুনসিদগী থরায়হু মপান থোকথ্রনি।

নুপী—নত্তে নত্তে, ঙসি নোংমা নিনি কাও মসি শিখিরোই, লুপা
১০ থাবে

লম্বী—২০ না চারে।

ভদ্র—আহ! খনাও অসি খ্রক খ্রক কংলে,
ঈশিং যাউম অমত্তং, মকুপ। ঈশিং……..

নুপী—হোয। ঐ লোকুগে (চৎকে তৌই।)

লম্বী—(খাম্মী) নত্তে মহু য়াদে, নঙনা ঈশিং পিথক্লবদি
মসি মিনিট মঙাদগী হেন্না পুন্সিখিনি
ঐগী পৈশা মাঙগনি।

নুপী—উম, মহু চুমই, কবিমত্তা পীজবা যাদ্রে।

ভদ্র-(বাবর খোঙ্জেলদা) সভ্যতাবু হু চেলহল্লিবা
সমাজগী থনুংবু লেকা চুহল্লিবা,
মছিন! মেছিন! হংগী মী!
কার্টুন! কার্টুন! কার্টুন মী!
রাখল অদুবা? অদুব
নঙগী লানঙম পজে ফীবাল?
**In the last days perilous times shall come**
**For men shall be lovers of their own selves.**
**(II Timothy 3: 1-5)**
নখোয অনীনা মীওইবা তোঙ্গুগে হায়বহু অসিবা?

লম্বী—হা হা হা! শিবমদাইগী চোইবোলনি।
বাইবলগী রাহৈ পাবেংলা হাযখ্রিবদো?

হা হা! বাইবলগী কোপী অমদগী
ত্রান্দি লীক্লি অমনা হেন্না মমল য়াম্মী।
( নুপীতুগা নোকমিন্নৈ )

ভদ্র—অর্থ য়াওদবা মম্নি থনমদবা, চোইজাইনরবা পুন্সি
অপঙবা অমনা তম্বা য়ারী, থুনা মুৎচখিদবা খোইরু-থাউমৈ
নহাক মেছিনগী কমুংদা হাকাম চল্লি
অসুম পাথরকই—অসুম—
নোংমদি মিহুন পুমলেপ লেপখিরোইদ্রা?

নুপী—( মাইথোংদা অহোংবা অমা লাকই ) লম্বী চৎপা?
ঐগী পৈশাসি লৌবো, অতুগা অদুগা...
মসিবুদি ঐহাক কল্লগে—।
ডাক্তরখানাদা পুরগে—।

লম্বী—( পৈশা লৌদুনা ) কয়ে। নঙনা পাম্বা তৌ।
( নুপীদুনা অশোকপতু কোন্দুনা থাগে
তৌই। মচী লেঙবা ঙমদে। )

ভদ্র—( অকিবা তুজুংবা মীনোক ) হা হা হ!
হে মীওইববু নুংশিবীবা মী।
খোংলি গো-গো চীকপদি ঙমদে।

নুপী—( লম্বী চৎপদা ) মরুপ। অমুক্কা তেংবাংবিয়ু
নঙ ঐ চঙদুনা য়ারবসিবু লায়েংশঙদা পুসি।

লম্বী—নঙ ঐগী অতভাই নৎতে তোকথোক্লোদা
ঙাইহাকী মনুংদা শোয়দনা শিজরনি।

ভদ্র—নঙগী অকোয়বগী ফিভমনা নওবু শুমহৎলি
ঙাকথোকই, য়োকখৎলি, কিহল্লি, মাঙহল্লি ;
অদুবু থঙইরুনু মখোয়বু।
নঙগী রাখলগী চীক্লবা কা মনুংদা
ফিরেপ অমা লৌরগা চোংথোরকউ থোরাং অমগা লোয়ননা।

লক্ষ্মী—শিরমদাইগী চোইরোলনি
হৌজিক নুমিৎসু তাশিল্লক্লে বসসু লাক্লে
ঐগী খুঙ্গং তান্না হল্লগে—কায়নরসি মকপ
( চৎকে তৌই। )

নুপী—অমুক্ত ঙাইখো, ঐন হায়ববি
অশোকপা মী অসি ইতোমনা থাংবা ঙমদ্রে
ঐগী য়ুম মনুংশিদা অমুক্ত থাংজিনমিন্নসি
অহিং চুপ্পা মাবু ইথন্নতা লায়কনজহৌগে।

লক্ষ্মী—ঐগী পুন্সিসিদা পোৎলুম পুবা হৈনদে
অদুবু নঙনা মাবু কনবা পাম্লবদি
ঐ য়ুম য়ৌরুখিগে, হয়েং অয়ুক ঐ লাক্কে
মহু ফাওবদা শিবমগ্রবদি
কৈ মাবু লায়েংশঙদা পুসি
ঙসিগীদি কায়নবসি।
( অশোকপা অদুবু কাল্লমহুনা দাউন রাইত্তা থোকখি। )

নুপী—মরুপ! মরুপ! মরুপ!

লক্ষ্মী—( মপান্দগী ) হয়েং অয়ুক লাক্কে শোয়দনা।

নুপী—কনা কনা লৈবগে ! কনা কনা লৈবগে ! তেংবাংবীয়ু !

(উপায় লৈতনা নূংগী মূর্ত্তিগুম চপ লেপ্তুনা লৈ। মশাদা রাখল অমা লাকই।)

উম, উপায় অমা ফংলে

ঐগী নিপাত্থগা তান্নরুবা তাই

মহাক্তি মীনুংশি চাউবনি—মানা শোয়দনা কনগনি।

(হাথু হাথু ময়ুমদা চঙলকই অদুবু লীলা ইবদুদি লৈরমদরে।)

নিপা ! নিপা ! উম মহাক লৈরমদরে।

অদুদি করি উপাই ? (শাউনা) শিগে শিজরসনু !

ঐগী অততাইবা সিবু -

নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা সহর য়ৌহৌদব য়াদে।

(চৎকে তৌই, অমুক লেপই।)

হুম, অদুবু অশোকপসি শিরবদি

ঐগী নিপাসি অরাবা তানি

মথোঙ্গালদা মী শিরম্বগীদমক।

মহাক্না খঙজনবা চিঠি অমত্তং ইবীরমগে।

(চে অমদা কলম্না ই, মচীন্না হায়ত্থনা।)

লীলা ইবা ! নঙগী থোঙ্গান্দা মী অমা তুত্থনা লৈরিবসি হুরানবা অমনা থাঙনা থিনবীরম্বনি।

নঙনা মাবু নুংশিরগা লাইকন্নত্থনা হিংহল্লু।

অরাবা তানিংদ্রগনা মী উদবা মক্ম অমদা হুন্দোকখো।

নহাকী নুপী

( চিঠিদু থনল্লগা থোরকই। )
মসি শোয়দনা শিরনি, অপুম্বা মনম কাওরক্লে।
হৌজিকপু করিগী মীনুংশিনো!
ঐগী ঐগী হান্না শোয়দ্রগা লোয়রে।
হুম, থেঙখিনি—নুমিৎ তান্দ্রিৱৈদা—
( দাউন লেফটদা হাথু হাথু চৎখি। মাগী স্যুটকেশ অদুদি বেঞ্চ মথক্তা অদুম্মক হুন্দোক্লম্মী। মীকুপ খরগী মতুংদা অপ বাইট কোর্নরদগী লীলা ইবা চঙলকই। মাগী টেবলদ কাখৎলি। চিঠি অদু মুন্না পাই অদুগা হাথু হাথুনা অশোক-পনা তুরিব মফম ভদুদ লাকই। অশোকপদুবু মুন্না য়েংই। থাঙ্গৎকে লাক্লে, ঙমদে। )
লীলাইবা মী অনীতা শুরবদি মাবু ডাক্তব খানাদা পুবা ঙমগনি।
কনা কনা লৈবগে হেংবাংবীযু!
আশা লৈতে। করি উপাই লৈ।

ভদ্র— খঙহৌদনা লাউরকই ) নঙ চৎলো শয়োকশঙদা
চৎলো শায়োকশঙদা
মমৈ পানবা য়োংশিংগা লৈমিন্নরু
নঙ মীওইবা তোক্লে হায়বদাই?

লীলা—শাওবীগন্ন ঐ মীনি, ঐ মী ওইবা পাম্মী।

ভদ্র—নঙ কনানো?

লীলা—ঐ লীলা ইবনি।

ভদ্র—নুপী অদুদি? নিপা অদুদি?

লীলা—খঙদে, ঐনা লাকপদা কনামক্তা লৈরমদে।

ভদ্র—লীলা ইবা! নঙ মী ওইবা পাম্মী নত্রা?

লীলা—মানি ঐ মী ওইবা পাম্মী।

ভদ্র—(হৌগৎলগা ফম্বা) উম, য়োংগা নঙগা চাংদম্নবা য়াদে
নঙগী পাঙ্গল অমা লৈ।
নথন্তা অতোপ্পা মফম অমদা চোংথোক্তুনা
থনুংদা নথন্তগী ফিরেপ লৌবা ঙম্বগী।
কল্লবা বিলাতীমাটিগী লৈমায়সিগী মখাদা
তৃমিন্না ফমদুনা লৈরু,
অয়িংবা শাফু অমগ লোয়ননা
লৈপাক্লৈগুম থিনগাইদুনা ফাওগৎলক্কবা।

লীলা—ঐগী থম্মোযনুংদা লৈবা মরুপতুনা হায়
তাইবংসি তশেংবা মাঙদা লৈরিবসিতনি,
মসিগী রাংমদা অতোপ্পা তাইবং অমা লৈত্রবা।

ভদ্র—হৌজিমক্তি ঐ শিরোই।
কায়রবা থম্মোয়গা নাহেদুনা অসুম লৈখিনি।
অদুবু ঐ শিনিংলে,
তাইবংসি নত্তবা করিগুম্বা মফম অমদা হেক্তা য়োখিনবা।

লীলা—নহাক্না অসুম্না রানা খাঙদুনা লৈবসে
ঐ য়েংবা ঙমদে, লায়েংশঙদা পুবা পাম্মী
অদুবু ইথন্তনা ঙমদ্রে, অপূনবা লীচিং চঙই।
ঐগী নুপীদুসু ঐবু থাদোক্লুমা চৎখ্রে

মাদি মশাগীতা খল্লি।
আহঃ ঐগা লেপমিন্নবা মী অমত্তা লৈতেদা!

ভদ্র—ঈশ্বরস্থু পঙদে, লৌশিং পূন্নমক মঙোন্দা লৈ।
শা-ডাস্থু পঙদে, মখোয়দা খন্নবা পাঙ্গল লৈতে।
পঙলিবদি নখোয়নি—খনবা ওয় ওয় খন্দবা,
শায়োকশঙদা লৈবা য়াবনি শায়োকশঙদা।
অদুগা লীলা ইবা!

লীলা—করি শাস্ত্রীবগে?

ভদ্র—মতম অসি কয়াম থেঙখবে?

লীলা—নুমিৎ তাখবে—।

ভদ্র—নুমিৎতি লেঙদবনি, নুমিৎ তাবা নত্তে
নোংখোঙ-পরেং রাংখৎলকুনা খনজিনখিবনি
অদুগুম্বা রাখল মতাদুনা
করম্না অচুম্বা থিগনি?
লীলা ইবা! সহররোমদা য়েংঙু—কমদৌই?
লানগী মৈরী মুৎথ্রবরা?

লীলা—(খুনিংকানা অথাপ্পদা ওইথংবা রিঙলোমদা য়েংলগা)
অরাংবা চেক্কী য়ুমদোনশিংদগী
তগুপ তরেং ঙাল্লি থোঙনাও মমিৎ চাম্মনা।
অত্তিয়া খেৎনা রাংলবা দলালশিংসিগী মখাদা
পুন্নবা নমথিরবা মপৈ অমা
খো খো নাখোকুনা তূমল্লি। অদুগা খন্না

ওমৈব খাযামগী তুংইনবশিং লীক্লী অমদি উনশাগী
হবাও তযামদা লুপলি।

ভদ্র—নুংগী সহব, বিলাতীমাটিগী সভ্যতা
কালেন লৌবুক্কী অকবা চকখোক!
অকংবা কোক্কী অকংবা পাখল।
পূম্নমক চোইজাইনবা মমি ঙাক্তনি
ইতিহাসকী ঈবৈদ অবেন্থা কাউশিং কাংউবা।
অদুবু লীলাইবা হায়যু।
ডাবরিনগী কাংবুসিগী
কৈদৌইঙ মমৈ তংশি খঙবগা।

লীলা—ঐ কবিমত্তা খঙদে, অদুবু মমৈদি তংখ্রে

ভদ্র—নঙনা লেবোবেটবিদা থাঙনা লেপ্লিবা
বাইযোলোজিগী মপৈশিংদো
মশাগী পুন্সিবু মশানা শেঙ্গদে,
হংগী লাইগুম লেঙজবতনি,
মশাগী মতীং যাওজদে।
অদুবু নঙদি নমৈ তংখিবা নুমিত্তগী
নশাবু নশানা কনবা ঙম্প্রবনি।

লীলা—(রাখল অমা লাকপা) ঐ খঙলে ঐ নংবু কনবা ঙম্লগনি

ভদ্র—করিনো খঙলিবহু?

লীলা—উপাই অমা লৈরে—
নঙবু কনবা ঙম্লগনি

ঐগী ঐগীতা খল্লুবে
ঐ নত্তবা "অতোপ্পা" অমত্থু কাউথোকলুবে
মতোন্দা চংলগা খঙগনি—নঙবু কন্নবা লম্বীদু।

ভদ্র—খঙলে হায়গনু **Homo Sapiens** নত্তে নঙ
খঙগদবা মথৈস্থু খঙদে, খঙগদব কবিনাস্থু খঙদে
নঙদি খঙগন্দবা খঙ্গাওনবনি।
যেংঙোই অতোপ্পদু উনক, মাগা খৎনে
অদুগা সম্ধি তৌ, অদুগা লানফমদে হল্লকউ মাযপাক্লা।

লীলা - মদু ঙমগদা ঐব।

ভদ্র—কবিগী ঙমলোই ?
মীওইবগী মতীক-মঙান্দি লেমনা পীবীবক্তে
মদু মশ মশানা তৌজগদবনি।
চৎলো থুনা নঙগী মরুপ "অতোপ্পা" হুদা হংলু
মানা তাক্লকনি ঐবু কন্নবা উপাইদু।

লীলা—কৰে চৎলগে, ঙসি নঙবু কন্নবা হোৎনগে
অদুবু রাকম অমদি
নঙবু লাইয়েংশঙ তাম্না ইথন্তা পুবা ঙমদ্রে
অতৈগী মতেঙ পাম্মী, অদুবু মখোয়না য়াদে।

ভদ্র—অতৈ অরেম্বশিংদু অচঙবা থরায় ওইহল্লু।

লীলা—ঐবু মদুগী পাঙ্গল লৈগদ্রা ? কৰে হোৎনগে।
(মশা থীংই, চৎকে তৌই।)

ভদ্র—ঙাইখো হাখিগন্
থবক্তুগীদমক খুত্তুম—তাশিল্লিরিউদনা
চেৎনা শো লোল্লিবা নকোঙ্কী কাচিন্দা
ঙাইগাক্তুং ফমহুনা লৈরুখো
অত্তুগা খোবকউ, খোদাং অমগা লোইনন।

লীলা—উম মাহুনা চুম্বা ওাই

ভদ্র—লীলা ইবা। ঐবু লায়েংশঙদা পুরো
ঐ য়াম্না রাবে, আহ। আহ। (রাম্ভখি. লীলা ইবনা নুংশা
থীনা চঙশিন্দুনা যেই।)

লীলা—ইস। মিত্তুন লৈত্রবগুম তৌবে
মশাপুম্বা পঙথবে, নমথিবা মনম ফাওবক্লে।
(মতাংসিদা নুপীহু দাউন লেফটইগী চঙলকই।)

নুপী—অশোকপা নিপাহু শিবববা ?

লীলা—এঃ নঙ লাক্লে, ফরে। নিপাসি শিদ্রি
ইতোমতনা ঙমদ্রে, নঙ ঐ চঙহুনা অশোকপসি
লায়েংশঙদা অমুক্তা পুসি।

নুপী—ঐ ঙম্মোই, ঐদি ঐগী স্যুটকেশসি কাউরমহুনা
অমুক লোগে লাকপনি।
শিগে শিজসনু, নঙ ঐগী থৌ কবি লৈ ?
অশিবা হকচাংহু পুহুনা চৎলিউদা
পুলিসনা কায়বদি ? মহু ঐ ঙম্মোই।
(স্যুটকেস পুরহুনা থুনা চৎখি।)

লীলা—(কপই) ঈশ্বর'! নঙগী খুশেমদা অশোয়বা
কয়া য়াওরে!
করিগী নঙনা হিটলর পোকহন্দুনা
ইহুদী মিলিয়ন তরুক্কী থরাই লৌহল্লি?
মীগীতা খনবদা পুন্সিগী চহী কয়া হৌখরে
চুকপ মচৈ কয়া থকখববা ঐরো?
থাউ লিটব কয়া চাগ্রবা পুন্সি মেছিল্লি?
ঐনা থম্মোয কায়না লাউজবা
কনানস্ত তাবিদ্রে –
ঐ লীলা ইবরোই লীলা ইবা তল্লে –
চৎলগে ঐ—(খোঙ থাদোকপদা)

ভদ্র হা হা? উঃ উঃ (নোকপা নপ্পা য়ান্নবা)
কান্নদবদা মঙগী রাখল লীশাং থারে
হু চেল্লবা লাখলদা!
করি? চৎলগে হায়বা? নংগী সহরদা?
আত্মা য়াওদবা বিলাশিমাটিগী সভ্যতা
শাখোবা য়াওদন পাইবা
থৌবি শান্নবগী খুহুম মখাদা
মসিগীদমক্তবা নঙনা রারিবদি?

লীলা –পুন্নমক পায়শিনবা য়াদবা মমি ভাক্তনি
মিকুপ অমদা অশাবা নুংশাম্বর অমনা
চুরুপকী তান্তী ওইহনখিগদবা:

কাযববা ঐগী থম্মোযগী তেথাবোল
কনানস্ম খোয়জংনা তাবিদ্রে
মিৎনা উবিবা হৈনিংদ্রবা খোদোকশিংসে
রাকৎচবস্থু অবেম্বা তাবে
মঙ মযামগী করুক্ষম তেল্লবা খুবমা লমজংসিদা
অমুক হন্না লাকচববোই
ঐ লীলা ইববোই—ঙসি বস ষ্টোপসিদা
ঐগী লীলাগী অর্থ লেতে।
( মথুঙা পাযবম্বা লীলাগী বোই অত্ত মচেং ম চং শগায।

ভদ - চাইখে নিপা কাউবত্রা ?

লীলা ( শাউনা ) ণা অমুক ডাক্লেগও !
খল্লগ্নী নঙব কংগ হাযনা
উপায লৈতে ইত্তোমঙনি, অত্তনা চৎপা রাবে ঐ
মন্ম কুইদব মঙগী যাকাব বস ষ্টোপসিদা
অমুক হন্না লাকচববোই, খাইনবসি।
( থুনা চৎখি। )

ভদ- ( বাবৰা খোম্বা দা ) আহ ! আহ !
ঐ শাযদনা শিবা তাবে
অত্তব্ ঐ কৈদোউ শি
কৈদোউ শিদোবি ?
কেদোউ ?.....?.....? ...

